# ইমাগী ফনেক মচেৎ

লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দ

খবানমিচাক পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল

**EEMAGI PHANEK MACHET :**

a collection of twentyone Manipuri short stories written by Laitonjam Premchand and published by Lairenlakpam Rajmohan for Thawanmichak Publications, Imphal.




অহানবা ফোঙবা : ওক্টোবর, ১৯৯৬

কপি রাইত : অইবা

অফোঙবা : লাইরেনলাকপম রাজমোহন

মথুম য়েকপা : য়ুম্নাম গুণিন্দ্র

ব্লোক শাবা : ইমেজ গ্রাফিক, ইম্ফাল

নম্ফম : কে: কে: আর্ট প্রিন্টর্স, ইম্ফাল





মমল : লুপা নীফু

লাইরিক মশীং : ১,১০০

ফংফম : বুক কেন্ড, পাউনা বাজার, ইম্ফাল, মণিপুর হেন্দলুম হাউসকী মনাক।

# পাবিক্সিংগী

অহুৈ বসন্ত কবুইনা মহাক্কী হৈ-শিংলবা মখোঙ অনী অহুনা বোল অহু কেরী ফজনা তৌহ্নুা পুশিল্লক্লগা নীংথিজরবা গোল অহু কোম্না চনখি। রামকুমারস্মু মখোঙ ওইনা কাওরকপা কোর্নর কিক অমা ৱাংলপ লাক্লগা গোল মাউথতা উরু উরু লৈনা পাইশিল্লক্তুনা কনানস্মু বোল অহু শক্তিকুং ফাওবা থেংবা ফংহৌদনা ফজরবা গোল অমা চনখি। অমুকর্থকস্মু রামজয়না ফজনা সপ্লাই তৌরকপা মাইনস পাস অমা সোরোনা ফ্লাইং কিক্তা শাফু কন্না কাওশিন্দুনা ভাবোকপু খুবাক পোরোক পোরোক খুহন-খিবা গোল অহু চনখি। পামজক্তুনা পঞ্জরুবগী রানি। পনবদা মতা চাবরা চাদবরা হায়বহুস্মু খঙজদে। অহুগা ঐহাক ফজরবা গোল চনবা ওয়ে নত্রগা ঐগী ৱারীমচাশিংসি ঐগী খুবামনুংদগী নাম্থোকহন্দনা চেজেং পায়শিন্দুনা থম্বা ওয়ে হায়না দাবী তৌজবস্মু লৈতে। মপানলমদা তোঙান তোঙানবা থিমদা নীংথিজবা তেক্নিক কয়াদা সেরিয়স ওইবা ৱারীমচা কন্না ইনরবা মতমসিদা লমদমসিদা তৌ শারিবা অইবা খরগী মন্নুঙদা ঐস্মু অমনি। ৱারীমচাগী ৱার্কসোপ অমদা স্কোলার অমনা হায়খি, য়াম্না পাবা তাই, য়াম্না খঙবা তাই, য়াম্না থিজিনবা তাই, হোৎনবা কনবা, অথাঙ কনবা, সাধনা, অভ্যাস। হায়রিবশিংসিগদি ওহ্নোক্না তাইওন্নবা লৈরবা মীওই অমনি ঐদি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচা খরদি ঋতু, সাহিত্য, ৱাখল, চুমথাঙ, সাহিত্যগী পাউ, য়াইরিপোক থম্বালস্মু, কীম্থররুবদা (মীতৈ ময়েক্কী ৱারীমচাগী লাইরিক) অমদি সনথোঙদা হাপগ্রে। অকাশবানি ইম্ফালদা

পাথোকপস্নু য়াওগ্রে। লাইরিক অসিদা হাপ্পা মতমদদি হান্না হাপখিব-শিংহু শেমদোকপস্নু য়াঃা যাওরে, মম্নিং হোংদোকপস্নু য়াওরে। মসি হৌনব্রা হৌনদব্রা হাযবহুস্নু খঙদে। মসিমদি মরী লৈনবা সংস্থানশিংনা ঙাকপিগনি হায়না লৌই, লোয়ননা ঐগী ব্রারীমচা হাপ্লিখিবা সংস্থান-শিংবুস্নু থাগৎচরি। "থুঙ্গংদা নুমিৎ মঙানি" হায়বা অসিমনা 'নম্বারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল' না শীন্নুনা শোক ১৯৯৫ গী দিসেম্বর ১৬ তগী ২০ ফাওবা 'দাইত' কী কনফরেন্স হোলদা অঙাংগী সাহিত্যগী মরমদা পাঙথোকখিবা ব্রার্কসোপ মন্নুদা অঙাংশিংগীদমক্কি খন্দুনা ইজ-খিবনি। লাইরিক অসিদা হাপসিরা হাপ্লোইসিরা খঞ্জানরিঙৈ ইনাও সুধিরনা, ব্রারীমচা চিংই হাপসি, ব্রারীমচা নৎতে হায়বা য়াওরবদি মা তৌগে হায়বদগী ঐস্নু খন্থরুদনা কোক হেক্তা হাপচিপ্পরে। অতুগা 'দশা' হায়বা অমগা 'লাইবক' হায়বা অমগা অতেনবা অনীথক য়াওরিবসিস্নু ইশাগী মোৎতা ব্রারীমচাগী মন্নুঙ চনফম থোকই খল্লগা হাপচবনি। য়াবি-নীংদবা লৈরবস্নু পোৎহাপ্পি খনবীহুনা অতুম পাবিরো।

পামজহুনা ইজরুবা সাহিত্যগী লাইরিক পুথোরুবা হোৎনবা মণিপুর-দদি অরাবগী মশক্কি। ভর-ভর শীংতবা সাহিত্যগী লাইরিক ফোঙবিনবা পরিসর লৈত্রি হায়না লৌবা য়াই। ঐগী লাইরিক অসি মীমাঙদা পুথোকপা ঙম্নরোইদ্রা হায়হুনা ফনা কুইনা নুংনাংজরুই। কাইনথংদা হান্নস্নু ঐগী "নাতোনচাবীগী বসন্ত" ফোঙবিগ্রবা খব্রানমিচাক পরিকেসন্সকী নুংশিজরবা ইয়াম্বা শ্রীলাইরেনলাকপম রাজমোহন সিংহনা মহাক ফোঙ-বিরগে হায়হুন হরাও হরাও চোংথোকপিরকখি। মসিগীদমক ইয়াম্ববু হন্না হন্না থাগৎচরি। অতুগা লাইরিক অসি থুংই ওইনা লৈরিঙৈদা অন্নজখিবা ওজা, ইয়াম্বশিং অমদি মরূপ সর্বশ্রী নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন, পিঃ আরঃ য়াংকহাও, থৌনাওজম প্রফুল্ল, ভিঃ এসঃ থোমতে, থাংজম

ইবোপিশক, য়ুমলেম্বম ইবোমচা, রাজকুমার সনাজাউবা, সুধির নাউ-বোইবম, মথুমগী লাই য়েকপিরিবা য়ুম্লাম গুণিন্দ্র, মমিংতংগী ওইবা মমল লৌবিদ্রনা ব্লোক শাবিবা ইমেজ গ্রাফিককী ইনাও শ্রীএনঃ রাজেন সিংহ, লাইরিক অসি নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা কেঃ কেঃ আর্ট প্রিন্টর্স, ইম্ফালগী প্রোপ্রাইতর শ্রীকোম্ভোজম খেলেন্দ্র সিংহ অমসুং মহাকী ষ্টাফ মেম্বরশিং অমদি প্রেসতগী প্রুফ লৌথোক-লৌশিন অমদি অতৈ মরম কয়াদা খোঙবান চেনবিখিবা ঐগী মরূপশিং সর্বশ্রী এঃ নবচন্দ্র, সিঃ এইচঃ নোবেন, রাইঃ লোকেন্দ্র, এসঃ শান্তি, কেঃ রমেশ, রাইঃ মুক্তা, চাউবা মযাংলম্বা পুন্নমকপু ঐহাক্না ৬মজবা থাগৎচরি হায়বা রাহৈ অসিখক্তংদি হায়জরি।

সেপ্তেম্বর, ১৯৯৬ অইবা

## য়াওরিবা ৱারীমচাশিং ঃ

# ইমাগী ফনেক মচেৎ

অদৃম থোক্লরগনি হাযবসি মোতিনি কৈদৌনুংদা খল্লুদে। মঙোন্দা নোংমংা কাডথাক্লম্বা লৈখিদ মঙাক্নী মপুংবাইবা মহেশনা। মখোয়গী অনীশুবা মচা ওইন ফংজবিবা মানুপীগী ষষ্ঠী পূজা নুমিৎনি। ষষ্ঠী পূজাগী হৌনবী ইবাঙ লাওবা নুমিদাংরাইবন্নি। মহেশতু অয়ুক ঙন্তা চংখোকখিবদগী হৌজিক্লগে হাযত্তুনা লাওতরবিদৈ সিফাইও থানাও গাড়ী মপোং চনী লাক্লগ খুদক্তা মখোযগী য়ূমত্তু কোয়শিল্লি। থানাশিংত্তুনা হেরো সাইকল অমস্তু গাড়ীগী থাংথরকই মতৌত্তুদা পাখৎচরবী মহেশকী মমা কৈথেলদা ইনশাং য়োনবী তক্ষানা করিগীনো হংজে। পাউখুমগী মত্তুৎতা লুচিংলক্লিবা ইন্সপেক্তরত্তুনা হংলকই,

"সাইকল •সি কনাগীনো ?"

"ঐগী ইচা মহেশকীনি।"

"মহাক্তি কদায়দা লৈ।"

"মহাক্তি ঙসাই চয়ুক ঙন্থা চৎথোকখিবদগী হল্লিল্লি। ঙসিসি মচানুপাগী ষষ্ঠী পূজাসু শোনগদৌরিবনি। মহাক্না কৈদৌবন্নবগে ইবুংঙো।"

থ না বাবুদুনা শাউনা হায়বকই, "নচানুপান •ৌব পবক ফাওব খংবা ঙমজদ্রববা হনুবী ? মখোয় ময়াম্না লৈবাক অসি কা-খোং চাইহনগদৌবি। ঐখোয়বু মখোংনা শান্নুদা ভাইহাক্তং ভূমজবা ফাওবা ফ হন্দ্রবনি।" লাকমিন্নবিবা পুলিসশিংদুদা অমুক এক্নিন্দুনা হায়, "মতম মাঙহনবা য়াদে।" পুলিসশিংদুনা ইমুংদা গোংগোং গোংগোং চংদুনা কাচিন-কোয়া শীন-থুংনা মহেৎপু ফংনবা থি। মখোয়না কনাবুসু থাজবা লৈতে। লৈবম-লৈবম্ব চাইখাইদুনা ফংনবা থিদি। ষষ্ঠী দেবীগীনি হায়দুনা খংবা শীঞ্জ লাঙজবিবশিং অদুসু পুমচাই চাইরে।

ফংবা ঙমদ্রবা অদুদদি মখোয় চৎনবা থোরাং তৌরক্লে। চৎলম-দাহদ ইন্সপেক্তরদুনা হায়রম্মি, "নচানুপাদু লমশি শিহন্নীদ্রবদি ঐখোয়গী খুৎতা থুনা শিন্ননবা হোৎনৌ। নচাদু লালহৌবা কাঙবুগী পৈশা খায়বা কোয়চৎ চৎলবনি। ভাস মহাক শিরমগদবা খজিক্ত ভায়বনি চেঙ লৈবগী হিংবনি। মহাক্না মথৌনা ফদুনা কয়াম কুইনা ফবা ঙমগদৌরবনো ? ঐনা হায়রিবসি নখোয়গী ফনবনি। হৌরকপদা রারকহৌবা হায়বসি খ্বাইদগী ফরবনি" অদুগা সাইকলদু অমুক পুদুনা পানাশিংতু চৎখ্রে।

সুকখন খল্লুদবা সুকথা থাজরুদবা রাকমদুদা সনজিং কীম্থরক্লুনা নল্লবগা চপ মান্নখ্রে মণি-মমৌদু।

নোংভাল্লগা খবরদা হায়রকই, ফিসরিজ দিপার্টমেন্টতা শেল খায়বা লাকপা পোৎইরৈ কনবা খোঙবুগী নহা অমা পুলিসনা ভাল্লবগী পাউ।

নহা অহুনা তোংলকপা হেরো সাইকল হুন্দোক্লম্লগা মোতোর সাইকল ভাম লাক্কুনা হৈ-শিংনা নাম্বোকাখবা। পুলিসনা নোংমৈ রাউন্দ খরা কাপ্পদা পাসহৌদবা। ঈ নৌরিবী মোহিনি মতমহুদা অমম্বা নত্তনা শকৈতে অতোপ্পা মচু অমত্তা উজবা ফংলমদে।

তূম্বা চাবা খোয়ডংবা ওমদনা থা অহুম হোৎন্রে। মহেশতি হল্লকপা কৌবা লৈত্রি। মংক মরক্তা থানা লাকচ। অহিঙ নোংয়াইদা লাকপম্মু য়াওই, নোঙাল্লমদাইদা লাকপম্মু য়াওই। মশা ফংবা ওমদবনিনা ধমক তৌহুনা লাউ-খোংলম্লগা চৎখি।

মণি-মমো ওাম্নজে, হৌজিক করম তৌসিগে? অম্মুম্মা কয়াম কুইনা লেখিগনি? খল ওনমিম্নে, করম্বনা হেম্না কৈ, পুলিসনা ফাহনবগা, লালহৌবা ওইনা অহুম লৈখিবগা? মুন্না খন্নরবগী তুংদা রাবেগা তাই, খবরদা হাপ্লসি।

খবরদা ভাপ্লে, 'ইমাগী ইবুংঙো মহেশ। নহাকপু কদায়দা লেরিবগে? নগায়া হল্লকপা কৌবা লৈত্রবদা ঐখোয় পূম্বা রান হিংহুনা লৈরে। অহল ওইরবী নমা ঐগীদমক খন্দ্রবম্মু নহাকী নহা ওইরিবী নুপী অমম্বং পীক্লিবা নচাশিংগী য়েংহুনা য়াম্না থুনা য়ূমদা হল্লক্লো।" নুমিৎ মঙানিনি থংন-থংননা হাপহল্লিবা।

খবরদা হেক হাপ্লদগীদি মখোয়গী লৈরক মচীন্দুদা মীচমগী কিজোল শেৎপা পুলিস খরা নুমিৎ খুদিংগী জিপ অমা তোংহুনা লাকপা হৌরক্লে ফনা কুত্তনা কুইনা লেহুনা অচৎ-অওকশিংবু কুপ্পা য়েংই। চিংনবা মীওইশিং মশাদা করি করি য়াওরিবগে হায়হুনা য়েংই।

নোংমদি সনা য়ানবা পাখংমচা অমা অয়ুক্কী পূং নীপালমুক তাবা অহুরাইদা লৈরক্কুদা সাইকল অমা তোংহুনা লাকই। পুলিসশিংহুনা খাম্লগা হংই, "কদায়দা চৎলিবনো?" পাখংমচাহুনা খুম্মি, "বার্ত্তন তৌবা চৎপনি।" কদায় বার্ত্তন্দি হায়না হংবহুদা বার্ত্তন খরা পুখোরকই। বার্ত্তন্দু হাইফেৎ য়েংলবগী তুংদা চৎলো হায়হুনা

থাদোকপিরক্লে। পাখংমচাদু মহেশকী খুমদা চঙশিল্লকই। শুমাঙদা শান্নরিবা মহেশকী মচানুপাদুদা মহৌশনা য়াম্ন খঙনববগুম কৌরকই, "বোই, অবোক লৈব্রা ?"

তাঞ্জাদু মোহিনি মাঙ্গোলদা ইনশাং শেমদুনা লৈরি। লাক্লিবা পাখংমচাদু নীংশিংবা থোড্ডুদুনা মুন্না য়েংই। পাখং মচাদুনা ইকোই কোইদনা মাঙ্গোলদা পরপ পরপ কাহৎলক্লগা ভূমিন্না হায়রকই, "ইতৈমা ইমুঙদা অমুক্তং চঙ্গবিরকউ।" মতুংগা পাখং মচাদুনা হান্না ইমুঙদা গোংখেং চংবাক চংখ্রে। মোহিনিসু মখোয়গী মনি হায়দুনা নীংজিং-মাংজিংনা ইমুঙদ পরপ পরপ চঙলকয়। পাখ মচাদুনা চিঠি অমা পুথোরক্লুনা হায়রক, "ইতৈমা, চিঠিসি ইয়াদনা পারক-পনি। ঐ চংখিবা ডাংহাক কানরগা মকম চাবদা ভূমিন্না পাশিনু বাক্তনসিসু পায়রিহে। করিগুম্বা পুলিসনি হু চঙলগুনা হন্নরবসু বাক্তন তৌরম্বনি হায়বিয়ু। করিমতা পাংৎপিগনু। ইয়াম্বদু ংক্তু-কায়দনা লৈরি। চংলুবিগে'

য়াম্না থুনা অমুক চংখ্রে। চিঠিদু মকম চানা লোৎশিল্লম্লগা ইনশাং শেম্বদু লোইশিন্নবা হোৎনৈ। ইনশাং শেম্বা লোইরগা চিঠিদু লৌথোক্লুনা চাকশঙদা চঙলগা ভূমিন্না পাই।

মোহিনি.

নহাক করিমতা তুংশ থীগনু পূক্লিনা চাউথোকপা পোকউ. মরমদি ঐহাক হোৎনরিবসি ইরৈবাক্কীদমক্লি। "পোইবৈ কনবা খোঙবু" মীয়ামগীনি। নৈহৎপিরবশিংগীনি। ঐহাকসু ইমাগীদমক, নহাক্কীদমক অমদি ইচাশিংগীদমক য়েংদুনা ওভর গ্রাউন্দদা লৈদুনা পার্টিগী থবক তৌরম্বনি। অদুবু হৌজিক্কি মতুংগী মতম হৌখ্রে। ঐহাক হৌজিক কোমরেদ কুন্তামঙাগা লোয়নন্না বাঙ্গলাদেশকী কেম্প অমদা ট্রেনিং তৌদুনা লৈরি। ট্রেনিং অসি হেক লোইবগা পাঙ-থোকদবা শিন্থা মথং মথং পীরক্লগনি। মতম অদুদা ঐহাক নহাক্কী

নাক্তা শোয়দনা লাকখিগনি। ইমাবু খুরুম্নখিগনি। বাবানা থম্বিলদ্বা শেনখাইহুগা ইমাগী ফনেক মচেৎ অমগা মক্ষম শঙনা থম্লম্মু। মহু ঐহাক্তা লাকপা মতমহুদা ঐঙোন্দা শিন্নগদবনি। খঙদে, ইমাগী মক্ষমদা ঐহাক্তা করি হায়গদবা। রাজবক্লবী ইমানি। ইমাগী সেবা নৌংথিডনা তৌ। ঐহাক লৈগে হায়দুনা ভাশি মপূরিং লুশি-হনগনু। লোইবগে।

মপি ঈরা চেন্দুনা নুমিৎ চূপ্প লেনফি নুমিৎতু। পামহু পাক কাঙথোকপা ঙমখিদে রান লৈপেল কম্লিবা মনেম্বোম্বী মক্ষমগা। চাক চাব তোক্লতুদা চিঠিগী রাবোলাশহু মনেম্বোকতা ভম্মি। মনেম্বোক কংথোককই। ডাইহাক কপ্রবা তপা হলকই,

"মহাক্না লাকদবা নুমিৎতি খঙহল্লকপরা।"

"মহুদি খঙহল্লক্তে।"

ডাইহাক ভূমিন্না লৈবগী তুংদা তম্ফানা হায়বকই,

"খঙহল্লক্লবদি য়াম্ন' ফগদবনি"

মহুদগী মনেম্বোক্ত ভমিন্ন অমুক লৈখ্রবে। খঙই মোহিনি মনেম্বোক্তা হায়রিবহুগী অর্থ।

নোমা নো থাম্না কনা চুবা অহিঙ মদ থোঙদা তপ্না কাক কাক থীম্লকই। মোহিনিস্থ মপূরোইবগী পাখলদা হমথবা ঙনদন লব মতানি। অমুকস্থ থীম্লকই কাক কাক, লায়নন্না শোম্ভানবা কৌরকই, "মোহিনি, হো মোহিনি।" খায় লাউই। যুক হৌগৎতুনা থোঙ হাংদোকই নোংনা পুমচোৎ চোৎলবা মপূরোইবহু থোঙ হক হাংদোকপগা ইমুঙদা পরপ পংপ চঙলকই। থোঙহু থুনা অমুক লোনশিল্লি। থূদৈ হকংবা অমা পীহুনা মপূরোইববু তেংথোকহল্লি। অহুগা অচোম্বপা কিশিংহু হোংদোক্লবগীদমক হান্না শেৎলখ্বা মপূরোইবগী ফুবিৎ-খোঙগ্রাঙ পুথোক্লুনা পী।

মহেশনা হায়রকই, "মহু ঐ হোংদোক্লরোই। কুইনা লৈবা য়াদে, নোং মরক্তা অতুম্মক চৎথ্রগদবনি।"

মথরায় রাংরবা মোহিনিনা হংজে, "নোং হাংলগা চৎপদা য়ায়া কায়রগদ্রা?"

"য়াম্না কায়, য়েক্লবশিংগী খুৎতা তাহনবা য়াদ্রি। শিন্নরকপা শিস্থা পাওথোক্কদবা য়াম্না রাংল্লি। ইমাদি তুমখরব্রা?

"তুমখরে, হৌদোকাসরা?"

"হৌদোক্লুরন্তু, অমুক মা য়া লাওনবনি। তশেংবদি ইমাগী মচানমক্না পীবা আশীর্ব্বাদতু পামজবনি। করে, ইমাবু পুকচেল শেংনা খুকুমদবদি য়াদে।"

মথংগী কাদা হিপ্লিবা মমাগী নাক্তা মহেশ চঙখ্রে। মোহিনিস্থ ইঙাও ঙাওনা ইম্নৈ। তুপ্লিবা মমাগী খুয়াগী উফুল মকোক্তা হাপ্তুনা মীৎতগী পি তানা মহেশনা মমাবু খুরুমজে। অহুদগী অমুক থোক-মিন্নরক্তুনা মোহিনিদা হায়রকই, "কদায়, শেনখায়গা ইমাগী অনেক মচেৎকহু।" মোহিনিনা পুথোক্তুনা পী। মহেশনা অমুক হায়রকই, "ঐহাক অঙাংশিংবু অমুক য়েংলম্নরোই। থৌনা হুম্বনবনি। নীংথিজন লৈমিন্নো। ঐহাক চৎলুখিগে।" পাউখুম ঙাইরমদনা মহেশতু নোং মরক্তা অহুম্মক পরপ পরপ থোকখ্রে।

মহেশনা থোকখিবা মিনিত মঙামুক্তা ঙায়রি। এস পিনা লুচিংবা মণিপুর পুলিস, মণিপুর রাইফলস অমসুং সি আর পিগী গাড়ী তরামঙামুক য়াঙনা থৌজিল্লক্লগা য়ুমহু পুমকোই কোইশিল্লি। অহুদগী থোঙ দঙ দঙ থীল্লক্তুনা হায়রকই, "থোঙ হাংদোকউ, থোঙ হাংদোকউ।"

মতৌহুদা মিপাইজরবী মোহিনিনা মনেম্বোক তঙ্কাবুস্থ পরপ পরপ হৌদোক্তুনা থোঙ হাংদোকই। থোঙ হেক হাংদোকপগা সিকাই খরা ইমুঙহুদা পরপ পরপ চঙখিহুনা কাচিন কোয়া শীন-থুংনা কোইয়েং য়েংই। অহুগা এস পিহুনা পিস্তোল শৎ শৎতোক্তুনা মোহিনিগী

মংকোক্তা নম্লগা হংলকই, "হৌভিক্তা নোয় মুপাদো চঙখিদাই, কদায়দ লোৎলি শেংনা খুম্মু।" মতৌহুদা য়েংবা ঙমদ্রবা তক্ষানা হায়ৎকই. "নত্তে ইবুংঙোখোয়, মহাকপু লাক্লবদি সবেন্দব তৌহনসি হায়দুনা ইণি ইমৌ থন্নহুনা লৈরিবনি। ইচানুপা অহুমতা য়াওবনিনা ঐখোমনা .ংম্ন। নুংঙাইজদ্রিবনিনে।" নোংমৈহু নম্না নম্না তক্ষাদ ৬মুক লাউহংলকই, "নঙনা খঙবা নত্তে হনুবী। ঐখোয় পাউ ফজনা খহুনা লাক্লিবনি। শেংনা খুম্মু কদায়দা লোৎলি?" মপুগী বাইবনা .ৰৌনা হাপ্লিবন্নবী লিল ংমোমহু খৌনা কন খুম্মি, লাক্লম্মি। ঁুম্লিবী মমাবু খুরুম্নম্নগা থুনা মুক চৎখ্রে।" ঙক্ষানা .হৌনা কপ্লহুনা হায়বকই, "ঐগী ইচা মহেশপু লাক্লম্লুনে? ইচা লাক্রগা ঐগী ঙান্দা হাকলম্লিবা করিগীনে? হো ইমাগী ইবুংঙো মহেশ, ইমানা য়ারবসে নঙবু উদ্রববনে"

তাপ্পাহুদা মনীং-ময়া চঙহুনা থিরুবা সিক্ষাই কাঙবুহু মহেশ ক যা ঙমদ্রবনিনা খোরক্লে। মোহিনিগী মংকোক্তা নম্লবা পিস্তোলহু লৌখোক্লহুনা এস পিনা হায়বকই, "মহাক্না চেনখিবনা হাল্লক্লে। কদায় তাম্না চেনবা ঙম্বগে য়েংসি।" ভাঙ-ভাঙহুনা থুনা খোকখ্রে। অহুংগী গাড়ৌশিংহু মায়কৈ অনী-অহুম খায়দোক্লবগা হোংবাল হৌনা খোংলগা কন্না খোংখ্রে।

*      *      *      *

চহী অহুম হৌখ্রে মচাগী শংখলদ নন লোয়হুনা তক্ষা ভাইবংপাল থাদোক্লুনা চৎখ্রে। মহেশ কদায়দ লৈবি, কবি তৌরি, করিমতা খঙবা ঙমদে মোহিনি। মনেম্বোক্না কম্লন্বা .পাৎকমহু কমহুনা মচা অনী থাক্লবা হোৎনজৈ।

মোহিনিনা তকি ভুজুং কা হেন্না পোকখিবসি "পোইবৈ কনবা খোঙবু" কাঙলুপ অনী খোক্লে হায়বা পাউ অহুদনি। চুম্নদা অনী পোক্লে হায়রবদি ফরি। য়ানদবা কাঙবু অনীহু অমনা অমবু

রিয়েক্স্রনরিনি হাযহুনা পাউ-চেশিংদা তুম্ময়ক্লি। মসি কাওবা কৱম্মি, হেঞ্জিন্নবক্তুনা কাওবু অমনা কাওবু অমম্পী য়াওল্লোই শিবগী দগ্তি পীবা কাওবা য়াওরক্লি। মসিদি মহাক সুকপাম পামদে। পাম্মুই, অদুগুম্বা মীশি অদুনা পোলোইনবদি।

হৌজিক্তি মোত্থিনি চমম্বা কয়ানা পিক থল্লে। চিংনবগী লৈচিলনা মশা পুম্বা শীন-থুন কুপশিনবিরে। খঙদে, মহাকী মপুরোইবনা কনাগী কাওবুদা যাওহুনা ইন্দিয়াগী লোইলম লৈঙাক অসিদগী নীতম্বা .হাং.বিবা. খঙদে, মহাক্কী মহেশনা কনাগী কাওবুগী য়াওল্লোইবু রাবকপা চৎলমগদবা? খঙদে, মহাকী নুপানা করম্বা কাওবুগী নাম্বোরবা .হাংনবমগদবা? অমুক্তং লাক্লবদি হায়নীংই, ঈ মশেল ঈমু-না মু তানবগীদমক কথোকপদি পামদে।

থাবল ফরবা অহিঙনি। মচা অনীহুদি চাক পীজথোক্লগা তুমহনখ্রে। তুমথৌ হায়ব য়াদে মহাক্তি। ঙসিসিনি মবানীনা লুহোংখিবা নুমিৎতু। নীংশিংলকই লুহোংবা নুমিৎকী অহিঙডু। চেম্বুরকই মীৎলুগী পি। তায়, থোঙদা কাক কাক লাউনা খীল্লকপরা হায়দুনা। থোঙ হাংদোক্লগা মপাল অমুক থোরকই। মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দুদা ঙাথবদুনা লৈচিল্লক্তা তুমিন্না হিহোল্লিবা থাবু ঙাইহাক য়েংলুই। খঙংহোদে, অরাং মায়কৈবামদা নোংমৈ খপ্পগী মখোল অমা তারকই। তু খ্যাং চুই। পাখৎপনা মশাদু নীকই। ইমুঙদা চঙলক্লে। কদায়রাইদা কদি থোদোক থোক্লিগবা? খলহৈদবা রাখল খল্লকই। মহাকা মপুরোইবা মহেশতু কনাগুম্বনা কাপ্পিরিবশা নত্রগা মহেশনা কনাগুম্ববু কাপখাইবিরিবরা?

মনীৎশিংডু উইশিন্দুনা নুংশিনা তুম্লি মচা অনীহুদি। য়েংবগী পেনবা নাইদে। পেন্না য়েংই। অস্নুম য়েংলগা তারকই মীৎলুগী পিস্নু অস্নুম। তপ্পা নানবি অপীকপা মমায় অনীহুদা।

মানি, মহেশনি মথরায় হিংনবা চেল্লকলিবহ্ন। অমুক্তং পূকমেন পাউমেন্নরমগে মতানি। তুংদা মীওই অনীনা নোংমৈ পায়হুনা ভাম্নরক্লি। অকিবা, অরাবা অমদি নাম্বোক্লিংবগী শক্লোন পুরবা মহেশকী মাইথোঙহু হুমানা পূ লুপ লুপ্লি। কদায়দা থন্নবা মহাকী নোংমৈদি? মাম্ন নোংমৈ অমতং য়াওরক্লম্নবদি মখোয়গা লাম্বা পাবা ঙম্নমগদবনি মানি মখোযগী লৈকাইগী লাই-লম্পাক মচাহুদনি তান্নবক্লিনা অনীহুনা চেনখৎলক্লগা মহাকপু ইন্মুবিবহ্ন কয়াদা যেনী খিদ্রবা থোংদাক্লো মহাক্লা হেক তুবগ নোংমৈনা কাপশিনবিবহ্ন। অমুকস্ন মখোয ইনীমক চঙশিন্দুনা তুহুনা লৈরিবা মহেশকী মকোক্তা নোংমৈ মতোল অনীমক নমহুনা কাপশিনবিদি। ওঃ ঈ-শিংদে, কাপথোরক্লি, শীন্তবক্লি, চেম্থি। অহুদগী মখোয় অনীমক চঙহুনা মহেশকী মশাদা করি কবি য়াওরিবনো হায়হুনা মা মাহুনা য়েংলি। মমৈথঙদা জেকেৎ মনুঙদা হুমজিন্দুনা চেকশিন্না হাপলম্বা পোৎশক অমা পুথোরকই। করি পোৎনো অসিবু? মানি, শেনখাই য়োমহুনা কিবা মমাগী কনেক মচেৎতুনি।

মিকপ খংথোক থোক্তুনা ফুক হোৌগৎলি মোহিনি। কয়াদা তমথিপ্রবা মঙ অমা মঙলুরবা। মকু মঙনি মকু মঙনি হায়হুনা মথস্তা শোঞ্জে। থোঙ হাংদোক্লুনা মপাল থোকই। নোং ঙাল্লম্লে। চীথৈ হুল্লকপগী পূক্লিং হুরবা মতমহুনি। অযুক কোরোহনবগী মশেক-মঙাল লোয়নরবা মবৈ-মরৈ তারবা মকপ্পা মচুগী লৈচিল মপৈশিংহুনা ওইহল্লি অতিয়া মীৎকম হোংনিংদবা দৃশ্য। মোহিনিগী মীৎতদি উরকই ঙাংশং ঙাঙলবা ঈ মচুগী লৈচিল মপৈ মপৈনা অতিয়া পূম্বা শীনথুনা শন্দোকখিবা। ❋

## হেরো ঃ খঙজবা খরদং

ঐগী মরূপ হেরোগী মরমদা ঐনা খঙজবা খরদং তমজগে।

কুইনা কায়নরুরবগী তুংদা মা ঐ ইথা থাজদনা লোম থেংনৈ। কমদৌরি হংনৈ। মানা হায়রকই,

"বন্ধুখোয়দি কৈরাক থাবা মচানিনা ঐখোয়গসি কাউথোক-পিংখ্রনে।"

"কাউথোকপা নত্তেদা ভায়, শিনকম তিম্ম-তিম্মবা মরূপ শাগ্নে হায়বত্তুগী রানিদা, করি হোৎনরি।"

"ইপা শাবত্তুস্থ ইমাস্থ অনীমক লৈখিদ্রে। হাডিরা শূবা খরা চৎলম্মি। মতম খরা অমনা রিক্তো থৌরম্মি। মসিনদি

পাঙ্গল ব্লারগা তোকই, মী ওইবা য়াবা হোনদে হায়দুনা ইস্ত্রি অমনে তেবল অমনে লৈরগা হৌজিক হৌজিক ধোবীগী থবক পায়খি। যাম্না নুংঙাই, যূক্ষম অমা কংবগা চপ মান্নে। অকবা যূক্ষম্নি, মথং মথং শাগৎপা ওমগদবা মাল্লি। নোংমা কোয়কউদনা। নাউবেমথোং বাজারদা হেক্তা লৈরবনি, "হেরো লোন্দবি।"

নুমিদাংবাইবম অমা চৎলুই। কি ময়াম অমা ইস্ত্রি তক্কুনা হেবোম্ম লৈরম্মি। ঐ উবদা মহাক কয়াদি হরাউজরে। তরাগী পালাংখোক্তা কৌবিবা কি-বোলশিংদু লোশিন্দুনা লৈবিবা পাখংমচাদু কৌশিন্দুনা হায়, "নোংয়াই, নঙ কনাদৈনে য়েন অমা থিরুচে। ননাওবীদু ওসিদি চাকতু পবপ পবপ থোংঙু হায়গু, নোয় তামোসিগী চাক হাপকদবনি।" নোংয়াইদু চৎথরবা তুংদা অমুক হায়রকই, "ঐগা থংনবা ইনাওহুনি। তুবেলদা কি শূবা চৎপা, লৈকাইদগী কি খাম্ব মাগী মখোনি। ইনাওনুপা হতোম্বদুনা দুকান মমাঙসিদা ফমদুনা খাওপ কাপ থাই। হচলনুপী অতোম্বী অদুতংদি লাংরিক তমহল্লি। খঙদে শায়, মখোয়গী মফমদা ঐনা চৎলিবসি চুম্বা? হয়েং মপা তিম্নদে হায়দুনা মখোয়না ঐবু নুংশিরক্লোইদ্রা, অদুবু ঐ নিয়মদা চৎকনি। ইশাগী কৌভম খঙনা থবক তৌগনি।"

রারী খরা শানরবগী তুংদা মমশিল্লকই। মহাকসু খূৎ থারে। তাঞ্জাহুনা মীয়াম চল্লবা নুপা 'ম' চঙলকই।

হেরোনা হংই, "কযানো তাদা?"

"লোং-পেম্ম ওমতা পীবকউনহে।"

হেবোনা মনীংথোঙ অমা পাল্লিবদু হাংদোক্কুনা চঙথরগা য়ু হাপ্পা প্লাস্তিক খাউ অমা পুখোবক্কুনা পী। নুপাদু চৎথরবকান্দা হেরোনা হায়রকই, "বন্ধু, ঐগীসি কুমথবনি হায়না লৌগনু। কাথৎনবা হোৎনবনি। এনি হাও পৈশা পাযদবা সুকযা যাদে। নখোয়গী মবক্তা অমুক্কুংদি তিন্নিংই"

মতম খরা লৈরগা হেরোম্বু মৌ হল্লকপী অমা চেল্লকুনা কন্থা কৎলে হায়বগী পাউ তাখি।

থা মঙা-তককমুক্কী তুংদা ইথা থাজদনা নুমিদাং তম্না হেরোম্বু ঐ:খায়গী যুমদা মাথা খরা শাবা মান্না লাকই। কবি থবক্কীনো হংলুবদা তুমিন্না হায়বকই, "ঐ:খোয নুপীম্বু লেম্না লৈদৌ শরুক হায়দুনা হোলদা কালা বজাব খবা খরা তৌহনবনি। অন্নান্বা মতমদা কানৈ। অদুবু ঙসিদি একপা চৎলুবদা মখোয় মযাম অমা থানানা কাং্থ্র হায়দুনা লৈরমদ্রে। বন্ধদি মীবক তিনবা হায়বদু থোকই, খরা ঙাঙনরুসি হায়দুনা লাক্লিবনি।"

উপাই লৈং়়। ফি হো দোক্লগ ইম্ফাল থান তম্না চৎমিন্নবে। ঙসিনা হায়বকই, "নুপীবু হোলদা কালা বজাব তৌহল্লি হায়দুনা থাদোকপিরুবনিনা ঙসিদি লোক-অপত অহিং অমা থাদোকপিব তারেদনা।" মখূৎ লোন্নরদুনা হেবোনা হায়রে, "সাহেব, মতু-মনাও তৌহল্লররোই, ঙসিগীসিদদি ঙাকপিবো, সাহেবকী ঙা চানবা খবা তৌভবমগে।" ও সিঙ্গু খংখাউ শাউগৎলকই, "সুকয়া য়াবোই। হয়েং চৈবাপ্তা ঙাইবিরম্মু, কোর্টতা ফাইন থীহল্লগা থাদোকদৌরিবনি।" হেরোনা অমুকস্ম মখা তাগে তৌবদা ও সিন লাউহৎলগা তান্থোরকই। হল্লকপদু ইবানী রা পাক ঙাঙনদে মাযপিববা লাম্মীনা লানফমদগী হল্লকপগুম হল্লকই।

অদুবু হেবোগী থোনা হনবা লৈখিদে। মখূৎ শুক্কেক তেক্রবা মহান্না প্লাস্টন তৌশিল্লগ গ্রাইন্ডা বাম্বে যৌকবগী রাবী চঠী চঙ্গম্মুক্কী তুংদা তাখি

লীনিংলিব ঐগী মরূপ তেবোগী রাবী মগাং অসিদা লোইদ্রি। অদুবু ঙসিগী তেন্না ফংবা মতম অসিনা মপূ ফাহনবদি ঙল্লোইদৌবে।

ঐনা ইচা মরি গুজিল্লকপদগী তলবনা কোম্নবা ওমদহুনা পৈশা পূফম খণ্ডলক্তবদগী পৈশা পায়বা মরূপ-মপাং কনা লৈবিবগে হায়হুনা থিবকপদা ঐগী মরূপ শ্রীহেরোহু ঈরোইশেম্বদা ইংখোল অচৌবা অমা লৌহুনা, অকোয়বদা চেকপল বাংনা খারগা, হৈ-লৈ নীংথিজনা থারহুনা, হিন্দী ফিল্মগী হরেলিকাইহু মানবা য়ূম অচৌবা অম' শাহুনা মনাই-মশলশিংগা লৈরমগদবা বাংলি। ❋

## ছাটিন

সোরারেন্না মালেমগী কোকথক্তা হৈথরক্লি কালেনগী য়াক্লবা মৈশা।

মখোয় কদায়দগী লাক্লিবা, কদায় তান্না চৎকদবা? লম্বী চৎপদা চোকথরবা অহল অমা পীক্লিবা নুপামচা অমগা মখূৎ শমহুনা লাকমিন্নরি। অস্তম চৎলম্বদগী রারহুনা ভাইহাক্তং শোর হোন্দোকচগে মংাগুন কংসা পার্ক মপান্দুগা কমথরকই।

অমোৎপা কীভোল শেৎপা অহলহু কুচু থোক্তে চাইরুংহু শাথীনা চেপ্লে। চোকথরবা, বুদ্ধি থোক্ত্রবা, উপাই লৈত্রবগী মতোনি। করিগুম্বা অরাবা পোংলুম অমনা ননশিনবিরবগুম উংহুনা লৈ। কালেনগী য়াক্লব নুমিৎনা কোকথক্তা হৈথরক্লিবা অশাবা মৈশাহুদগী

ঙাকথোক্লবা ছাটিন অমা তুপ্পকই। রানা মখোক পানবা ছাটিন্দু ওখাক কুইরে হান্নবসি মাগী রাউথোক্লবা মচুহুনা তাক্লি। মচু মান্নদবা ফিনা মকম মরি-মঙাম্ন কোৎলে। থুপচিনবস্ু য়াক্রমানে. নাকন্দ ফন্দোক্তুনা থম্লি।

নুপামচাহুনা শেৎলিবা খোঙ্গ্রাওহু তুংলোমদা শেগায়রে। মোৎলবা ফুরিৎতু কুদাম অমতা য়াওদবদগী থবাক্তু ইকাৎ কাৎতোকই। কংলা পার্ক অমুক্তা উজত্রিবগী মতৌনি। মমীৎ-মনা তথক-তথকপা শজি মচাগুম শান্নে ঈশিং মপান্দুদা পূক্লিং মকা লান্না। গুল মোহর পান্বীদ অমুক কাখৎনবা হোৎনৈ। গোল্ডন কার্পশিংনা অমুক অমুক তাউখৎলকপহু থরায় য়াওনা অমুক য়েংই. রাংমা লান্না লংব ঙম্ব্রা য়বগী মতাগুম লৈতুম লংহুনা অমুক শান্নে।

খঙহোদনা হুম্নকপা অঙাওবা নুংশিৎ অমনা ছাটিন্দু হুমহুনা পুথ্রগা কংলা পার্ককী ঈশিং-ঈয়ায়হুদা মথক-মখা ওম্থোক্লগা তাউহুনা লৈখ্রে। তাঞ্জাহুদা অহলহুগী উংলম্বা খুদিংমক মাঙখ্রে। মথরায় রানা ছাটিন্দু লৌখৎনবা উপাই থিবা হোৎরকই। মহাক্কী ধমকাহু অচৌবা সম্পত্তি অমা মাঙগ্রবগী মতৌনি। মথক-মখা ওম্থোক্লবা ছাটিন অহুনা কংলা পার্ককী ঈথক মচা-মচাশিংহুগী মথক্তা লাইরবা হুমগী হিগুম তাউহুনা চৎলিবহু উবদা নুপামচাহুদি হরাউজবনা খম থেংখ্রে। কন-কন চোংখত্তুনা হরাওনা নোক্লগা খুবাক খুহুনা "হি মাল্লে হি মাল্লে" হায়হুনা কোয়রাঙ লাঙই।

ঙাইহাক্তং হরাউ-মথোই কারুয়বগী তুংদা নুপামচাহুগী শক্লোন্দু অরাবনা খংশিন শিল্লকই। নীংশিংলকই, ছাটিন্দুগী দরকাব ওইবশিংহু। অস্থম তাউথোকগ্রবা ছাটিন্দু মনাক্তগী লাপথোকহম্লিংদবগুম নত্রগা ছাটিন্দু লৌখৎকে হায়বগী মতাগুম মতিক মপা চাদনা কংলা পার্ককী ঈশিংহুদা জম লাউনা চোংথরকই। ❋

## মন্ত্রীগী খূদোল

জুনগী তারিখ ১০, ১৯৯০ ইং। নহারোল খোর্জৈ মরূপকী ৩১ শুবা চহীগী হৌদোকপা মীফম। মফম—জে এন দান্স একাদেমীগী হোল। অথোইবা অতিথি—ইকাইখুম্নরিবা আর্টস অমস্থং কলচরগী মন্ত্রী শ্রীচনম নাধোপ সিংহ। থৌরম মপূ—মরূপকী অনৌবা চেযার-.মন। মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবশিং, হীবম অসিদা মাস্তব তৌবিবা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী ছাত্র-ছাত্রীশিং, মণিপুরী সাহিত্যগী শরাইনবা অইবা-অইবী শুনা তিল্লে।

অথোইবা অতিথিনা মৈরা চুখৎতুনা চীং-লেম্লবা মীফম অহু হৌদোক্লে। অহুদগী মথং মথং বক্তা কয়াগী মমল যাম্লবা ভাষণ

মরূপকী এক্তিভিতিজ, মণিপুরী সাহিত্যগী দেভলপমেন্ট, অতৈ অতৈ। মথংদা অথোইবা অতিথিগী মতাং লাক্রে। চীং-লেন্নবা মন্ত্রীনা অহানব-মক্তদা ময়াম পুন্নমকপু খুৎ লোয়্নে। অহুদগীদি ভাষণ। লাইব্রিক-লাইগু হৈরবা কয়ানা লৈতেংলবা সভা অহুবু ইকাই-খুম্নবা উৎপগুম শাংনা ভাঙদে। সরকারনা মণিপুরী সাহিত্য চাউখৎনবা হোৎনবীংবগী অপাম্বা। মখোয়গী পার্টিগী অমদি মশাগী এক্তিভিটিজ খরা ভেরা মতাং চানা চানা পল্লবা তুংদা রারোই ওইনা তারকই,

"মাগুদা মণিপুরী সাহিত্যগী শরুাইরবা অইবা, তাইবী, স্কোলার কয়াম্ব লেঙশিনবিরি। মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা চর্চা তৌবা ঐগুম্বগী শক্তি লৈজদে। নহারোল খোর্জৈমরূপ মশাগী চহী কুন্থ্রামাথোই শুববা মপূং-মরৈ ফাববা সংস্থান অমনি। সংস্থান অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী চাউখৎনব হোৎনরিবা অসি উরুরগা ঐহাক থম্মোয় শেংনা নুংঙাইজে। নুংঙাইবা কোডদোকচবগা লোয়ননা ঐহাক্কী দিসক্রেস্নরী কন্দ্রদগী লুপা লীশিং অমথক মরূপকী মকমদা দান তৌজরি।"

( ভাইহাক্তু খুবাক মখোলনা হোল অহু পূম্বনিল নিল্লি। )

"অয়াম্বদি নত্তে, য়ামকত্রবসু থম্মোয় শেংনা পীজবা খুদোলনি খন্দুনা লৎনদনা লৌবিগনি হায়না নীংজে। অরোইবদা নহারোল খোর্জৈ মরূপ মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা কুইনা তৌবা ওম্বা গুইসনু হায়বা আশা অসি থমজরগ ময়ামদগী বিদায় লৌজবি।"

অহুদগীদি থোরম মপূগী রারোল, থাগৎ রাহৈ, অচ-ভথক। যাম্না ঙক্লিবদি মন্ত্রীনা সভামাঙদা লাউথোক্লম্লবা থম্মোয় শেংনা পীখিবা খুদোলহু কোম্না পীগদবনি হায়বসিনি।

জুনগী তারিখ ১৫, ১৯৯০ হং। মরূপকী বিজিনেস মীফম। মফম-হাম্নগী চেযারমেনগী য়ুম। হাউরবা চাক্লেন অমগা লোয়ননা মীফম অহু নুংঙাইনা পাঙথোকখি। মীফম হৌদুনা ঐবু অনৌবা জেনেরেল

সেক্রেটরি ওইনা মরূপকী থৌ পুননবা থনখি। অনৌবা উক্কফিকুাটিঙ কমিতি অমসু শেমখি।

আইগা নাইগা য়েংনবদা বাইনা হেনবা সংস্থাগী ঐখোয়গী থৌজৈ মরূপ। মপুং ওইনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা চহীগী পীবা লুপা লীশিং মঙাগী গ্রান্ট অহুনা হিংলিবনি। মাওদা তারিবা থবক্কা লাইরিক ফোঙবা, থা অহুম অহুমগী ওইবা সাহিত্যগী চেকোঙ পুথোকপা, লময়ানবা অইবশিংগী মপোক কুমওন পাঙথোকপা, সেমিনার কনফরেন্স পাঙথোকপা, অসিনচিংবা। ওফিসকী ভারা হুনবা অমদি রম্মরগী তলব পীবদদা চহীদা লুপা লীশিং মঙা হেল্লা খরচ তৌরিবনি। একাদেমীনা পীবা শেন্থং অহুতদা পেম্থোকুনা লৈবদি য়াদবনিনা কদায়দগী করি তৌরগা ইনকম লাকদগে হায়বসি খন্দবা য়াদে। মন্ত্রীনা পীগনি হায়হুনা লাউথোরম্লবা লুপা লাশিং অমগী দিসক্রেস্নরী ফন্দহু তঙাইকদনা তান্নদবা য়াদবনা অয়ুক ঙন্তাহ হান্নগী সেক্রেটরিগী য়ুমদা চৎলি। মন্ত্রীগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরিগা তান্নবনা ফরগনি হায়হুনা হান্নগী সেক্রেটরিনা হায়রকই।

ওফিস অৱারদা ইমান্নবা অমা হৌহুনা চৎমিন্নে সেক্রেটরিন্নেৎতা। মীদি ফনা য়াম্না তিন্নয়ে। মন্ত্রীগা প্রাইভেৎ সেক্রেটরিগদি লাক্লমত্রি। ঙাইহাক লৈরবা তুংদা প্রাইভেৎ সেক্রিটরি লাক্লে। হুংলুবদা হায়রকই, "দিসক্রেস্নরী ফন্দদি থা থাগী থাদোবকপনি। হন্দক থাগীদি লোইগ্রে। মথং থাদা অমুক ফংবা ঙম্ব্রা য়েংসি।" হায়রিবহু অশেংব্রা নল্লগা শেংদব্রা হায়বহুদি প্রাইভেৎ সেক্রেটরি গৌরমণি সাহেবনা খঙগদবদা মঙায়রে। তৌশিন্নবদি মান্দে, ওর্গেনাইজেসনগী মমিং পীরম্মু হায়হুনা লোহোই।

মথং থা হায়বহু চপ চানা অমুক চৎলি। হন্দকমুক্তি অমুক পুন্নওল্লি। শুকথরহুন হায়রকই, "খঙব্রেদা দিসক্রেস্নরী ফন্দগী মতাংসি কোক য়াম্না শাগদৌরি। মন্ত্রীনা মরোল অমা ফংসন খুদিংগী পীগনি

হায়হুনা পংলাউদা লাউখোল্লবা, শোমদনা ঐগা থেংগাইনবা। ইবুং-ঙোখোয়গী ওগেনাইজেসন অসিনা মন্ত্রীগী লোকেলদা লৈবা ক্লবকুম্বা ওইরম্লবস্নু ঐঙোন্দা পাকল খরা থোক্কদবনি। কান্নদে ইনাওখোয় মন্ত্রীগা অমুক্তং উন্নৌ।"

"হৌজিকপু লৈব্রো?"

"ঙসিদি তুর চৎখি। হয়েং অয়ুক কার্তরদা উন্নৌদনা। লক্কেলদা লৈবনি।"

থোবকপদা ঐগী মরূপশুনা শাউনা হায়রকই, "ননসেন্স। কান্নদেদা ভায়, তাম্নরুম্নু। করিগীনো নখোয়গী ওর্গেনাইজেসনগুম্বা অমনা অয়ুক তোম্বনা হিংলিবা? ইকাইদ্রে, খবরদহুম হাপ্তোকউ।"

মানা হায়বা চুম্মি। অহুবু মহাক্তি মৈশা লাংবা য়াওবা মীদি নংগু। নমহুনা লোদবদি য়াদে লুপা লীশিং তমহু। থবক খরদি তৌবা য়াগদৌরিবনি।

নুংখিল ঐখোয়গী ভাইস চেয়ারমেনগা তান্নৈ। এপলিকেসন অমগা লোয়নবনা করে হায়হুনা ড্রাফট তৌরগা টাইপ ফুদোকই।

অয়ুক্তু ঙন্তা হৌগৎতুনা লৈকাইগী ইমান্নবা অমা হৌহুনা চৎমিন্নৈ। কনা ঙল্লি খন্দুনা চৎচবনি, করম কান্দ হৌগৎলগা লাক্লরিবনো খঙদে মন্ত্রীগী কার্তরহু মীনা পুমচোন চোম্না তিল্লম্নৈ। মীয়াম মরক্তুদা দিসক্রেস্মরী কন্দগী রাকমহু করম্না হৌদোকদৌরিবনো খনবদা ইথন্তা হুমাং কাংই। ঙসিসিবু উম্নবা নুংঙাইগদৌরিব্রা মন্ত্রী শুগনুদা চৎকদৌরি হায়নবস্নু য়াওরকই। চুরুপ মচৈ অহুম কাম-কাম থক্লবগী তুংদা মন্ত্রীজী লেঙখোরকই, তুংদা মীনা মরী মরী। ঙাঙ ঙাঙহুনা থোরকই, "ঙসিদি ময়াম পুম্নমক রারী শম্ন-শম্ন শানরসিকো।" মাগী মাগী শক্তি পুথোক্লহুনা হায়নীং-হায়নীংবা, হংনীং-হংনীংবা হায়নরকই, হংনরকই। পুক্লিংদা লাঙ্গোল লাচরেম্বীবু চেৎনা খুকল্লংগী তুংদা সাহেব ঐখোয়গীসি অমুক্তা য়েংবিরন্নু হায়হুনা এপলিকেসন্নু পীশিল্লি।

সবজেক্টকুং য়েংবা মাল্লি, য়াম্না থুন্না পীখোরকই। হায়রকই—"মসিদি ওফিসতা উন্নগদবনি। ডসিদি থাজদ্রে হয়েং লাকউ।"

নুমিৎতুমদি সেক্রেটরিয়েৎতা ইথস্তা চঙই। মন্ত্রী লৈবগী খুদম ফংই। খল্লি, ডসিদি শোয়দনা দাউ য়ারনি। থোঙজিন্দা লেপ্লম্বা নুপাহুদা হংঙি, "মন্ত্রী লৈব্রা?" খুম্নকই, "লৈ।" ঐনা হায়, "মন্ত্রীনা লাকউ হায়রহুনা লাক্লিবনি অমুক্তা চঙগে।" 'য়ানি' হায়রহুনা মনুং চঙলে। মন্ত্রীজী মী অহুমগ শারী শান্নরুনা লৈবম্মি। ঐহাক চঙলকপা উবদা কোল্লিং বেল থুনা খীংই, দররান্দুস্মু পবপ পরপ চঙলকই। মন্ত্রীনা চৈরকই, "কৈনো নঙন তৌশিসিব, ভাব কবিমতা তাদ্রবরা?" দরবান্দু মমায় ঈচপমুক ভাঙলহুনা হায়রকই, "ভাইহাক লৈরগা চঙলসি।" ফম্নিল্লিবা মীওই অহুমহু ঐডোন্দা মনা মনা য়েংলকই। মায়দি ভাঙলে ঐস্মু, অহুবু থৌনা অমা লাকুনা মন্ত্রীদা হায, "সাহেব ঐগীসি লন্নাইগী রাকম, নৎচদে....।" ঐগী ৱা লোইদ্রি, মন্ত্রীনা ঈংনা লৌখৎলকই, "অদুবু ঐখোয় অরুবা ৱা খবা তান্নবি হায়বা। মীতিং, অকবা মীতিং। ভাইহাকুং ভাইবিয়ু ঐ অমুক কৌরক্কে।

উপাই লৈতে, থোরক্লে। ঐগা থেংনরুবদগী দশা তাববা দররান্দু ঐডোন্দা মমীৎ খারপ খারপ য়েংলকই। মাগী মতৌহুদা নোক্লিংলহুনা চুরুপ মচৈ অমা লানশিল্লি। চুরুপ মচৈ অহু চয়রুনা মানা হায়রকই, "ঐদি সাহেবনা কৌরিবোই নীলুরে।" ঐস্মু মচৈ অমা চমখৎলহুনা ফাগী ওংনা নোকুনা হায়, "ইসে তাদা, ঐস্মু কৌহুনা লাক্লিবনিনে, খুৎকৌ খেন্নবগী রাতনি।" দবরান্দুস্মু মচীং-মশোন লৈবা য়াম্না নু ভাইবা মীনি। ভাইহাকুংহুদা মহাক ঐগী মী পুমওই ওইখ্রে। শাউনা হায়রকই, "ভাইয়ু ইবুংঙো, রারবস্মু রানা ভাইহাকুং ভাইয়ু, ইয়াম্বনা নওবু শোয়দনা উন্নহনগনি।"

পুংখাইমুক হৌগ্রবগী তুংদা ঐহাকপু কৌশিল্লে। ডকই, ইথস্তুগা রারী শাগদবোই নীলুই। করম্বা মনীংথোঙ অমা পানবনো খঙদে,

ওসাই কমহৌবা অহমহুদি লৈরমগ্রে, অতোমা তরূক অমা অমুক কয়ল্লে। মন্ত্রীনা কম্মু হায়রুনা ঐবুস্মু কমহল্লি। হংলকই, "ইবুংঙোগীদু করিগীনি হায়বা?" ঐস্মু ওরাং অমুক লাকচরম্বদুগীনি হায়রগা এপ্লিকেসন্দু লানশিল্লি। হাইকেৎ য়েংলবা তুংদা মন্ত্রীনা প্রাইভেৎ সেক্রেটরিবু কৌরগা এপলিকেসন্দু পীশিল্লি। অদুগা হায়রকই, "নখোয় তামোসিগা লোইনা তাম্নরো। গোবমনি বাবু, ইবুংঙোগীসি নীংথিনা ঙাকপিংখ্রাকো। য়ারে য়ারে ইবুংঙো।"

প্রাইভেৎ সেক্রেটরিগা থোকমিন্নবক্লে। মনীংথোঙদুস্মু ভাব ভাব। প্রাইভেৎ সেক্রেটরিগী কাগা কাওদোক কাওজিন তৌবজাৎনি। প্রাইভেৎ সেক্রেটরিবু মাগী চৌক্রীদা কমথক্রে। ভাইহাক মহাকী যাকা য়েংলবা তুংদা করিস্মু হাযবক্কবহুদা চই, "তামে কংম্মাই .ও ভাবিবা?" প্রাইভেৎ সেক্রেটরিবু তম্না শম্না খুমকই, "..লমগে. পাখায়মুক লৈরগা লাকউ।" ঐস্মু হাযগে হায়বা অমা যাওন হায়, খওংলা, তামোখোংগীসি দিলেয়িং তেক্তিস কাইদুবা।" প্রাইভেৎ সেক্রেটরিবু শাউবকই, "সিবু ঐনবা ইবুংঙো, ঐবু মন্ত্রীবো। য়েংলমগে হায়রেদনা।"

অদুম্মক থোরক্লে।

পুন্সি জীবিকা ওইনবিবা ওফিসকী চিল্লবা পোয়াম, দাযিত্ব চাউরবা থাক্তী মরূপকী সেক্রেটরিবু ওইবকী থৌ, অনীগী চিংখাইনবা মরক্তা মরূপকী থবক খবদি পাঙথোকপা ঙমগ্রে। অদুবু ১৯৯০ গী জুন ১০ দা আর্টস অমসুং কলচর মন্ত্রীগী ডিসক্রেস্নবী ফন্দদগী লুপা লীশিং অমা পীগনি হায়দুনা লাউথোকখিবদু ১৯৯১ গী জানুযারি হৌজিল্লক্ষবকাওবা কংবা কৌবা মরৈত্রি।

থাখায়মুক লৈরগা লাকউ হায়দুনা প্রাইভেৎ সেক্রেটরিনা হায়বকপদুস্মু চৎলুই। কান্নদে, হযেং, হংচিৎ, মংশম, মযৌ তৌদুনা

মতম অস্তুম হৌখি। মমৈথংদা হায়্নগী রারীদা অমুক হঙ্জিল্লকই, "মন্ত্রীগা অমুক্তং উন্নৌ।"

শেল-থুম্নগী মায়কৈদা য়েংলুরবদি ঐখোয়গী খোর্জৈ মরূপ্পা লৈরিবা ফীভম মুশি-মুশি চাক্লিবা থাউমৈগুম্বনি। য়ামদ্রবদা মথঙগী তার্মদা থৌ পুংগৌগদৌরিবশিংগীদমক খন্দুনা বেকতা লুপা লীশিং মঙাদং ওইরবস্থু থনমদবা য়াদে। অদুগী মথক্তা নমদুনা লৌগনি হায়বা তেমশিংনবা রাখল অমস্থু পোকখ্রে। ইনৌ-নৌনা মন্ত্রী উন্নবা অমুক হৌই। মন্ত্রীনস্থু অমুক হায়, হয়েং লাকউ, হংচিৎ লাকউ, মশেম লাকউ। ঐ অদুম্মক চৎখি।

নুমিৎতু নীংশিংলি, মার্চ তাং ১৫, ১৯৯১ ইং। ঐগা হেক হেক চৎমিন্নবা মরূপ্তুগা মন্ত্রীগী কাদা চঙমিন্নৈ। তোইনা লাকপনা মতম অদুদা ঐবু থিংবিনবা কনাস্থু লৈরমদে। মন্ত্রীজি মাগী চৌক্রি মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মি। শাউবা মাল্লি। মনাক্তা কাইল পায়দুনা প্রাইভেৎ সেক্রেটরিস্থু লেপ্লম্মি মমাঙদা মী খরস্থু কম্লম্মি। ঐখোয় হেক উবদা শাউনা হংলকই, "কৈনো ইবুংঙো" ঐস্থু খুম্মি, "দিক্রেস্মরী কন্দদুগীনি।"

খুদক্তা মন্ত্রীনা ফুরিৎখাউ হুম্লগা লুপা চাম্মা চৎপী খরা শংতোবক্তুনা মশীং পরপ পরপ থীরবগী তুংদা লাক্নুনা লংথোরকই। চাম্মা চৎপী তরা অদুনা কা অদু শীন-থুংনা চাইদুনা তারম্মি। মতৌদুদা হৈনদ্রবা মরূপনা ঐঙোন্দা তপ্পা য়েংলকই। ঐনা লুকথদুনা চাম্মা চৎপীশিংদু থূনবা হৌই। ঐনা থূনবা হৌবদগী মহাকস্থু খরা খুঞ্জিল্লগা ঐঙোন্দা পীশিল্লকই। অদুদগীদি তপ্পা থোরক্লে। মরূপ্তুনা হংলকই, "শুদি শুব্রা ?" ঐস্থু খুম্মি, "শুই।"

পৈশাশিংদু খুনকম থোকখিত্রা থোকখিদত্রা ? ঙাইহাক্তং ইথস্তা নৈনৈ। অদুবু মরূপকী ৬১ শুবা চহীগী মীকমদা অথোইবা অতিথি অমা ওইনা মন্ত্রীনা পীখিবা ভাষণগী অরোইবা পরেং খরদুদি ঙসিস্থু কাউদ্রি,

"·· নুংঙাইবা কোঙদোকচবগা লোয়ননা ঐহাক্কী দিসক্রেস্মরী কন্দদগী লুপা লীশিং অমথক মরূপকী মকমদা দান তৌজরি। অয়াম্বদি নত্তে, য়ামজন্দ্রবস্থু থম্মোয় শেংনা পীজবা খুদোলনি খন্দুনা লৎনদনা লৌশিনবিগনি হায়না নীংজৈ···।" ❋

# য়োং মমৈ চপ্পা

নুংথিল ঙাইহাক ভূম্রুরগা মিকপ থোরকপদু পুং মরি হেল্লম্লে। মাঙ্গোলদা ঐখোয়গী ইঙ্খোলনুংগী মৌ ময়াম নাউরেমথোক্পদা লৈবা কবি মনোহরগী মরমদা রারী শানবা তায়। পুং মরি মথায়দা ঐখোয়গী সংস্থানগী ইকজিক্যুটিভ কমিতিগী মীতিং অমা লৈবনা হোরে হোবে হোৎনবদা রারীদু য়াওশিনবা ভম্রুদ্রগসু ঙাক্তনরিবদুদি তাশিল্লি। শল্লপ্পদি অসিনি, কবি মনোহরগী মচানুপী রাধিকাদু মহৌশাগুম ঐখোয়গী য়ূম্লোন্নবদা লৈবা ললিতাখোয়দা কোয়রক্তুনা লৈরিঙৈদা মৌপ্বা নুপানা মপাদু পংথখিবদগী জ্ঞান তাদদুনা লাক্কহৌরে হায়দুনা কৌবা লাকই। রাধিকাসু কপ্লি কপ্লি ললিতাগা চৎমিন্নপি। হান্না

নাবম-খোংলম্বস্থ লৈতে, লৈবা য়াম্না য়ারিবনি, নুংঙাইতে হায়দ্বুনা শোন্নরি।

ফি-রোল শেংচিনবা লোইরগা থোরকপদা হাইকেংতি হংলম্মি, "শিরবজ্রাংলা?" ইতৈবেম্মনা খুমহৌই, "শিরে হায়য়ে।"

হান্নগুম মীতিং থেঙনা হৌই। শরেপ শং শং তাই। ঐখোয়বুদি কারম ফাননবা যাওবা হায়বদুনি। হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী সাহিত্য গী কুলি ওইবদগী হেন্না হৈত প্রমোসন ফংবা ঙমজদ্রি। মীতিং লোই-শিল্লকপগী মতাং অহুনাইদা কবি মনোহর শিবগী রাকম অহুমতংদি হৌদোকই ঐখোযগী সভাপতিনা হত্ত ওংরবদি হরাবা ফোঙ-দোককম থাকপনি হাযদুনা ঐখোয পুন্নমক মিনিট অনী তুমিন্না লপ্পুন অরাবা ফোঙদোকই।

যুমদা হল্লকপদা রাকম অমা ঐগী কোক্ত খংলাক লাকই, 'কবি মনোহর শিবে হাযবসি শিরমদ্রগদি?' মী অমা শিবে হায়দুনা য য়া লাউনরগা শিবমদবসি থোক্তবা নত্তে। ঙসাই মাঙ্গোলদা শাবী শানহৌবদুম্ব পংথখিবদগী জ্ঞান তাবকপা ঙমদবফাওবগী রাবী ময়েক শংই। শিবগী মতাং অহুমদি ময়েক শেংদে।

পালেম লৈকাইদা লৈবা মকপ অমা শামু মখোঙদা থেংনৈ। মঙোন্দা হংলুবদা অস্থুম্না খুম্নকই, "শিরে হাযবদি তাদে, পংথবকপদগী হোসপিতালদা পুখংখি হাযবদি তায়।" চোপ্পা শোয়দ্রেদনা। যুমদা হাম্না চঙদে। ললিতাখোযদা পবপ পরপ চঙদুনা অচুম্বা পাউ লৌই। ললিতানা হাযবকই, "উচিন নাচিন্না শিদি শিহৌদ্রে। খুং ফনবগী হিংলবা হায়দুনি। হৌজিক্তি জ্ঞান ফজনা তাহৌবে।"

হাই হাই। খায় লাউবগা লোয়্রননা হুমাং অনপ্পী কারকই। খুদাং ঘড়ী য়েংবদা পুং তরেৎ হেল্লম্রে। অরাবা ফোঙদোকপগী রাবেপতুদি তাকাশবানিদা পীশিল্লুনবা জেনেরেল সেক্রেটরীনা পুন্নবনি। তরেৎ

মথায়গী পাউদা লাউথোকপনা হানগ্রবদি কি মাংগদৌরি। ঐখোয়গী জেনেবেল সেক্রেটরীহুবু হৌজিকফাওবা এ আই আয়দা লৈরমথিগত্রা ? হমাং অনপ্পী কারবা ঐহাক জেনেবেল সেক্রেটরী থিরুনবা সাইকল স্টার্ট তৌই। *

## অ আ লোংথ্রাক লোং

য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসার অমনা মমান্নবদা চীং লেম্না রারী শাই,
"ঐগী ইচানুপানা শোল্লিবসি মণিপুরীখক্তংনি।"

তাহৌবা হইব গোজেন মথবাক অফনবদুদা অথাবা খূৎতুমহনা শুদুনা খাণ্ডই। মমণ্ডদা উই। তাইবণ্ডদা ঙমহৌদ্রবসু মমণ্ডদা খৌবি মেৎখাই প্রোফেসাবদুগী। তূম্মিন্নবিবী মাগী নুপী শোব ফুন্দুনা শিরমগ বা খক্তিক্ত, ঙায়। মণিপুরী লোন চাউখৎনব হোৎনবদা তঙম্বা থৌদাং লৌজরিবা অইবা গোজেম্নি। লোন অসি ভারত সংবিধানগী ৮শুবা সেদ্যুলদা চন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি।

মখোয়গী লৈকাইদা লৈবা মহাক্কী মচাশিংগা লোয়ননা অঙাং খরদং তম্লিবা সরকারগী শেগায়রবা স্কুলহুদা চংতুনা মখোই অমা ওইনা য়েংশিল্লুই। তুমশিং কারক্কবা ওজা খরা উইহুনা লৈরম্মি। ওজা খরা অমনা হোত্তেলদা চা থকপা চংনরম্মি। ওজা খরনা লুদো শান্নহুনা লৈরম্মি। ওজা নুপী খরদি কাণ্ডা লোন্দুনা লৈরম্মি। হয়াউ-মখোই কারবা অঙাংশিংনা ফক্লাংগী অহোবদা লিংথোক-লিংশিন অমদি স্কুলগী লম্পাক্তুদা অমাং-কৈরোয় শান্নহুনা লৈরম্মি। ফনাগী অ আগ লোংথ্রাক লোং, উ উ পুমত্রে তু। কন্না হায়রম্বদি ওমাদ, ওজাশিংহু মখোয়গী লৈকাইগী অমদি মনাক নকপা অহুরাইদগী থাক্তনি। খোয়দৌ শাউগংলগা হল্লকই, ফজন তম্বীরগে খল্লবদি হেন্দোক্না য়াবরনি। ছাত্র মশীংদগী ওজা মশীংনবু হেল্লমগনি। তসব লেম্ফং ফ হুনা লৈরিব ইন্সপেক্তরশিং অহুম লাঁ চৈনা কন্থংলগা ফগদবনি।

গোজেন্না ওফিস কারকপগী লম্বীদা নীংথিনা শারবা ইংলিস স্কুলগী চেক্কী বিল্ডিং মনুঙদা তাই পুনবা পীক্লিবা অঙাংশিংনা নবসরি রাইমস তেনরাগুম থীহোবহু তারকই,

বা বা ব্লেক সিপ
হেব য়ু এনি বুল
য়েস সার য়েস সার
থ্রি বেগস ফুল…।

নুংশা থীজৈ অইবা গোজেন, ঈয়েক্কী পন্নেপকম খণ্ড্রিবৈ মীওোন্দগী রায়হুনা শীজিন্নরিবা বেঙ্গলী মযেক অসিফাওবা মাঙখিহুনা কনানম্ম পাবা থোক্লরাইদ্রা হায়রাই মহাক্ক ফোড়লকদবা লাইবিকশিং। *

# চেস্তিতি বেল্ট

বিমলাবু ওফিস কাহনগদ্রা নত্রগা কাহল্লোইদ্রা ? হৌজিক্তি চপ চাব বাউ অমা লৌদবা যাদ্রে চাউভল। মরমদি মাগী নুপী বিমলানা যাওখিবা পি দব্লিয়ু দিগী এল দি সি লৌবগী ইন্তরভিয়ুদু হাযনোক্লহুনা ইভনিং রিপোর্ট পীবরো হায়কী চে মবাইনা পুবক্লে।

চাউভলগা বিমলাগা মরৈ কয়ারক তৌনখি। চাউভলনা শাউনা হায, "করিগীনো নখোয় নুপীনা থবক অমুক য়াম্না তৌজনীলিসিবু ? যুমদা হরেম্বনা লৈরগা যুমগী লক্ষ্মী ওইহুনা নচা নীংথিজনা শেমগে হায়রবগী রাখলদি থম্রহুনা নপোয়না অমুক য়াম্না ঈরাং কল্লিসিবু করিগীনো ?"

ইমাগী ফনেক মচেৎ/২৯

বিমলানা হায়জরিবনা অসিনি, "হৌজিক্তি ইথন্তা ডায়রিবনিনা করি। ইমুং অসিদা ঐদা নত্তে মৌ ওইনা লৈরগদৌরিবসি। পিবা মরিগী মৌ মরিনি লাকদৌবিবা। অহুই মথক্তা মতেং মতেংস্থ ওইননি। রাখল খরা খরা খন্নসি। কাগী ফাগীদগী চভাংস্থ অনী সুজিনশ্রে। হুয়েং তুংগীস্থ য়েংনসি।"

মাগী নুপীবু থবক তৌহন্নীংদবা চাউভলনা হায়, "খঙদে খঙদে, নঙ থবক শুকতৌ তৌবা য়ারোই হায়রিবসিনি। ঐখোয় ওফিসতস্থ নুপী তরুক্তি য়াওরিবা। ওহ্ঙারা মীৎ নাশ্রে। ঐবুদি মোয়নস্থ শাউ-গ্রপোৎনি কৌকাও কৌবিদবহুদা। কেরানি নুপী অম্নদি ময়ুমদা মচা-মরা লৈনা লৈনা ওফিসাব অমগা ডাঙনবিবনি।

অনীংবদা চৎপা মাগী নুপাগী মতৌ চহুদা খোয়দৌ শাউগৎলবা বিমলাস্থ খুম্মি, "অহুবু মীনা ডাঙনরগা ঐস্থ হেক্তা ডাঙনরদরা হায়বা। চাক চগ্রিং অমনা চেক্কোক অমা মাঙথোকপগী রানি মহুদি। খঙদে খঙদে, ঐখোয়না রাকুগদৌবস্থ লৈতে। ঐখোয় তামোগা মন্ত্রীগা উন্নহুনা রা লোইগ্রবনি। হন্দক্কী মতাংসিদি তৌহৌদব সুকয়া য়াদে। কয়াদি য়াম্মে ঐবু খুদোংচাবা মাঙহল্লিবসি। সেরিকলচর দিপার্ট-মেণ্টতা চঙজহৌগদবস্থ নঙনা য়েংতুনা তাকখিবা নত্রা? হৌজিক্তি ওভর এজ ওইগদবস্থ খজিক্তা ডায়রবনি।

চাউভল খন্দবদি নত্তে। তশেংনমক মহাক য়াম্ম রারবনি। মহাক্না কংলিবা তলব মতাহুনদি সেভিং তৌবা ঙমদে। শেল-থুমগী মায়কৈদা য়েংলুরবদি মাগী নুপীনা থবক অম তৌবা হায়বসি পাম্লবনি। মহুস্থ মানা রারুগদৌবা নোম্লুগদৌবা লৈত্রবা। নুপী ময়ুম্না ঙম্মা তৌবিরক্কগ-দৌবা। অহুদা মানা রাই হেক তাবা ঙমত্রিবসি মাগী নুপীহু থবক কাপ্রগা মখোয়গী ওফিসকী কেরানি নুপীহুগুম তৌরকপ্রা হায়বা রাখল অসিদনি। রাখল অসি হেক খন্থরুবদা মহাকী পূকচেলহু

ওহোল্লা, পীকশিনখ্রে। অহুপী মথত্তা পি দল্লিয়ু দি হায়বা ওফিস অসিমা মহাক্লা খ্বায়দগী তাথীজবা ওফিসনি।

খল্লা খল্লা চৎলিঙৈদা লম্বীদা মবাইহু কোক হেক খেংনৈ। চাউভলবু মনাক্তা কৌশিল্লগা তপ্পা হায়রকই, "চাউভল, নোয়না লৈরিবা কীভমসি লুই। ইবাইখোয়মু ইরা কুইনা চৎকনি হায়বা লৈতে। হয়েংবাই নীংঙরক্লোইকো। বিমলানা থবক তৌহৌবা হায়বসি পুন্নমকী করবনি। মরৈগা অমুক য়েৎলুরনুকো।"

মবাইগী মকমদদি করি হায়জবা ঙল্লুনি। চাউভল হেল্লা হেল্লা মাঠা শারম্মি। শেয়াল-তুরানবা বাখল ঙাক্তা জাৎ জাৎ খল্লম্মি। হোতেলদা চঙহুনা চা গিলাস অমা থল্লগা খবা ঈংখবা য়াগত্র য়েংলুই, কান্নদে।

রাখল খল্লা খল্লা অঙাংগী পোৎ-চৈ খরা লৈগে হায়হুনা হুকান অমদা চঙলুবদা নহালমখৈ উবা কংদবা অনৌব পোৎ মা চাউভলনা উক্করে। মনুঙ কাওনা উবা কংবা প্লাস্তিক অমদা পোৎতু হাম্মি। সনা ভহিঙবা মচুগুম্মা লংবা পোৎতু লেংঙাতাগী মওংনি। কিদি মান্দে শউনগুম্বা মাল্লি। মথুল মচা অমসু হুৎপগুম তৌই। খঙনীংহুনা চাউভলনা হংই, "করি পোৎনো সিদি ভায়?" সর্দারজি অহুমসু নোকক্লেৎ তৌহুনা খুম্নকই, "চেস্তিতি বেল্ট হৈ ভায়সাব। চেস্তিতি বেল্ট, নয়া প্রদর্শন। লোতস কম্পনীনে আপকী বীবী বরাবর সতী হোনেকে লিয়ে বনায়া হৈ। য়ায়া করে। য়ায়া শীৎলে। একথো লীজিয়ে।"

"মমলদি কয়ানো?"

"লুপা কুস্থাদা পীবে ভায়, য়ায়া হোঙলে।

"সোদি য়াওবা নত্রা, চাবী?"

সর্দারজি অহুনা পিগুমগা খৎলহুন খুম্নকই, "হাঁ জি জরুর। চাবি তো আপকে পাস বরাবর রখনা হোগা।"

' "ফরে, ঐঙোন্দস্থু অমা পীরো। লুপা কুম্মডা পীরগেকো।"

হৌজিক চাউভলগী মাঠা পুম্নইং ইংলে। খল অমুক ওল্লুবগী দরকার লৈত্রে।

নুমিদাং চাক চাবা তোক্লহুনা অঙাং লোইনা তূম্নগ্রবা মতমদা চাউভলনা বিমলাদা হায়রকই, "নঙ হয়েংদি জোইনিং রিপোর্টতু পীরুবো।" বিমলা হরাউজবনা হায়কম খঙদে। মপুরোইবগী মতৌ-দুনা মহুম্না হায়রকনি হাযবসি থাজরুদ্রবনি। চাউভলনা অমুক হাযবকই, "অদুগা কন্দিসন হমদি ইবানী য়ানবা তাই।" ঙসাইমখৈ লোত্তুনা থম্লুবা চেস্তিতি বেল্ট অদু পুথোক্লহুনা মখা অমুক তারকই, "মসি চেস্তিতি বেল্টনি। নঙনা ওফিস কারমদাই খুদিংগী বেল্ট অসি ফাগদবনি। অদুগা ওফিস কুম্নরুবা মতুংদা শো অমুক হাংগদবা। শোদি ঐনা পায়গনি। বাকম ..সিদা নহাক্না য়েৎপা লৈত্রগদি হয়েংমক জোইনিং রিপোর্ট পীরুবা য়ারে।"

বিমলাহু ইওক ঙক্লম্মি। ফাগীরা হায়ববু মখুম হাংদোক্লুনা চাননা পুথোরক্লে। "য়েংঙু" হায়হুনা বিমলাদস্থু পীরক্লম্মি। পূক্লিংদা নুংঙাইতবা লৈরবস্থু মানা ৩পাম্বা তোরসনু খন্দোক্লগা য়েৎলুদ্রে।

বিমলানা ওফিস কারক্লিবা থা অনীমুক কাবে। চাউভলগী রাখল হৌজিকস্থু হোংবা লৈত্রি। নুমিৎ খুদিংগী বিমলানা ওফিস কারমদাইদা চেস্তিতি বেল্ট অদু ফাডিলহল্লি। কুম্নরুগা অমুক লৌথোকহল্লি।

নোংমদি চাউভলস্থু বিমলাস্থু ওফিস কাবা থেঙগ্রে হায়হুন হোবে হোবে হোৎনন্দা চেস্তিতি বেল্টতু ফাবা অমস্থু অমস্থু কাউনবে ওফিসতা ঙাইহাক কম্নবা মতুংদা চাউভলহু খঙনীং হেক নীংশি লকই। খুদক্তা ময়ূমদা পরপ পরপ চৎতুনা বেল্টতু লৌরুরগা বিমলাগী ওফিস তম্না লাক্লে। অদুগা অচীকপা মকম অমদা বিমলাবু কৌথোক্লগ হায়রকই, "ঙসিদি নঙস্থু ঐস্থু চপ মান্ননা কাউমিন্নরমানে।

নহাক্নমথৈদি মপুক্সিংদা নুংঙাইতবা খরা লৈরবস্থু নুংশিন্না লোয়নরকপগী মতুং ইন্না তৌজনবু হায়না খন্দোক্লম্বনি। অদুবু ঙসিদি বিমলা পিং লাউবা অমা পোকখ্রে। মানা তৌজশারিসে করিনো হায়না খল্লক্লে। অপীবা খোনকম অমা খুমগে খনবনি, মনাক অদুরাইদা মী অমা চঙলকপহুদা রা অমত্তা ঙাঙদনা মপুরোইবনা পোরক্লিবহু তাপ লোৎগা। লেত্রিন্দা পরপ পরপ চঙখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা খোরক্তুনা শোয়জেহু মপুরোইবদা লংশিল্লমগা মাগী কা তম্না পরপ পরপ অমুক চঙখ্রে।

বিমলাহু থবক শুবদা খোয়জংলমদে। খোযদে শাউগৎপা অস্তুম হেনগৎলক্লম্মি। করিগীনো মহাক্লা ওইরোইনব ঙাক্তা খন্দুনা অস্তুম লৈবিসিবো? নত্তে, ঐহাক্না মহাক্পী ইজৎ মাঙনবা কবি তৌবা লম্থবগে? তোগে হায়না খনবস্থু লৈখিদ্রে। মহাক্পী অরাবা কয়াপা ঐহাকস্থু মহাক্পী হকচাং ওথ্যাইগুম শরুক য়ারক্লি। করিগীনে মহাক্লা ঐবু অস্তুক যান্না থাজদ্রিবসিবু? ঙাওবু ঙাওশিন্নগে নীংলবদি ওফিসতা নত্রবস্থু যুমদা মহাক্পী ফমুংমক্তদা মহাক লৈত্রিঙৈদা ঙাওশিন্নবা য়াই। করিগীনো মহাক্লা খঙ্গন অস্তুক চাউরিসিবো? শাউনিংথগী চাং হেনগৎলকপদগী থবক তৌকম খঙত্রহুনা হেদ ক্লার্কতা "ঙসিদি খরা ঙম্না চৎপ্রগে" হায়রম্লগা ওফিস কুম্লক্লে। ময়ুম হেক য়োৎবগা চেস্তিতি বেল্ট অহু কোনচপ কাটি অমনা জবৎ লাউনা চপথৎলগা ইমুঙগী থবক্তা অমত্তা তৌদনা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরে। মহাক্লা মপুরোইবগীদমক রাজখিবা কযাগহু খল্লু-খল্লুরগা মপুক্সিং নুংশিবক্তুনা কপস্থু কপথোক্লে।

ওফিস কুম্লকপদা বিমলানা মমীৎ-মমাৎ ইপোম পোম্না হিপ্তুনা লৈরম্বহুদা চাউভলনা হংলকই, "কৈদৌবে, ঙমদ্রববা?" বিমলাহু তুমিন্না অহুম্মক লৈরম্মি। ঙাইহাক লৈবগা চেস্তিতি বেল্ট চপথৎতুনা তাবিবহু উরক্লে। হংলকই, "কনানা চপথৎলিবনো ঙসিদি?"

বিমলানা কপশাউ শাউরদুনা হায়রকই, "ওকিসতগী চপথৎলগা পুরক্লিবা। পাখং মচা অমদা চপথৎহল্লিবা খঙলবরা। লৈরুচো, হৌজিকস্তু অমা লৈরুচো, হয়েংস্তু নুপা অমদা চপথৎহনগনি। নঙনা য়াম্না থাজদ্রবদি থাজদবগী লমচৎ চৎপা তাবেদনা। হংচিৎনা অমদা হেক্তা চপথৎহনগনি। থবকস্তু তোক্লোই, সিদস্তু সুম লৈনি, নঙনা তৌনিংবা তৌ।"

বিমলানা অদুম্না শাউরকপদু করি পাউথুম পীগদগে খঙলমদে চাউভল। তূমিন্না মথন্তা চৌক্রি অমদা ফমদুনা লৈ। কি হোং-দোকপস্তু তৌদে। মমাগা মপাগগী মতৌদুদা পীক্লিবা মচা অনীদুদি কিথি কিরুম নাঙ্গোলদা লৈবি।

সন্ধ্যাগী ধুপ-থাউমৈ কৎনবা মতম য়ৌবক্লে। চাউভলনা তূমিন্না উংদুনা অদুম্মক ফম্লিবদু বিমলাস্তু উই। মপূবোংবগী মতৌদুদা নুংঙাইতবা পোক্লমানে, হোগৎলক্লে। চাউভলগী মনাক্তা তপ্না চঙলক্লুনা হায়রকই, "ঐবু য়াম্না থাজবিদবদুদা শাউনিংদুনা য়ুমদা হল্লক্লগা ইথম্ভ চপথৎচবানে। হয়েং অয়ুক অমা হেক লৈবিরুরো। হয়েংখৈদি চপথৎলরোই।"

কুইনা লৈয়েং ফাজিন্দুনা তূমিন্না লৈকবদুনরা, লৈতোন্দুনা রাহৈ ভমতস্তু থৎপা ঙম্লমদে চাউভল। ✱

## অমম্বা অমস্থং য়ু

খুঙংগী লমহুদা মশাগী লৌ মচেৎ অমতা লৈজদবদা নত্তনা মীগীস্থু উবা কংজদবা মাধব হোৎন-হোৎনরগা পূখবা হেঞ্জিল্লকই। খূনেক্তা লৌ খোইবা, লিংবা, খাওবা চৎপা, হৈবোই-হৈতবোই মীগী য়ুম শাবা খরা চৎপা অহুনদি মচা অহমগা নুপীগা থাকপদা ওইবা য়াবা নত্তে। ফিশা-লোনশা তৌহুনা মহাকী মতেং পাংলগী মাগী নুপীস্থু মচা অতোনবহুনা কয়া নাহুনা লৈখিবদগী পাংবা উঙমংঙমখিত্রে। শেল পায়বা ইমুঙ ওইরম্লবদি হোগৎলকপদগী য়েংহোহুনা নহায়া কবা য়ারবনি। অহুবু হৌজিক্তি অঙাং অহু শিবগী মতম ঙাইহুনা লৈরি।

ইমাগী কনেক মচেৎ/৩৫

নুমিদাংগী পুং মাপলমুক তাবা অদুবাইদনি। অতিয়াদু নোংমা পুক্সম মমখিদুনা থা-থরানমিচাক অমতা উখিদ্রে। নোংলৈ অমা লাক্কদবগুম নুংশিৎসু উ-উ লাউনা শীৎলি। মরক মরক্তা নোংথাংসু কুপ্পক্লি। য়ু অসুম থক্লম্বদগী মরূপ মরিদু শোরোক্লোমদা থোরক্লে। শোরোক য়োরবা কান্দা অমনা মরোল থৈরপ হায়রকই, "অ, ইসিগী কো খামগী হিদেন্দা থোং অমা শারিবসি খঙইদ্রব ?"

অমনা খুমলকই, "হোয়নে, খঙইনে নঙদি স্বাইদগীরো ?"

অমদুনা মথা-মথং চিংলদুনা হায়রকই, "ভানচুৎশিংদুদি লাইফম্নি হায়বা খঙদেনে। ফরেদনা, ত্রোক শেরেরেৎ দম, সর্ব্বনাস। লোইনা পুমত্তেক, নীংখাইদ্রে হায়বা। অদুগা হৌজিক্তা অঙাং অমা শরেল চন্নবা চুবাম্বাব খাদোকই কাইনা তাবিনে।"

মোন্দা নুংঙাইগনবা অমনা মখোঙ কাতু-কাবল চৎতুনা হায়রকই, "য়াম্না ফবা পাউনিনে বন্ধু অদুদি। সৈত্তা, খুবাক হাক্কচৈকো ঙসি। লৈকাইগী অঙাং অমা ফাবগা চুরাম্বাবদুদা পীরুববদি নুপা লীশিং, লীশিং, লীশিং মঙা-তরাদি ফংলদনা হা ? নুংঙাইরে, শিগ্রিফাও য়ু থক্কে।" অদুগা ফাক ফাক নোকথোক্লনা হিন্দী ফিল্মগী ঈশৈ অমা কীভম কায়না অমুক শক্কৎলকই,

"অরে ক্যা পিলায়া তুনে
বর মজা আয়া ...।"

ঈশৈ শকপা খংলেপ লেপ্লগা করিগুম্বা অমা খংনীং নীংশিং-লকপগুম অদুক নক্না লৈরিবদু হৌনা খংকৌ কৌরকই, "মাধপ, বন্ধু মাধপ, আইদিয়া, নঙ য়াম্ন রারে হায়বদায়, নুংঙাইগদবা লম্বী অমা লৈরেহে। ঐ তাকপীগেসে। নঙগী নচা শোয়দনা শিরগদবা কুম-শা না অমা লৈবদায় ? মদু মমা উহন্দনা হেক্তা পুরগা চুরাম্বাবদুদা পীথোক্লুরো। পাপ পুন্যগী ভাব শোর দো ভাগজান, শিদৌ শিদৌবা অমহা নক্রো ? পৈশা খরা পায়হৌরগা লোইরে। পৈশা ফংলিবদু পুন্যনি।"

মাধপগী মপুরিং নুংশিনা সুৎ সুৎ কপ্পহুনা হায়রকই, "বন্ধু, মহুগী রাহু হায়বিরকনু, নুংশিপ্রবা ঐগী ইচানিনে।"

মপুম মপা য়োরহুনা মাধপ চঙহৌরে। অঙাং মশা ঙমদ্রগা খেঙনা হপ্পকই হায়হুনা মাগী নুপীনা ভাঙলিবহু থওইনা ভাকুদে। মাগীদমক খাক্তুনা থম্লিবা চাকতু চাবসু তৌদে। উংহুনা লৈ। মাগী নুপীসু চাকতু চাথোরুবা তৌবিরো হায়রম্লগা মচা অনাবহুগী মনাক্তা কাথৎহুনা তুমখয়ে।

কনা কুইরে মাধপগা মোরা শেগায়বা অহুদা কম্লগা চিন্তা তৌহুনা লৈরিবহু। নীশাংশিংনা রাহুনা লাক্লবা পুন্সিবু হঙ্গৎনা য়েংখৎলুই। লৌ শঙম অমতং লৈরবদি খরা শাকরকপা য়াই খন্দুনা চাবা মচেৎ ভুথা মচেৎ তৌহুনা হোৎনরকপা, চহী তশামুক কারে, লৌ লৈবদি লায়রহুনা মীগী শেন্দোয়া মরেপ থুমগৎলক্লি।

ঙসাই মাগী মরূপ অমনা অঙাও-অকৈ ওইনা হায়খিবা রাকম অহু মহাকী কোক্তা নীংখিজনা চঙপ্রে। খনবমখৈ খম্লুরগা মমৈথঙদা মাধপতু অঙাওবগা পাঙথক ওইরক্লে। মথন্তা মুরূম মুরূম শোল্লকই, "ঐহাক নুপানি, পুম্নমক ঐহাকী দায়িত্বনি।"

কাঞ্চন শেগায়বা অমনা খন্দুনা তুম্লিবা মচা অনাবহুগী মায়কৈ-রোমদা য়েংলগা মখোল থোকপা ঙমদনা থম্মোয়না হিক্লা হিক্লা অমুক কপ্পকই, "শিদি শিরগদবা অঙাংনি। শোয়দনা শিরগদব। মহাকপু কনবিরগদোবসি কনানো?"

কুইনা চোৎলুবগা খেঙলবা অহিঙহুদা মাগী মমীৎতু ওথাক ভাঙলে। কাঞ্চন হাইদোক্তুনা মমানা থাগোন্দুনা তুম্লিবা মচা অনাবহুদা মুন্না অমুক য়েংই। অহুদগী ইমুঙ লময়ায়হুদা হঙ্গৎ হুন্দা অমুক চৎলি। অসুম চৎলগদগী খঙহৌদনা চপ লেপ্লগা অকবা রারেপ

অমা লোৌরবগুম মমাগা থাগোম্নহনা ভূম্লিবা চি থুংলবা মচা অতোনবহ তপ্পা লৌখৎতুনা পন্নগা থোং শান্নিবা মকম অহ তম্না পুরক্লে ।

অমম্বগী অকুংবা হেঙ্গিল্লকই । শুক শুনা মম্নবা অতিয়াহ অমুক অমুক নোংথাংগী লৈইনা মাগী তমথিরবা অখাকপা খোঙ্জেলগা লোয়ননা অশাউবা মতৌ উৎলকই । উরু উরু মঙাও-বীনা পীৎপা নুংশিৎনা অবাংবা উপালশিংবু নৈথেকপা হোৌরকই । ❋

## লানফম

মশক-মতৌ ফজরবী নেপালী নুপী অমা মনাক নক্না পোৎকম ফম্লববা নুমিৎতুদগী থবোশংবীগী পোৎফমগী পুন্সি মরাই চাইথবা হৌরক্লে।

মী পংতিন-তিন্দবা ওফিসতুগী মমাঙহুদা ফম্লদুনা চহী হুম্ফু শু ক্লবী থরোশংবীনা য়োঙরিবা হায়ববু মতম মতমগী উহৈ, চুরুপ, ক্ক, অচোই-অপা থরসিতনি। চন্দন-চরা লংনা থিন্দুনা, মশম নাম্না হাংলদুনা ময়াম্না ওফিস কানরক্লিভৈদা মাগী পোৎকম্না হান্না হেক্কা লৈবশ্মি। নোকথি-নোকথি তৌদুনতা লৈবী থরোশংবীনা ওফিসতুগী নহা-অহল থরদি থুদুম চনবদা রানা থোক্লমদে। নুংঙাই-নুংঙাইবা

ব্রাগী মতাং চানা চানা লীহূনা কেরানি অমদি পিওনশিংহবু ওফিসকী তম্বরকপা মীৎকুপ কয়াদগী তেকখৎহনবা ঙমখি।

চহী লৈশিন্দ্রিবী কীভম কবী নেপালী নুপীহূনা ইনাকখুনবী হকচাং কায়াৎ মচা তানা খঙহন্দুনা শারি ফুল অমগা কম্নবা নুমিৎতুদা থরোশংবীনা মনাক্তা কম্নবা কেরানি তোমালদা হায়খি, "খীদা তৌজ-শারিসে, কনানবু মাগী পোৎশিংসি লৈবিগনি হায়হূনা তৌরিবনো?

রা ভাঙবদা খাক্তবা তোমালনা খুম্মি, "য়েংবদি নুংঙাইখ্রেদ ইনে।" মখোয়দো থীৎলবা থরোশংবীনা কল্লক পেম্না হায়, "য়ে-শিল্লুনু য়েংশিল্লুনু ইবুংঙো, মশক কজবা হৈনৌ তীন চঙবনি।"

নেপালী নুপীহু মথস্তা ওইরবসু খরা কগদবনি। মরি-মঙানি কম্নবা মতুংদদি মচানুপী হুম হুম চাউখৎলক্লিবী অমসু লোয়নরক্লে। মচানুপীহূসু হল্লা য়াদে। ইরাং ওখাক চেল্লি। কা তম্বদা চুরুপ পীবদা কোয়হূনা শেম্নবা পিশুমহূদা অমুকসু কাজল য়েকশিল্লহূনা মীৎচিগী লাং থাকই। ঙমজবী কোংথোক্লুনা লীৎলিব ফুরিৎতু মীনা পোৎ লৈরি খুদিংগী লুকথখিবসিনা মশীং নাইদে।

থরোশংবীগী ওইজরম্বা কেরানি, ড্রাইভর, পিওন তপ্না তপ্না নেপালী মমা মচাহূনা মুনখি। থরোশংবীনা অহুক কুইনা কম্বহূদা অমুক্তা থোরক্তবা ওফিসার খরসু তাল্লক য়েংলগা নেপালী মমা-মচাহূদগী কা চাবা, চুরুপ পকপা থোরক্লে। মতু শিখিবদগী থরোশংবীদা ইচে ইচে কৌহূনা চহী তরামুক দিল লেনশিল্লম্বা পিওন তোম্বীকাও নেপালী মমা-মচাগীদা হাইজিনখ্রে।

চহী কুন হেল্লক্লবনি থরোশংবীনা মকম অহূদা মথস্তা পোৎকম কমহূনা লেঞ্জরক্লিবা। মাগী পুম্পিগী ইথিহাসতা মকম অহু হন্দোক্লম্বা য়ারোই। নুংশিজে মাগী থম্মোয়না মকম অহুবু চেৎনা। নুংশি কৈদৌনি, মাগী মতম লোইরবা মকমসিদা কয়াম কুইনা পম্বা ঙমগদৌরিবঃ। খল্লকই, নোংমা নীনীসিদা মকম অসি থাদোক্লুনা চৎখ্রগে। ❋

# ঐখোয় নুপীগী আন্দোলন

হান্না-হান্নগী হামু হামু শেল-থুমগী অবস্থা নাত্তে ইচা চাদে। খংনা ফরক্কববা খল্লি, ফরকপা কৌবা লৈতে। তদুবু মহৌশাদগী ফুরিংখাউদা পৈশা য়াওদ্রবদি চৎপা হৈনদবনিনা অমদগী খরা লাক, অমদগী খংনা পূ, খরচক্কীদি রাংতে। য়ম হেক য়োবদনা ঐখোয় নুপীগী আন্দোলন।

ইচানুপী অনী মনা হুৎপদা মীভোন্দগী পূখিবা লুপা লীশিং অনী, ঐখোয় নুপীগী থবক মচা অমতং ফংননবা হোৎনবদা মাগী লৈজবা সনা খরদু কায়থোকপা লোইরবগী তুংদা অমুক পূশিনবা লুপা লীশিং কুন (চহী ফারক্কদোরে, হৌভিক ফাওবা রিতন তেস্ত

হায়দোক্তি )। পুন্নমক অসিগী থা খুদিংগী শেন্দোইতদা লুপা লৈশিং অমগী মথক্তা চৎলিবনি। কৌভম অসি য়ৌরবফাওবা নোংমগী খক্তবা য়াদবগুম ঐহাক্না য়ু থক্লি। মসিদনি ঐখোয়' নুপীনা খম থেংনা শাউরিবসি।

ঐখোয় নুপীনা হায়বা চুমদবদি নত্তে। অদুবু মানা হায়জরিবদু নমহৎনবা ঐনা হায়, "ঐস্মু খঙডি, য়ু থকপা ফত্তে। অদুবু ঐনা থক্লিবসিদি কৈস্মু শোক্লিংঙাই ওইদে। গিলাস মনীংদা খজিক্কুং নপ্লগা ঈশিং ভারিদা য়ান্দুনা থক্লিবনি।"

ঐখোয় নুপীস্মু আরগুমেন্ট ঈংনা ঈংনা লৌখৎকনবী কাওবুদুনি। লৌখৎলকই, "অদুবু য়ুদুবু লেম্না থকপা য়াব্রনে? য়ামদ্রবদা লুপা মঙা-তরাদি খরচ তৌরমগনি। নোংকাদোক থক্লিঙৈদদি কৈস্মু হায়জ-দ্রিদুনি। হন্দক-মরক্তি নোংমতবু কাংদ্রেনে। কনানা নুংশা থী-রোইদৈনো?"

অতৈগদি খঙদে। মরৈ য়েৎনবদা ঐখোয়' নুপীনকাওদি ঙমহন্দনবা হোৎনবা মৌনি। শাউরপ তৌবা ড্রামাগী এক্তিং হমা তৌদুনা হায়, "অদুবু ইবানবু সুম্মাইনা সুম লৈরসি হায়রিরো? ওক্সি কাদ্রিবকাওবা য়ুমদা সুরু সুরু হেক নৈশিন, ছুটি থাবগা য়ুমদা হেক হল্লক, কনা শঙ্গনো ফংগদৌরিবা? শক্তি পায়নবা শঙ্গ থিদবা য়াদবনিনে বুদু। য়ু খল্লুবদি শঙ্গ ফংদ্রে হৌজিকানসিদা।"

অসিগুম্বা মতাংসিদা অয়াম্বা মতমদা ঐখোয় নুপী "সাইলেন্স ইজ বেস্ত পোলিসি" হায়বা চীনকাদু পুবীন। অদুবু ঙসিদি ওনখৎলক্লুনা খুন্নকই, "শঙ্গস্মু পামজদ্রে এক্তিস্মু পামজদ্রে। য়ুমদা ভাব তানা লৈবিবদুদং পামজৈ। লাইরিক্তি মচেৎ অমত্তা তাক-পীদনা ভাট পুলহল্লগা স্কুল অস্নুম কাহনবদুনা অঙাংদা লাইরিক মচামতা ফজরকউ হায়বদি য়ারোই। ঙসাইস্মু বেমবেমদু সাত-সকী পারা কাদে হায়দুনা মিসনা লেপহল্লি হায়বনি। হোম

রার্ক পীরকপা তৌরিবরা তৌদববা হায়বস্থু নোংমতা য়েংশিনবিদে।
নচা নুপী ভাক্তগা ওইরে। য়ু থকপগী মচা হায়রবদি হয়েরাই
মযুম পানবা খঙলবনি।"

ঐখোয নুপীনা হায়বা চুম্মি। ঐসি হাকমল্লবনি। হকচাং
মাঙহনবতা নত্তনা পূম্নমক মাঙহম্নবা শীল্লবনি। ইন্দ্রিগী ঈখোলাংবা
কোরবা হোৎনবদ ঐগী ইমুঙ-মনুংনা তপ্না তপ্না লৈখা তারকপা
কবিস্থু খঙশিন্নদনা লৈবি। ওফিস ছুটি হেক থাবগা তৌদবা
যাদবা ইথৌ 'মমম লেনবগুম হেক্তনক পূল্লি, যুমায় তারবা
একাউন্টেন্ট তানোবো, গ্রেদ ফোর বাবৈ, চৌকিদার কান্দুম, ঐ।
ওফিসং নত্রগ যুযোনক্মদা চঙ্ঙনা অযাং-অয়াওবা পুথোরক্নুনা
যু থকমিন্নৈ। অযুক পুং মাপল নংনবা ওফিস হাবে হোবে
পাবহুনা যুমদা হল্লিনবদা নুমিদাংগী পুং মাপল তরাদি নুমিৎ
খুদিংগী তাই। ছুটি নুমিৎতদি অযুক্তফাওবা থকৎলক্লে। নুপীদা
হায শাবা হায়বহুনি, মসিদগী করি শক্তিনো পায়রকদৌরিববু?

লৈরক্লস্থু লেবক্রবস্থু ইচানুপী অতোনবী মীনিহু ঐনা ওফিস
চৎলমদাই খুদিংগী পোৎ তপকনবনি। ঙসিদি থোরক্তে হায়হুনা
সাইকল ইন্থোক্লা-ইন্থোক্লা লাউই, "মীনি, মীনি।" মীনিহু পরপ পরপ
চেন্থোবকই। ঐনা কবি লৈবকউগে হংদ্রিভৈদা মীনিনা শেংফাত্তবা
খোঞ্জেলদা লাউরকই, "বুং ওন্না হল্লকউকো।"

খঙই, মমানা ইনশিল্লক্লিবনি। তাশিন্নদহুনা ঐনা হংই, "করি
লৈবকউগে?" মীনিনা হায়রকই, "মিথাই"। অমুকস্থু হায়হোই,
"ওন্না হল্লকউকো বুং।" নোক্তুনা য়েংশিল্লুই। ঐখোয় নুপীস্থু থোঙ-
নাউদগী ঐবু য়েংলগা নাক্তুনা লৈরম্মি।

পুং মরি মখায় তাগদোবে। চপ চানা খল্লে, ফত্তবা থবক-
সিদদি তোরবা হোৎনবগে। হথস্তা নোকমিক্লই মীনিগী মতোহু

নীংশিংলগা। পেন হেন্তেন্দদা থেৎলিবা কেলেন্দরহুদা ইরি এপ্রিল ১৭, নিংথৌকাবা। বেমবেমগা চলচলাগগী থা পরিক্ষা খজিক্তা ঙায়রে। য়ুগী খোঙলোই কনাস্থ উন্মত্রিবৈঙে ঐহাক ওফিসতগী পরপ পরপ থোরক্লে। চৎনা চৎনা খল্লকই, "অসি মঙায়দনা।" *

## রোমিতা অমস্থং সিফাই

ড্রেসিং তুলহুদা কম্নহুনা মাকে শেম্নি রোমিতা। মোন্দা নুংঙাই-রক্লুনা ড্রেসিং তেবলগী মিংশেলহুদা য়েংলগা তবুগী মতৌ তমহুনা ঈশৈ শংনা শ'না জগোই মতেক অমস্থু শাই,

রুক রুক অরে বাবা রুক

ও মাই দার্লিং গিভ মী এ লুক

দিল মেরা ধরকে তেরে লিয়ে

দিল মেরা তরপে তেরে লিয়ে

গুসসা তেরা বল্লা বল্লা নখরে দেবে

রুক উক উক রুক

হাঁ লভ লভ লভ তুমসে লভ হুরা।

পাউদর থাবা লোইরে। লিপস্তিক মচু মচুশিংদুদগী করম্বা তৈসিগে খল্লি। চৎকদৌরিবদু নুংঙাইরবা প্রোগ্রাম্নি। মহাক্কী বোয় ফ্রেন্দগা "শঙ্কব তোকিজ"দা "মোহরা" য়েংগদৌরিবনি।

মমানা তোপ্তি মখোঙদা কোন ফেঙলি। খঙহৌদে, দঙ লাউনা বোম পোকখাইবগী মখোল অম ইনক-নক্না ত্থাখি। সেকেন্দ অমা ফান কান্নদে, নোংমৈ খপ্পগী মখোল অমুক তারকই, পদ্রক পদ্রক পদ্রক। অদুদগী মমাদু কোনশিংদু হুন্দোক্লম্লগা শন শা শাদুন ইমুঙদা পরপ পরপ চঙলকই। মীৎথক-মীৎখাগা লোইনা তৈবা য়েকপ লোইরবী খোম্মিতাস্মু ইপা পাখৎতুনা লৈরম্মি। নোংমৈ মখোলদু অমুক লেপখ্রে মমানা চৈরকই, "নঙবু নোংমৈ কাপ্পরিবসি ননাদু তাদ্রো, হা? ঙাইহাক লৈরবদি সিকাইনা পূংম্মু মুরগনি।" ঙাওনা ঙাওনা চেনচৎ চৎতুনা ফদিদা হামুক খর। তৈশিল্লগা পুথোরকই অদুগা "হৌজিকপু মেক-অপ। তৌদুনা লৈবা য়াবা মতম্না হায়দুনা ইনখৎলক্লিবী মচাগী মমায়দুদা শব শর তৈশিল্লি। ইমুঙদস্মু লৈবা য়াদে হায়দুনা হামুক তৈরবী মচাদু শুম্নাঙদা ফমহন্দুনা থম্মি। *

## ভুৎ অমস্তুং মোংফম

নোংয়াই য়োরম্লগনি। চেক্লোন মবি থাংগৎলবা কাংথোন মথক্তুদা ভূমিন্না হিপ্লি তমু। মানা হিপ্লিবহুগী অকোয়বহু ঈশিং ঙাক্তনি। কাংথোন্দু থূমগদবা খূহুপমুক্তং ঙায়বম্লবনি, হৌজিকপুদি কাপ অমমুক হন্থখ্রে। থাশিরমদাই ওইবা অমদি মৈ লাক্তবনা পূম্মম মম্মি। তেংগালি কারবা লালটেন অমথক অমম্বহুদগী ঙাকথোকচনবা কাংথোন মনাক্তা লৈরিবা অমনবা তেবলহুগী মথক্তা থাল্লি।

অমতং পোকচবা মচানুপা দ্রগ চাবা ইবুংঙাচৌবহু ঙরাং অমুক চাকচা তোক্লগা থোকখিবহুদগী হৌজিককাওবা হন্তিল্লক্তরি। থানা-নগা কারমগদ্রা হায়হুনা ঈশিং মরক্তুদা কোয়চৎ চৎতুনা হংলুরবনি। থানাদসু লৈরমদে। হৌজিক কাওবা কদায়দবু লৈরিবা?

ওরাং নুমিদাং মখোয়গী লৈকাইদা হুরানবা চওলে হায়হুনা ঈশিং মরক্তুদা কোয়রাং লাওনখি। নোং ভাল্লমদাইদা খরদং তুম্লবা নক্তুনা কনামত্তা তুমশিং ফানখিদে। লৈকাইহুগী নহারোলশিং মখুৎচাবা খুৎলাই অমমম পায়হুনা ঈশিং মরক্তুদা কাচিন-কোয়া শীন-থুংনা হুরানবা ফানবা কোয়থি থিখি। মখোয় খরনা হায়খিবহু তমুস্থ ময়েক শেংনা তাহৌই, "নম্বর ফোর চাবা শোয়দনা ওইরমগনি ঈশিং চাউবসিদা খুদোংচাবা লৌরিবনি। থেংবু থেংনরবদি ময়াম চওহুনা হেক্কা হাংতোকদবনি"। মচানুপাগী মচোরিৎ মুন্না খওলবা তমু পাখৎপগা লোয়ননা পাখংমচাশিংহুগী মবক্তা শোর থবেৎ থতেৎ হোন্দুনা কোয়চেন চেনবা য়াওখি।

শাংলবা মতম অমা রানা লেল্লক্রবস্থ মোমোন নোক্না হিংজবা য়াবা মতম অহু ওইরবনি তমুগী। মপূরোইবনা ওন্না হুন্দোকপিরম্লবস্থ অখাও কন্নবা থৌনা অমদি পীক্লিবা মচানুপাহুগা লোয়ননা থম্বিরম্মি। থমস্থ থমখি মচানুপাহুদা পূন্সি পুম্বগী আশা। মনেম্বোক্না কম্লম্বা হৈয়োনকম অহু মহাক্না কম্বদগীদি ইমুঙ পুবা ওমখি। মচানুপাগী মহৈ-মশিং মপুং ফানা তমজবা ওম্নবা শেল খরা খরা তুংশিনবস্থ ওমজখি। লৈবা-য়োনবগী নিশাদা অয়ুক ওনতাদগী নুমিৎতাবা ফাওবা কৈথেলদা কম্মুরবস্থ কূম্লক্রবা মতমদদি পী মচাদা পাউতাক কয়া। মহৈ তম্বগীনি হায়রবদি শেল থাদবা পাম্মুদে।

কাইনথংদা খওলকপনি মচানুপা ইবুংঙোচৌবা দ্রগ চারে হায়বসি। মচানুপানা লাইরিক লৈনবনি হায়হুনা, কলেজদা মিং চন্নবনি হায়হুনা শেংদা শেংবা অশেংবা, ওইদা ওইবা অওইবা মালহন্দুনা কৈথেল কারমদাইদা অমদি কৈথেলদা লাক্তুনা তোয়না লৌখিবা পৈশাশিংহুনা মচাগী মোংকমগী লম্বী শেমজরম্লি হায়বসি কাইনথংহুদনি খওলকপা। মচাগী লাইরিক থক্ষমহুদা হুমহুনা য়েংবদা লৈরম্বহু ড্রোপ্পরনা শেপ্পা শিরিঞ্জ, মৈখেৎ উপু, অঙৌবা পাউদরগী পেকেৎ মচা মচা।

মমীৎ উইরুম উইরুম তৌহুনতা লৈবা মচাহু মশা ওয়েগ্রমানে থন্দুনা ডাক্তরদা য়েংথোক্নুনা হিদাক চানবা, মচি ওইবা চীঙ্গাক চাননবা পীখিবা শেলশিংহুন ওয়-তৈনবদা তাঙলবা নিশা অহু শীজিন্নহুনা মশা মরোমদোম পুন্সি তেনশিন্নবা হোৎনরম্নি।

নম্বর কোর চাবগী য়ারী কয়া কৈথেল্দা ইতাউ-তাউনা তাখিবা তমু ওসিদি মহাক্কী মচামক্তদা থোক্লরে। আশা ওইরিবা গ্রুবতারা অহুনা মমি শাম্লক্লবদা করিনো হৌজিক মহাক্না ভোগদবা? তুমিন্না হোৎনরম্বদগী ফু-চৈহুনা কয়া য়েংলে, কান্নবা করিস্নু কংদে। কপথি তমু থেঙলবা অহিঙহুদা মথন্তগী মরায়বকপু খূৎতুম্না শুজিন্দুনা। মকশিল্লবা কুচুনা কশিল্লবা হকচাংদা তৈহুনা মমীৎ ইকুৎ কুৎনা হিপ্নিবা মচাবু য়েংহুনা "ইমাগী ইবুংঙো ইমাদি মাঙলেদকো" হায়হুনা সুৎ সুৎ কপখি।

মচাগী লূ-তোংদা চঙপ্রবা তমথিরবা ভূৎ অহুনা মচাবু মোংক্ষম তম্না পুননবা হোৎনরবসু মম ওইবী তমুগীদি মীৎলু পিরাং শীন্থু খুদাং পায়হুনা য়াম্নবা তাবনি। অখণ্ড-অহৈনা তাকপিবা মতুং-ইন্না পৈশা সুকপি পীগ্রে, মচাবু কুপশেন শেন্নরে। অহুবু পুং কুম্নরি শেন্নবদি করম ওয়্নগনি। মীৎকুপ অমা শেন্নহৌদবদা ইমুঙগী পোৎ মাঙবা হৌরক্লে। মথং মথং চৎখিহুনা হৌজিক্কি ইমুঙহুদা মমল য়াম্বা পোৎ অমতসু তাদরে। নোংমদি তমুনা মৌপ্বানুপা কৌহুনা মচানুপাবু শঙহন্দুনা থম্নি। মচানুপাহুনা শাজিন্নবা য়াহৈ কয়া হায়হুনা নাম্থোক্লবা হোৎনৈ। থমকা তৌহুনা তমু মচীন-মৌপ্বানা ইবুংঙো-চৌববু মপাল সুকথোক থোকহন্দরে। নুম্নিদাংয়াইরমদদি মচানুপাহু কীভম অমা তৌরক্লে। কুইনা চাহুনা কাপ্তুনা লাকপহুনা খংথা থাদোকপহুদা মশা থক থক নীকখৎলক্নুনা য়েংবদা বিকার অমা কায়রক্লে। মৌপ্বানুপানা তপ্না হায়রকই, "খরা কাপহল্লসি ইচে

নত্রবদি য়ায়রোই।" উপাই লৈখিদে তমু! নীংবা কায়না মচাবু মমীংতা মপি তাবমথৈ য়েংলবা তুংদা মশামন্না কোয়খি খিরগা কাপহুনবা তাখি।

রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লম্বদগী ওাইহাক উইরয়োল তৌরুরমানে. শুমাঙদা জবুক জবুক চঙলক্লগা মাঙ্গোন্দা কনাগুম্ব অমা কাখৎ-লকপগী মখোল্লা নত্রগা খোঙ্গাল্লোমদা খোকখিবগী মখোল্লা হাইকেং তাগুম লাকুম তৌখি। তমু মমীৎ খংশিং-শিংগৎলক্লুনা ইমুঙদগী কৌই, "ইবুংঙো, ইবুংঙোচৌবা।" কনামত্তা খুমলক্তে। অমুকন্স হন্না কৌই, খুমলক্তে। খঙহৌদনা তমুগী পুক্সিংদা নিংকোক্সবগুম তৌরকই। ওয়াং অহিঙগী খৌদোক্ত নীংশিংলুবদা তু চুংলকই। হীপুনা লৈঙমত্রবা তমু কাঙখোন্দগী কুমথহুনা লালতেন্দু পায়রগা মাঙ্গোল তম্না খোকই। অমম্বা তহিঙ নত্তনা কনাস্স লৈবম্দে। শোর মপী তমা শাংনা তোম্বরগা অমুক ইমুঙদা চঙলকই। তপথনা লৈজবা ঙমত্রবা তমু মতমহুদা লাইনিংথৌ সনামহীবু পুরিংদা চেৎনা খুরুমজব নত্তনা অতৈ উপাই লৈরমদে।

তাঙ্গাহুদা অয়াংলোমগী কাম্নিনিশীজনা দলান মথক্তগী হৌনা লাউবা তারকই, "হুরানবা লৈরে, হুরানবা লৈরে।" অহুদগী য়ুল্লোন-কৈ-রোম্নবা খুদিংমক কদায়নো কদায়নো হায়হুনা য়া য়া লাউনরকই। তমু পাখৎখিহুনা মশা থক থক নিকই। মিহুন তীং তীং চোংই। লালতেন পায়হুনা মপান্দা হোবে হোবে খোকই। "শোমদা চেনগ্রে শোমদা চেনগ্রে" হায়হুনা ময়াম অমা মথুৎ চাবা খুৎলাই অমদি মৈ পায়হুনা ঈশিং মরক্তা জবুক জবুক চেন্নবহু উরগা তমুস্সু শুমাঙদা পরপ পরপ কুমথহুনা ময়াম মরক্তুদা য়াওক্সরে।

হুরানবা তাম্নরিবশিংহু থামম্বা অহিঙহুদা হুরানবহু কদায়দা লৈবগে হায়বহুদি চপ চাবা খঙবা ঙমদবনিনা কাঙলুপ নাইনা চাইখোক্তুনা য়ুম-লেংহুগী শুমাঙ খুদিং, মনীং-ময়া, শঙ্গোই মন্নুঙ শুনা য়েংই। য়া য়া

ল্যাঙবদু তারবা মমাঙ লৈকাই অমসুং মনীং লৈকাইরোমগী নহারোল-
শিংসু মথুৎচাবা খুৎলাই অমমম পায়নদুনা হুয়ানবা তাম্রবা য়াওররে।
ঈশিং থুমদুনা গেরেজদা থম্বা য়াদবদগী শোরোক্লোমদা থাদুনা লৈরিবা
তাত গাড়ী অনীদুসু লৈরক অদুদা ওন্সিল্লগা মৈ কাপশিল্লকুনা হুয়ানবা
শানবা মতেং পাংলক্লি। ওসাইমথৈ দলান মথক্তগী তোর্চ লাইট
কাপথদুনা য়েংলিবা কামিনিশীজনা মথারোমগী রাপল অশৃকপা
অদোমদা মী তমা লোৎতুনা লৈবদু উরদুনা লাউরকই, "অসিদা লৈরে,
অসিদা লৈরে, ঐজ্ঞা চাউবথোয়রগী লাপল্লোমদা। কৌ বোরা অমা
থাংগে তোরল্লিবনি চন্দালসিনা।"

ময়াম পুম্নমক মায়কৈ অদোমদা ফজিম্নরক্লে। অমম্বদুদা মরেক
শেংনা উবদি কংদন। মী অমা তুরেল তাবা মায়কৈ অদোমদা চবুক
চবুক চেল্লি। তাম্নরিবশিংদুনা "হাংলো হাংলো" হায়দুনা অপায়-
অপায়বা নুংছুম-চেক্তুম লংশিনবা হোৌরক্লে। কীভম মতাহদা তমুনা
হোৌনা কপ্নদুনা লাউরকই, "ইচাশা, কৌ বোরা অমা থাংলম্বগীদমক
মীবু হুই য়েন হাংপগুম হাংপা হোৌনদে।" তমুগী খোজেল তাবিনবা
মতাংদুদা কনাসু লৈখিদরে। চেল্লিবা হুয়ানবদুনা থরা লুবা মকম
য়োৌরকুনা চুপ লাউনা ঈরুপথিবদুদা লোঙ-তা লংশিনবসু য়াওরক্লে।
তাঙ্গা অদুদা হেন্দ লেম্প অদু চেল্লগা পুবদুদা মেঠৈল কায়থোকক্লে।
তোর্চ লাইঠ কাপ্লগা থিবদসু হুয়ানবদু ঈরুপ্তুনা চৎপ্রগা কদায়দা
কাউগৎপ্রবনো থিকম থগুদ্রে। তুরেল ময়াদদি ঈশিংদু লেপ হেন্না
থুম্বনা কনাসু চঙশিন্নরুদ্রে। থিবা য়াবা থিরবা মতুংদা কংদবদগীদি
চোকথনরকুনা ওম্নমক ময়ুম-ময়ুমদা হজিন্নরক্লে। ময়াম পুম্নমক চৎপ্রবসু
তমুদি চিংনবনা থল্লবা পুক্লিংনা নিংকোকপগী তীং তীং চোংবা মিহুলগা
লোয়ননা হুয়ানবদুনা ঈরুপথিবা মকম অদুগী অকোয়বদা হুয়ানবদুবু
হজিল হজিল থিদুনা লৈরি। কংবা মরৈত্রবদুদদি মহাকসু কাখৎলক্লে।
অচোৎপা মশাদু শেংনা তৈথোক্লগা ছিপথৈ। কনা কুইনা তুমখো

হায়বা য়াদে। হুজিল হুজিল উহুনা লৈরি অমম্বদা ঈশিং মরক্তা চেল্লিবা হুমানন্হুদা নুংহুম চেক্কুম লেপ্তনা থাজিনখিবা, লোঙ-ন্তা লংশিনখিবা।

করম্বা কান্দা তুমথখিবনে৷ খঙহৌদে, য়াহৌরকপদা নুমিৎ তরং তরং থোক্লম্লে। ঈশিংস্মু মরেং ভায়ম্লে। লৈরক্লোমদা মী ময়াম তুরেল লৈবা মায়কৈ অদোমদা চেম্নবহু উরকই। তমু স্বায় লাউবীহু অমুক হৌরকই। মহাকস্মু ময়ামগী মতুং ইমহুনা চেল্লকই। তুরেল ময়াগী রাপল ময়াদা চেনখিবা ময়ামহু ওমহুনা লৈরম্মি। থকৎপা অমগা লোয়ননা মীয়ামহু নমথায়হুনা তমু মমাঙ তম্না চঙশিল্লি। মতমহুদা তমু নুমিৎ নীনীগী মমাঙদগী হুজিলক্ত্রবা মচাবু উজবা ফংলে। নুংহুম, চেক্কুম, লোঙ, তাগী দাগকম লূথম অমস্তুং নঙ্গলদা লৈরবা অমদি ঈশিংদা ভীংলুবগী মশা পূম্বা কামথৎলম্লবা থরাম য়াওত্রবা ইবুংঙো-চৌবগী হকচাং রাপলহুদা পন্দুনা লৈরি। মচীন্দা খোঙ্গেল অমতা থোকপা ঙমদনা শীংজংনা য়াম্হৎপিরবা উপালগুম তমু লৈমাইদা হাইথরকই। ❋

## সনা কৈথেল

থারিক ঙায়োনবীনি। মহাক্না কৈথেল্দা ঙা য়োল্লগা য়ুম পুই। মহাক্কী মুপা থম্বৌ হান্না মীগী য়ুম শাবা চৎলম্মনি। হোসপিতালদা ওপরেসন অমা তৌখিবা অহুদগী য়ুমদগী মপাল পাক থোকখিত্রে। থারিক্না কৈথেল কাথ্রিবৈঙে মচা অহুমহু মহাক্না য়েংশিল্লি।

ঙাগী কারবার অরায়বা নত্তে। তোংবা কান্দম্ফু পংতোং মতোংই। মাঙবা কান্দা পুল্লপ। জম জম ঙাবা নোং মরক্তা মহুৎ কংদনা য়োনবনা কোক্লায়। ঙাগী মমল মুম্বিৎ খূদিং মামদে। ঙাইহাক্কুংগী মনুঙদা শৎ শৎ হোংবম্ফু য়াওই। ওইজরে হায়রহনা লল্লোনবীদগী লৌহোবা ঙাহু ঙাইহাক্কুংগী মনুঙদা ঙানা শৌ শারক্তুনা মমল জর জব

কুমথরকপদগী খুখিবা নংবা কয়ারক্লি। মহুগী মতাংদদি সের কালা তিংখৎ তিংখৎতুনা হূদবা য়াদে। খাইদগী লুয়িবদি শেল্লেপ চাউদবা য়াদবসিনি। খুত্তা খয়া য়াম্না পায়রিবমখৈ ওইজগে হায়বনি। অহুনা ভিমৈ থারিক্লা শেল্লেপ মাঙবীগী মহাজন ভঙাং নিলমনিগা।

সনা কৈথেলদা চাক্তারয়িবা অয়াম্বনা তঙাং নিলমনিবু খঙই। হয়ুক অঙনবদগী থোরকনি তঙাংদু মশা নাম্না। মুপী শিগ্রবা ভঙাংগী ফৈজোমদু কনানবু শূবীবনে। ওম্ভোক্লা মচু তাগ্রে। লীচৈ অকোন-বীহুনা খূৎহৈবা কনানবু শাবা ওইবিগবা? খূৎ য়েৎ-ওই অনীমকী খূনিংথৌ অমস্থুং খূৎয়ায় অনীমক্তা সনা খূদোপ। খূদোপশিংদুদা য়াওরিবনা রবী. ইমরেন্ড, কেতস হাই অমদি নবরত্ন। ভঙাংগী আ:নোক্কী ফ্রেমদু খঙজদবী হনুবীনদি খল্লি, সনানি। হিদাক শঙবনা শমদু মুশিন মুনা লেঙ লেঙ চৎলি। হকচাংগী মনম্না মেঙনা মুংশিরবা ইসেন্সকীনি। পূম্নমকসিগী মথক্তা পাম্না ঙোরবা ভঙাংগী কুচুনি। অহুগা পাইতু অশংবা অমা য়ানবহুননি তঙাংবু মহাজন ওইনা উহল্লিবহু।

লুপা চহুম লৌথিবা পোৎকম কম্বীদগী নোংমদা লুপা তরামঙা তরা-মঙা মুমিৎ কুম্মরিনি। লুপা চামঙা লৌথিবা পোৎকম কম্বীদগী নোংমদা লুপা কুনমঙা কুনমঙা মুমিৎ কুম্মরিনি। লুপা লীশিং অমা লৌথিবা মকমদগী নোংমদা লুপা য়াথৈ য়াথৈ মুমিৎ কুম্মরিনি। নোংমদা লুপা য়াথৈ থীগৎপা ঙমজদবা কাঙবুদগীনা শেল্লেপ শিংবা ঙমদ্রিবফাওবা নোংমদা লুপা তরা তরা। অম্মুমা শেল শান্দোকপা অমস্থুং খোমজিনবনি তঙাংগী থবক।

পোৎফম অমদা অয়ুক ওস্তা কম্বা, অয়ুক কম্লম্বীহুনা হনগ্রগা অমমুক কম্বা, অহুদগী অমুক মুংথিল কম্নবা, পোৎকম কম্বী মরোল মরোলনি। পূম্নমক তঙনা নত্রবম্ব অমুকতি তঙাংগী শেলহুন হুনগ্রবা ঙাক্তনি। পোৎফম কম্বীদা নত্তনা শেল পায়জদবা হুকানশিংসু ভঙাংদগী শেল পূই।

অয়ুকী পুং ভরামাখায় ভরামখোই ভারকপা অহুরাইদা ভঙাংহু ময়ুমদা চাক চাবা অমুক চৎখিগনি। চাকচা ভোক্লগা নীংখিজনা পোখারবা মতুংদা মুংখিল পুং অহুম্মুক তাবা অহুরাইদা ভঙাং কৈথেলদা অমুক থোরকনি। ত্রাফিক পুলিসনা হুকান্দগী পোলিথিন বেগ নিহুনা শোরোক মপান্দা পোৎকম কম্বীশিংদগী মাধুপুরি চৎপা হোরকপা, নুম্মিদাংগী মতম য়োমক্লহুনা পোদোল চুখৎনরকপা মতম অহুরাইদদি পোদোলগী ভেঙ্গালীশিংহু হৈনদে হায়রহুনা ভঙাং অমুক হনখিগনি।

ভঙাং মীচং মীখায় নাই। ৩ তৈদা চৎপা শাঙৎকা থারিকতা চৎপা শাঙৎকা মামদে। ভাঙন-শানবা মুংঙাই হায়হুনা মপোপ মঙাং ফবা থারিককী মনাক্তদি ভঙাংহু কনা কুইনা কুইনা লৈ। পোৎলক্লা চৎপমখৈ চৎলুরগা মখৌ ইরৈ লৈতনা থারিকী মনাক্তা লাকপস্থ য়াওই। অসুম নকশিন্নরকপদগীদি থারিকী মনাক্তা মোরা থাহুনা কমগৎলক্লে। কম্বা মখৈ কম্নগা শেলহুল লৌবা কাউহুনা হনখিবস্থ য়াওরকই। মুপী শিখিবগী অহাঙবা অমা লৈরিবহু মেনশিন্নবগীদমক ভঙাং মহাজন্দু পাপ-পুন্যগী রা তুংওইননা থম্নগা থারিকতা হেন্না হেন্না নকশিন্নবা হোৎনবকই।

মুম্মিৎতু থম্বৌ চাবা থকপা চঙদনা উংহুনা লৈ। থম্বৌতা নত্তে, মচা অহুম অহুম্মুনি। থাজদে অহুম থোক্লকনি হায়বা। কৈরোই-লৈকাই মমাঙদা ইকাইবনা শিনিংলম্মি। থারিক ভঙাং নিলমনিদা চেনখ্রে।

ভঙাং নিলমনিদা কন্যা কৎখিবা নুম্মিৎ অহুদগীদি থাবিক কৈথেল থোরকখিদ্রে। ভঙাংদি মুম্মিৎ ভরানিমুক লেপ্লুরবা তুংদা মীগী খূৎতা লৈখিবা শেলশিংহু খোমজিন্দবা য়াদবা অমদি শিনকম অহু থাদোক্লিংদবনা থারিকী পোৎকম পরেং অমা-অনীহুদি চঙলুদনা অমুক থোকপা হোরকই।

থারিক্লা ওয়া পুরম্বনি। থারিক চৎপ্রবা অহুদদি মচাশিং করম্না থাকদগে হায়বগী রাখল তৌবা হৌরকই থম্বৌ। অরুবা ওপরেসন অম্না তৌথিবা অহুনা থবক অকনবা অমতা শূবম্মু ওমদে। তৌগদবহু কনা লুই। কাম্নরোই খল্লহুনা থম্বৌ কৈথেলদা লাক্লে। থারিককী পোৎকম্মগা থংননা কল্লিবী অশংবীদা তুমিন্না তাম্নজৈ।

"ইচে, ঐ উপাই লৈতহুনা ইচেগী নাক্তা লাক্লবনি। মহাক্না অহুম তৌরকনি খওদবনা ঐস্মু শেম্নহৌদ্রে। অহুবু ইচাশিংদি থাক্তবা য়াদে। উপাই অতৈ থিরবনি, উপাই কংদে। ঐবু ইচেখোয়গী মরক্তা ফম্বদা করক য়াম্না তারদ্রা?"

অশংবীহু শাউরকই, "মহা বেশ্যানি নওগী থারিক হায়বীহু। মহাক্না থীবোং তাঞ্জরিবা ঐখোয় পুম্ববু লোইনা চেম্বহল্লবনি। মাগী তঙাং খড্রকহুম্মু উরবদি কনেক্না অমুক্তং কূপকে হায়হুনা শাইরিবনি।"
অহুদগী থম্বৌ অমসুং মচাশিংবু মুন্না খওবা অশংবীহু অমুক তপথরকই, "করিগী করক তারুগনি হায়বগেনে ইপ্‌ম্বাসিদি। ইচা-ইশূ থাকপা ওম্নবা হোৎনজববু কনানা করি হায়গনি হায়বগে? ইপ্‌ম্বাগীদমক ইচে লৈরি। হয়েংমক হেক্তা খোরকউ।"

অম্মুন্না মথংগী নুমিৎওগীদি থম্বৌহু নুপী মরক্তা ইকাই ইকাই ওা য়োনবা খোরক্লে। নোংমা নোংমা অম্মুম হৌথিহুনা অম্মুম হৈনরক-পদগীদি থম্বৌহু কৈথেল নুপীশিংগা চীন্দা পাউদানহুনা খৎনবা কাওবা হৈরক্লে।

থা অনীমুক্কী তুংদা খওহৌদন তঙাংহু হকচাংসি ইনুং নুংঙাইতে, থবাকসি কৈনোমা ইতৌ তৌই হায়হুনা তক্তনা শোনবা হৌরকই। অম্মুম শোল্লম্বদগী কৈথেল থোকপা ওমদনা চাননা অনাবা হায়বহু ওইহুনা কমুংদা য়াভাহুনা লৈবা হৌরক্লে। ডাক্তর কৌহুনা য়েংহল্লি। হিদাক কয়া চায়। ফবা কৌবা লৈতে। তিংবা য়াবা শেল কয়া তিংলবা তুংদা কাইনথংদা খওসকই কেন্সরনি হায়বা। ডাক্তরগী ঈঙ্গিৎতি

মপালদা পুবদা কান্নবরোই হায়বসিনি। অহুবু মচানুপানা পুহনা চৎলি ভেলবদা। তঙাংনা তাপ্তরম্বা শেল খুদিং পুখোক্লুনা হোংনবনি। ওপরেসন মায় পাক্লা পাঙথোকখি। অহুবু তঙাংদি ওপরেসন মতুংদা জ্ঞান তংখাংদা চোইরোন খরা লোমন্নগা সংসারদগী বিদাই লৌহনা ভাহুম্মক চৎখ্রে।

তঙা লেত্রবদা থাবিক্লা কয়াম কুইনা য়ুম অহুদা লৈবা ঙমগনি। শোরাৎ মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা মপামদা হল্লকুনা লৈরে। মপামগী মবু-মৌপাশিংমম্ব থারিকপু হান্নগুম খৌশাবিদ্রে। কাখু অমদা মথন্তা তোঙান চাহল্লি। কপচৈ মদোম, করিমুংগী অরানবা খোঙথাং অহু থাংলুবিবা। উপাই লৈতে, লুকমাই পুহনা কৈথেল অমুক খোরক্লে ইঙক ঙকই থম্বৌনা কম্লম্বা উবহুদা। চঙসি কদায়, হন্দোকসি কদায়। ঙাইহাক লকক্নহুনা লৈ।

অশ-বীনা কারেম্নরকই, "নঙদি কৈদৌবা লাক্লিবা? ঙা লৈগদৌ-বিব্রা? লৈয়ু লৈয়ু, ইপা থম্বৌদা কজ-কজরবা ঙা য়াম্না য়াওরবনি।" ✱

## আশা

শাংলবা চহী তরামারিমুক ইবমদম থাদোক্লুনা পংচৎত' চৎলুবে। সিদনি হায়বা তং তাবা মক্ষম অমদা লৈকদে। লৈজবস্তু ক্ষ খিদে। অহানবদা ঐনা হোৎনখিবহু সার্তিফিকেতশিংহু উৎলহুনা থবক গমতং কংনবনি। করিগুম্বা রায়োং চাবা শিনক্ষম অমতং ফংলম্লবদি ঐহাক্কা আশাগা থুংনবস্বস্তু য়াই।

আশাগী ময়োল পূম্নমক কংথ্রবস্তু হীংনিংবগী আশা অমতংদি লৈবি। আশাবু অমুক্কে দি উনীংই। খঙনীংই মহাক কৈদৌঙ্গে হায়বা। নীং-শিংহুনবা লৈবি মহাক্কী মডাওথিবী, নীংতমজনীংবী মরমচৎতু। মাঙবা লৈত ইহুনা লৈরি থম্মোয় থম্বালসিদা কাউডমদ্রবা ঈশৈ ময়েক্কু।

ইমাগী কনেক মচেৎ/৫৮

হৌজিক্তি ইরমদম অসিদা লাক্লুনা অমুক লৈজবা ফংলে। মমাঙডৈ চহী তরামরিগী মাঙদা লৈরম্বা মফমশিংদুদি নত্রে। নম্বোলদা হুকান মচা অমা কমদুনা লৈরগা ইম্ফাল তান্না বসতা তোয়না চৎতুনা মহাক্কী মরমদা মবী-মখোঙ অমতং খঙবা ঙম্মনবা লাক্রে। অদুবু কান্নবা কবিমতা ফংবা ঙমদে। ঐনা মমাঙডৈ শিন্নরম্বা মাইবী অদুস্তু চহী মঙামুক্কী মমাংদ শিখরে হায়। হংবা যাবা মীওই খবদা হংবদস্তু করিমতা খঙবা ঙমদে হৌজিক ফাওবা পূক্লিংদ অকিবা পোক্লিবা ঐনা ইনাকখুনবীদুগী মযমদদি করম্না হংলুবা ঙমগনি?

রাতে লৈকাইগী বস পার্কিংদা হোতেল মচা অমা ফম্লিবদু ঐদি চঙলুদবনিনা নহালমখৈ খঙদে। মওং হমা ওইনা ঐগা চানজব হোটেল ওইনম্মু। লককম-চাকম ওইরিবদু মী তবামুক্কা কম্বদগী তেন্ন চাল্লোই নুপা মচা চহী তবাহুমদোই-মরিমুক শুববী অমনা চাবি থক্লিবশি দুগী সেবা চঙখান্না তৌদি। থম্মোয়দা চিংনবা, খায় লাউবা পোকখি নুপীমচাদুবু হেক উরুডৈ মিকুপ্তুদা। থোং-থাকক্কম ওইবিবদু অচাপোৎ থক্কম থবাকমুক রাংবা মিংশেল চনবা হশাংবা আলমিবা অমগী মতুংদা মায়থল অমনা অমুক খঞ্জিল্লি। চাকথুম চঙথোক-চঙশিন তৌকম অদুদনা পর্দা অমা। চঙনীংবা অমা য়াওনা ঐনা হেক হেক চঙবদু মতা চাদবনবা পুজাবিদু মশক উবা অমুক্কস্তু ফংদ্রে। ময়াম্না অচা-অথক্কী হুকুম তৌবদু নুপীমচাহুনা চঙলগা হেক্তা লোথোকলুই।

মসি করম হায়নদি ওইথোক্লুবগনি। মহাকতি ইনাকখুনবা ইমুঙ অমগী নিংগোল ওইখিবনি। অদুবু মীওইবা পুন্সিগী মরমদদি কনানা হায়বা ঙম্বা

নুপীমচাদু য়াম্না নুংশি নোংম কনাস্তু লৈতবা মতমদা মিঠাই খরা লৈরদুনা নুপীমচাদুদা পী। নুপীমচাদু অহানবদা লো হায়বা য়াদে। কাইনথংদদি লৌরে। ঐনা হংই,

''নম্বিং করি কৌই ?"

"অশালতা।"

ঐ খ্বায় লাউই। কংগে তাম্নবিবা পোৎশক্ কংলগদবগুম খল্লকই। অমুক খরা তপথনা হংই, "নখোয় ইমাগীদি ?"

নুপীমচাহু ফুক হৌগৎতুনা চাকখুমলোমদা চঙখ্রে। করিনো খরা শূ-শা শূ-শা ঙাওনববগী ত্ংদা নুপীমচাহু মুক খোৎক্লুনা কদাই-দনো অমা চৎখিগে তৌই। মমা ওইবমানে মনুঙদগী লাউনা হায়রকই, "ঙাইখোনে, পৈশা পুদনা চৎলগ হাযরিববা ? ইঙাও হেক ঙাও-বদনা মসিগী অঙাংসিমা।"

খাঙ্গেলহু লোঙ্গেলহু শাবদনি চেনা লাচতরগনিবা চহুদগী, অহুদগী অমুক মচানুপীদ পৈশা পীগে হায়না ত্তিংথোকবক্লিবা মখূৎতু। থাইনগুম্নদি তবোপ-তবোপত্রবা ফাঙোবা খুদাংহুদ পক্লি অমুবা চা অহু। নীংলকই চিংনবম্বা পূম্বা চুম্নবগুম। ফুনগৎলকই হরাওবনা। নুপীমচাহুনা হেক চৎখিবগা থৌন পূম্বা খোমজিল্লহুনা হংই,

"করিনোমতা হংজগে।"

মহাকসু মনুঙদগী খুম্নকই, "করিনো হায়বিয়ু।"

"চৎথ্রিবী নুপীমচা সিগী হেক অপোকপী ওইবিববনা"

"হোয়, মানি।"

"নাবৌবিগনু, না অমতা হংজগে।"

"তাকপিয়ু।"

"নুপীমচাসিগী মপাবু ?"

মহাক মনুঙদা দৈদোক্লিবা, খঙদে। পাউখুম ঙাইহাক পীবক্তে। খুম্নক্রোইদ্রা খল্লুই, খুমদি খুম্নকই হাম্নগীগা মাম্নদবা খোম্থোকতা "শিখ্রে, শিখিবগা মাম্নবে।"

ঐহাক হায়কম-তৌকম খঙলমদে। খঙহৌদবা শীঙ্গুরকই মীৎলুগী পি। কনানসু উখিল্লিঙৈ মীৎকী পিহু তৈথোক্লহুনা নৌথোক্লবা খোঙ্গলদা অমুক হঙই,

"আশা কৌবী নুপী অমা ক্বাকৈথেলদা লৈরম্বহুবু খঙবিব্রা?

"ঐখোয়দি তেরা কৈথেলদগীনি, খঙজদে।"

অহুবু মহাক্কী শম্পৎপা পাউখুমহু থম্মোয়না য়ানিংবা পোকখিদে। চাকখুমদা হেক্তমক চঙহুনা মহাক্কী মশক্ত য়েংনিংলকই। তৌসু তৌরমগদবনি চা থকপা মী অনীহু চঙস্কলমগ্রবদি।

পার্কিংদগী বস তোংহুনা নম্বোল ফাওবা লাকপহু থম্মোয় অসি পোপাকম খঙলমদে। নীংশিংলকই মাঙগী রারী অপুম্বা। ময়েক শেংনা উবকই আশাগী কোইবাউনবী মীসু হনীহু

ইমা-ইপামক্কি খন্দুনা কুইনা ইযুম শাক্তববা য়মহুদগী থোরকখিবহু মীৎ চেংজৎ উইশিন্দুনা রাখল কোঙ্গায় তৌরবগী তুংদনি। নুংশিবা করিসু ক লঙবদা ঐনা মকমহুদা করিগীমক পল্লুগনি। লৈরম্বদি য়াবন্মি পুন্সি অসি হিংনবখক্তংগী। অহুবু থম্মোয়দা অতৎপা লৈতনা ওৎলিবা মবক্তদা ঐগী অহুক চাউবা আশাহু কবম্না থুংজবা ঙমগনি। ঐবু কোনবিরকপা ইমাহু লৈবম্লবদি ঐগী আশা থুংলম্বসু য়াবনি। মমৈথঙদা কোম্না লাকপা ইমাতোন অহুদি মচাসু পোকলক্তুনা বাবাবু অহুম্মক পুংস্নুপ সুপচিনখ্রে।

ঐগী অনীশুবা শাইদাংকম ওইখিবহু ক কৈথেলগী ইনাকখুনবা নুপা অমগী ভারাগী কা অমদনি। ঐবু চাউননবা য়েংকপিরকপা বাবাহু অমুক অনীবক ঐবু কৌবা লাক্লম্মি কাইনথংনদি লাকখিদ্রে। মতমহু ঐহাক চহী কুম্মাথোই-কুন্নীথোইমুক সুরে। কলেজ তম্লি। নুমিদাং রিক্সা থৌহুনা খরচ পুনৈ। তুংগীনি হায়হুনা খব-খরসু তুংশিল্লি।

পুন্সিগী লম্বেলনা নাথৈখিবা, নীংজবা আশা কম্নাগী কায়নকম ওইখিবহু ইনাকখুনবা নুপাহুগী মচানুপী অহলহুদা পুন্সিগী রারী পুম্বা

তেংনা লীথোকখিবা নুমিৎতুদগীনি। মহাক্কী মম্মিং আশা কৌই। আশানা ৱারীশিংদু মমুৎতানা তারবগী তুংদা হায়খি, "নওগী আশা লৈরি।"

পাউখুম করিস্তু পীখিদে। অসিমস্তু হায়খি, "উইল কনবা মীগী আশা থুংদনা তোকক্রা?" মরেল লোনবা কোইরাওনবা মীশা থম্বাল-দুন হায়বগুমস্তু তৌখি, "ঐনা নত্তেং শোয়দনা পাংগনি।"

মঙোন্দা ঐগী পুন্সিগী বাবী লীথোকখিবদুদি কাইনথংদনি। ঐনা চীন শেংবা অমদি ঈশিং শোকপা খুদিংগী মাবু থেংনৈ। মহাকস্তু কলেজ কাবব মতাংনি। নোংমা নুমিৎতুমক্তি কাউথরে, "কদি কলেজদনো কারিসিবো", হায়শানা কোন ফেংনা ফেংনা হংলকই। ঐস্তু চীন শেংদুন তোত্তিদা লৈ। "ইন্ফাল কলেজদনি", হায়না খুম্মি।

"য়ুমদা অমুক্তস্তু চৎত্তে, করিগীনো?"

"চৎলরোই।"

মহাক হংলক্তরে। ঐস্তু চীন শেংবা লোইরদুনা অদুম্মক চৎলে।

ঐনা পরিক্ষা ময়াগী লাইব্রিক পাক্রবগী ৱারদুনা ঙাইহাক্ত পোত্থারিঙৈদা ঐনা লৈরিবদুগী মনীংলোমদা মহাক্না মমাম্নবী অম অনীগা ৱারী শাদুনা চৎখিবা তারকই। "নোয়দা লৈবা নুপা অসিবু ময়ুম কদায়দৈদনো," মমাম্নবী অমনা হংবনি। "খঙদেদ ঐস্তু. চাৎ অমনি," খুম্লিবদু আশানি। ঙাইহাক্তং কাম্নরবগী তুংদা মখা অমুক তারকই, "লাইব্রিক্তা পাদুনতা লৈ। ৱাবু ৱাদমানে। নীংতম্বগী নুঙাইবা খঙজদ্রিবা বুদুনি। পাঙনা পাঙজদ্রিবা। নুমিদা সিনা কদায়দা চৎলিবনো খঙদে, থেঙনা থেঙনা হল্লকপগুম তৌই।" "মশক্তি ফনা ফজৈ হায়ববু নুংদাং নুংদাং হুরানবা চৎলিজাৎ ওইরে।" মখোয় ময়াম ৱা ৱা নোক্তুনা চৎখি। হায়রিবসিনি, য়ারিবমখৈ খাঙখিবনি নুঙমুক কলহল্লহুনা থম্মোয়সি।

পরিক্ষা ময়াগী লাইরিক কয়া পাবা হেনগৎলকপা মতম্মি। ঙযুক্ত ঈশিং য়াগে হায়দুনা থোক্ক্রবগা তোত্তিদু মী চিল্লমদুনা চাউথাক লৈরগা য়ারগে হায়দুনা ঐগী কাদা হুজিল্লকুনা লাইরিক কয়া পারি। মহাক চঙলকপদু উংহোদরে। রাবদুনা হকাম লাওনা চল্লগা থোঙলোমদা য়েংথোক্ক্রবদা মহাক্কা মুন্না য়েংলগা নোক্কুনা লৈরম্মি।

'ঈশিংসি ঐনা হেক্কা পুথক্লবনি," মহাক্না হায়বকই।

"আ-য়া-য়ারে" তোথম খঙদদুনা ঐনা খুম্মি।

ইংকোই কোইদনা চঙলকুনা ঈশিং বালত্তিন্দু থম্মরে। অদুদগী থৎলিবা লাইশিংদু মথং-মথং য়েংদুনা হাযরকই, "ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, মহাত্মা গান্ধী। "মকোই চোম্বা নিংগ্রো পাখংদুদা থুংদানবী থিল্লদুনা হংলকই, "অসিদি কনানো?" খুম্মি শম্না "জুনিয়র মাপত্তিন লুথব কিং।" মহাক্না অমুক হায়বকই, "লাইরিক পাবা হনমনগ্রেকো। পরিক্ষা হায়দোক্লগা নাদুন শিরবদি অমদুনা কপচনি।"

"অমা হায়দি কনানো?"

"অমদুনা হায়বা"

"অমদুনিনে খঙত্রিসে।"

"চাউবঙনিনে অদুদি। তোকও লাইবিক্কা ংম্নুনু।"

অদুগা অদুম থোকথ্রে।

থৌনা কদুনতা লাকপা ঐনা কয়াগী মতিক কিজখিবা। নুংশা কয়াত থীজখিবা। রাশক্লিবসিনি, মাগী মকমদগী ঐগী থম্মোয়াসনা অসুক্কী মতিক লাপ্পা লৈনবা কয়ারক হোৎনখিবনি। মীবক তাল্লক য়েংলগা মহাক্কা ঐগী কাদা তোয়না চঙলকখিবদু ঐহাক তশেংনমক পামখিদবনি।

"ঐ চঙলক্লগা নহাক্না হৈনদবগী মওং হেক্কা উৎলিবসি করিগীনো?" নাংমদি আশানা হেক্কমক হংলক্লে। ঐ খুম্ফম খঙখিদে। চঙরুদুনা

লৈরিভৈ অঙাং মচাগুম শাউরদুনা হায়রকই, "চংঙক্লোইয়ে, সুকচং চংঙক্লোইযে। ইশককাও সুকউ উহনবিবোই।" অহুম থোকখবে। থেমগদবা, খামগদবা তোকম খঙদনা উংদুনা লৈহৌই ইথন্তা।

থাখায় অমমুক মহাক সুকচং চঙলকখিদ্রে। ঐনা তোতিদা থোকপদা মহাক লৈরম্বা থোক্লবসু হেক্কুমক চঙখি। লাইফিক পাবা চঙদবমথৈ ইথন্তা নৈনবা হৌবগই, মাগা ঐগা লৈনবিবা মশী সি কবিনো। কবি থোক্লবিবনো মকম খঙদবা মাগী মকমদা চমথোক্লবা অমতং পায়রুই।

কপখি ইথন্তা, "লমজানিনে ঐদি। ইপা-ইম মশক খঙবা, লমহাদা ফিডেৎ-ফিগাযনা যোমদুনা হুন্দোক্লম্বা লমজা-শাবানিনে ঐদি।"

অনৌবা চহী লাক্লে। অনৌবা চহীগী অহানবা নুমিৎ। আশাহু করিগুম্বা ময়োম অমা পাযরদুনা নুমিৎ যুংবা মতুংদা চঙলকই। মতম চঙনা ভাইরম্বা তাঞ্জা অহু লাক্লদুনা মহাকপু তরাম্না ওকই, "কম্মু।" মহাকসু চৌক্রিদুদা কপ্পি। হায়বকই, "ঙসায়না লাকপা য়াররনি।"

"বাবাখোয় সুকচং চংথোক্রে"
"অদুই রা নত্তেদা।"

হাইফেৎ নোক্লদুনা ঐনা অমুক হায়, "মলোম-তুলোমগদি থম্বিদরেকো।" মহাকসু হায়গে হায়বা অমা য়াওনা হায়রকই, "পূজা অমুক যেকখিবরু পাক কাউবা যাত্রা? ঙসিদি নিষু ইয়ারনিনা থাবীরবনি।" শককম খরা হুঞ্জিল্লদুনা ঐনা অমুক হায়, "রাখল হেন্না খঞ্জিনগনবনরা ঐদি য়াম্না কিগল্লি।" "অদুক কিগল্লগা তদুক চাউবা মঙ মঙলিবা করিগীনো?" "কিবা য়াবা মকমদদি কিবনা কৈ আশা।" মহাক্না য়ানিংদনা হায়রকই, "মীওইবগী মমলগী মতাংদদি ঐসু হাইফেৎ অমা খঙই।" ঐবু মরূ ওইহন্দুনা

শান্নগদৌরিব। রারীহু কুইনা শান্নবা পান্নদহুনা রারী থৈদোক্লে, "কান্নদে লাটরিক কন্না পাউ।" মথংদদি মহাক থানাগী রাহং হংলক্লে, "নঙ নুংদাং নুংদাং কদায়দা চৎলি?" "মীবু হুহুক কুপ্না য়েংশিল্লিবা করিগীনো?" "রিক্সো থৌই হায়নৈ, চুপ্পা?" হায়হুম হায়দোক্লগে মতাগুম হায়দোক্লে, "অং থৌই।" "করি-গীদমক থৌরিবনো?" "মহুগী পাউথুমহুদি য়াম্না শাংল্লে।" "পাউ-থুমহুনি তানীংলিবসি" "আশা, অঙাং মচাগুম হুঙাও ঙাওনা লৈবা মতাং নাঞ্জে হায়বসে মুম্না খঙচ্রু। করবস্থু কত্রবস্থ নহাক কালেজ কারবনি। বাবাখোয় ইমাখাংগী অরাংবা তাশানি নঙদি।" "মহুদি ঐন থঞ্জগদবনি।"

মতা অসিদদি মঙান্দা ঐগী পুন্সিগী রারী লীথোক্তবা য়াদবগী তানকম হুহু লাক্লে। অহুবু ঐবু তুকচবিরগনি খন্দুনা লীখিবা রারীহুদি করিস্থু কান্নখিদ্রে। মীনুংশিহুম পীরম্মি। চৎলমদাইদা অনৌবা চহীগী খূদোলনি হায়হুনা অঙৌবা মচুগী ঙকশমকাবী জরসি অমস্থ পীরম্মি।

ঐস্থু মাগী মকমদা অনৌবা চহীগী খূদোলনি হায়হুনা করি পোৎ হনগনি। "করি পোৎ" হায়বসি খনবদংদা নোংমা মানা ঐবু চাউবঙনি হায়খিবহু য়ানিংলকই। মমলস্থু পংয়াম য়ামদবা, কস্থু কজবা। রাখল অসিগা লোয়ননা ফুরিৎখাউদা লুপা হুম্ফু খক্তুং হাপ্তুনা কৈথেল তম্না লাক্লে। খনকম খঙদে। অপাম্বা পোৎ ফুরিৎখাউদা য়াওবা শেলগা চানদে। শাল অমুক হং, শারি অমুক হং, পাউনা বাজার, থাঙ্গাল বাজার হঙ্গৎ-হন্দা চৎপহু পুংমুক ফারম্লগনি। মমৈথংদা কাম্নরোই হায়হুনা লক্ষ্মী বাজারদা চঙলক্লে। ইম্নফি মত্তেক য়োল্লিবশিংহু তিংথোক তিংথোক্তুনা য়েংই। ঐগী ইতৌহুদা নোকপা মৌনহাস্থ য়াওবে। কাইনথংদা য়োল্লিবী হন্নুবীহুনা সিনা হৌজিক কন্না চৎনবনি হায়বদগী কি মত্তেক অমা লুপা য়াথৈমঙা পীহুনা লৈরগা আশাদা পীথ্রে।

নোং হেক ঙানবগা মহাকন্থ কোন কেংশমদা ঐনা পীখিবা কিমতেক্তু ইন্দুনা লৈরম্মি। ভুমিন্না লক্লৈ, "অনৌবী মাল্লেকো।" মাস্থ খুন্নকই "মাঙ্গরিবা।"

ঐবু চাউনবা ম্নোকপিন্নকপা ইপাহুনা মচাগুম খনবিরম্বদগী মীনাইগুম লোইনখিন্নকপা মতমহুদগী ইথম্ভা রারকচহুনা লাক্লবা ঐনি। রারকপিনবা লৈত্রবা পুন্সিসিনা নীং-খা তম্না মঙাও থীবা হেঞ্জিল্লকই মহাক্না লোন্দিম্নবা হেঞ্জিল্লকঙৈ।

"ইবানীগী লৈনরিব' মরী অসি নখোয়গী বাবাখোয়না খঙলক্লবদি করম তৌগনি?" নোংমদি আশাদা হংই। "থোক্লবা অমা লাকচনি হায়না খনবা নত্তনা অতৈ উপাই করি লৈবিবগে?" মহাক্কী খায়দগী কত্তবসি ইবায় লায়না পাউথুম হেক্তা পীবসিনি।

মখোয়গী ইমুঙনা খঙলক্লবকান্দা করি ওইগদগে হায়বা রাংল অসিনা অমুক অমুক ওৎলবস্থ মাগা ঐগা লোয়নবিঙৈগী মতাংহু ঐঙোন্দা যাম্না কান্নখি হায়বা ভাট। শেল-থুমগী মতাংদা হান্নদগী খরা শাকৈ। মহাক্না য়াদবদগী নুমিদাং রিক্সো পঙনা থৌভ্রে। মখোয়গী অহুরায়গী অঙাং ময়াম খোমজিন্দুনা ভুইসন ওইনা তম্বীরে। পি: য়ু: সি: পাস তৌরহুনা বি: এস: সি: কাবগী মিংগহু মানা চনবিহুনা লৈরম্মি। ঐনদি মাগীদমক করি তৌবিব' ঙমখি? মসিগীদমক্কি হৌজিক ফাওবা চিন্তা কোকথোংনরিবা।

নুমিত্তু য়াওশং ময়ানি। কলেজ ওজাশিংগী স্ত্রাইক অমা তৌহুনা কলেজ অপুম্বা ছুটি থাবগা চপ মান্নবা লৈরি। পাম্বোম কোৎথোকপী ফুরিৎকী মথক্তা ঐনা অনৌবা চহীগী খুদোল ওইনা পীখিবা ফি মতেক্তু ইল্লহুনা মহাক ঐগী নাক্তা কমহুনা লৈ। বুপ বুপ লাউবা ভোরোক ভোবা য়েৎথংবা খুদাংহুদা খুজিল মমায়মুক পাক্লা চা অমা পল্লিবহুদা ঐনা হংই, "সিদি কৈনো?" "চানি. চা কাওবা খঙজদ্রবরা?" চাহুদা অহুম্মক নাল্লহুনা ঐনা হায়,

"হসুবীনা ওল্লকপজাৎনিনে, অহুননি মীরু ওইরিবহু।" মাম্থু খুল্লকই মাগী হৌনবীহু তৌবহুনা, "অহুদা হায়হৌগে হায়হুনা হংলিবনিনে।"

শংবৈরেগা চরোৎ মরাগা য়াল্লহুনা ফুৎপা চেংহীগী মনম বুং বুং ফাউদোরক্লি মাগী অমুবা শল্লাংশিংহুদগী। ময়ায় কাহুনা মীৎ অসি ইপণ্ড পণ্ডথংকই খাম্বা নংহৌদনা নানখৎলুই মাগী পাম্বোম মরু কাওবা।

কবিমতা চেক্শিলহৌত্রবা মী শুম খংকি কিরকখি মহাক্লা ঐগী নাক্তগী মকি-মবোল লোইশিন্দুনা চৎত্রবা মতমহুদা। চিংনবা কয়ানা লাকুখি নুমিৎ চুপ্পা। থোশাংহৌত্রবা মিকুপ খরহুনা ঐগী পুক্নিগী লম্বী নাংথহনগদৌবিত্রা?

চিংনরম্বহু চুম্নে। মহৌশাগা মামদবা মতৌহু পুরহুনা তুমিল্লা লাকই নুমিৎতু মহাক। মানা থোনবা ঐগী মিংহু তপ্পা কৌরকই। মণ্ডাও থীনা শুম্লম্বা নুংশিৎতু চপ-লেপখিহুনা উন-রাইমুক চীকপ-শুম তৌরে।

"কৈদোবে", নীংজিং মাংজিংননা হংই ঐসু।

"হৌজিক করি তৌসিগে?" অহুক ইনাক খুনবীহুনা উপাই অমতা লৈত্রবীশুম হংলকই।

"অহু কৈদৌরগে কোক হেক্তা হায়য়ু হায়বা?" তপথক্ম খণ্ডরহুনা হংই।

"ওইরে, সুক্লাক লাক্তে।

ঐহাক নুংশা মপী অমা শাংনা হোন্দোকই। "কৈদৌসিগে অহুদি?" ভাম্লজগে লাক্লিবী মণ্ডোন্দা ঐনা অমুক হংজিল্লি।

"ঐবু পুহুনা চৎনিংবা মকমদা চৎলো।"

ঐহাক খায় লাউই। তপথনা হায়, "অহু নওবা অমা খল্লসি। নওসু খন্দুনা য়েংউ। চহী মরি-মণ্ডাদংদি নহাক ভাইবা তাবনি।"

পেহৌনরহুনা আশানা হায়রকই, "ভাইগে খল্লশি ঐস্থ. ভাইবা য়াদ্রে হৌজিক্তি।"

"ভাইঙমদ্রবদি শিমিন্নবদা ভাই। কান্নদে আশা, অঙাংসি মাঙহনগ্রসি।"

"ঙম্লোই, ঐ সুকঙম ঙম্লোই।"

অদুক পম্থবমদ্রে। মপী-ঈরা চেল্লহুনা মহাক চেনখ্রে।

রাখল মকাং মকাং খন্দুনা মাঠা অসি অঙকপা কংনা শাখ মতাংদু। হঙ্গিল হঙ্গিল খল্লুরগা অকবা কল অমতা তাবা ঙমখিদে পাপচেনবা হিংচাবা ওইখি মতমদু ঐ। "মাঙহনগ্রসি" হায়বা অসিদগী হেন্না অতে রাহৈ অমা হায়বা ঙমখিদে। মহাকসু য়াবা কৌবা লৈখিদে।

"হেন্না কবা লাইবক্তু ঐখোয়গীদমক তম্নমদ্রসনু. কিনিংঙাই করিস্থ লৈতে।" শাউনা হায়খি আশানা।

"ঐনা হায়রিবসিদসু নহাক কিনিংঙাই খন্নিংঙাই কবিস্থ লৈতে।" ঐস্থ হায়খি।

"বাবাবু কিহুনা নত্রগা পুন্সিবু কিহুনা নহাক চেনগে হায়রবসু চেনখো ইচা হাৎপী পাপচেনবীদুদি ঐহাক ওইব সুকঙম ঙম্লোই" মহাক্না নীংলিবঙ হনখ কৌবা লৈখিদে। পাঙ্গল মতম অদুনা পাঙ্গল অদুতং লৈজরম্নবদি। খল্লবনি অহি৬ কয়, মতমদুদা ইবানীগী থুংনবগী কলদি সুকত্তা তাখিদে।

"ঙসিদি ঐগী অরেপ্পা রা অমা হায়বগে।" নুমিৎতুদি কৌবিসা পান্থী লম্না লন্না হৌবা লম্পাকুদা চিরা ঊন্নখি। অরোইবা ওইন হায়রম্নগে খনবা রাহৈ পরেংদু মখা তাখৈ, "আশা, নঙ অমুক্তংদি মুন্না খল্লু ঐবু মীনুংশি খঙদবা তাহনগনু। ইথক্তুগী লাইবকপু নিন্দা তোৌরহুনা ঐনা কয়াগী মতিক কপচৈ খঙব্রা? নহাক্না অদুক খাঙবা কম্রিবা করিগীনো।"

মহাক্না মনাক্কোং মেল্লহুনা হায়, "ওম্রোই, ঐ খাঙবা সুকওম ওম্রোই, ঐনা হায়ম্বিবসিনি, নহাক চেনগে হায়রবস্তু চেনম্রো।"

"ঐহাক্না হাযরিবসি নহাক ভাব করিমত্তা তাবা ওমদ্রে। নওগী নকমদগী ঐনা চেনবা কৈদৌনুংদস্তু পায়দে। নওদি ঐগী পুন্সিগী আশানি।"

"মক্কম মতম্না ঐখোয়গী লাইবক অত্থু পীবিরম্ভুবস্তু তোক্লসম্নু। মীকিথি ওইহুনা ইচা হাৎপদি ঐ সুকওম ওম্রোই।"

মহাক্না নীংলিবত্থু হোংহনবা হুতুম্মক ওমখিদ্রে।

ঈচিক হুল্লবা অহিঙগী মতমত্থুদনি। চৎলগে খল্লে অহিঙহুদা চিঠি অমা ইরে,

আশা,

নওগা পূকমেন-পাউমেন্নহুনা কায়নবা ওয়ম্নবদি কয়াদা নুংঙাই-বমগদবা। তাইবঙগী অঙানবা মতমদদি চৎপা ওম্নরোই হায়ব উবহুনা খেঙলবা অহিঙ অসিদা ঐহাক হুরানবগুম চৎলবনি। অত্থুবু আশা, ঐনা চৎলিবসি মীচেন ওইনদি নত্তেকো। পুন্সি অসি হিংবা য়াগদবা মকম অমতং থিরুরগা নওবু লৌবা অমুক শোয়দনা লাকখিগনি। অত্থুবু মতম অত্থু কয়াম কুইন চঙগনি, ঐনা কবম হায়বা ওমগনি। অহুনা আশা, নহাক ঐনা হুঞ্জিল হুঞ্জিল হায়হুনতা লৈরবা য়াকম অসিমক্তংদি ইল্লু। আশা, নহাক খন্দবরা, ঐস্তু ইচা হাৎপা পাপ চেনবত্থু ওইনীংদবা মীনি। ইশাগী লাইম্বকপু নিন্দা তৌহুন। ঐনা কয়াগী মতিক কপচৈ খঙব্রা? ঐহাক অসি করি জাতিনো হায়বা ফাওবা খঙবা ওমদ্রিবা মীনি।

অমুকস্তু হম্না হায়রি, ঐহাক নওবু লৌবা শোয়দনা অমুক লাকখিগনি। মখাদা ইরিবা মাংবীগী মিং অমস্থুং এড্রেস অসিদা অঙাং অসি লৌথোকহল্লু। ঐনা পূম্নমক শিন্নংম্নবনি।

মাইবীগী মিং অমম্তুং এক্সেস ইশিল্লে। কনা কুইনা কাম্বোকপা ঙমখিদে খোঙ অসি। অমুক হোৎনরুই অত্তোপ্পা রারেপ অমা লোননবা। মমৈথঙদা হাম্নগী রারেপ অহুদা অহুম্মক ভাই।

পেম্না কপথোক্লে কায়নবা তারবা অহিঙ অহুদা। পোরোল থাগন্দবা মহাক্কী তুম্ফম কাগী হাংদোক্লিবা থোঙনাউ অহুদা রানা খুৎ খিংভিন্দুনা মোন মখাদা চিঠি অহু থনম্লে।

অহুদগীদি পঙচত্তা চৎতুনা লৈরুরে শাংলবা চহী তরামহিগী মতম অমা।

নম্বোল য়োরহুনা গাড়ী খাম্বহু ঐ জ্ঞান তাক্লদরে। বস কন্দক্তরহুনা ঐবু তত্তুম্ব' মী হৌদোকপগুম হৌদোরকপহুদা জ্ঞান তারকই।

নোং হেক ভানবগা ঐহাক হোতেল অহুদা চৎনবা থৌবাং ভৌরে। মহাক্না কনমক থৈদোক্তুনম্নু পুক্লিং অসিনদি য়াম্রি। ঐহাকপু অহুম্মক শাউরগে খনগ্রবজাৎলা? অমুক অঙনবগী অহানবা গাড়ী তোংহুনা লাক্লে।

পার্কিং য়োরহুনা গাড়ী খাম্লে। হোতেলহুদি তুমিৎ কাওবা পাইরমত্রি। মতাং চপ চারে খল্লি। হেক্তমক ঙাইরগে হ.য়হুনা হুকান অমদা চুরুপ খক্লগা লেপ্তুনা লৈরে। ভাইহাক্তং সৈরগ' খরা লাপ্পা উরক্লে নুপীমচাহুনা মমাগা লোয়ননা রিক্লো অমা তোংলহুনা লাকপা। শৌবিং-শৌবিং লাউরকই পুক্লিংসি। মিহুল ভীং-ভীং চোংলকই। খবা থুনা য়োরকহল্লিংই মথোম্না তোংলকপা রিক্লোহু। খেমগনি মঙোন্দা অমুক শাউরগম্নু হায়হুনা। খঙজয়গনি ঙসিদি নুপীমচাহু অংশংবা মপাগী মশক।

অহুবু কদায় ঐগী অশাদি? উরে ময়েকশেংনা নুপীমচাহুগী মমাগী মায়থোঙ। মহাকতি ঐগী আশা নৎতে।

ইমাগী কনেক মচেৎ/৭০ ❋

## খুৎচপপি অমস্থুং খুং

মওল-মওল খন্দুনা ভূমিম্না ফম্লি মেমথোইবী। খল্লি রাখল কয়', মাওগী, হৌজিকী অমস্থুং তুংগী। মখোয়গীদমক হোৎনবদা মমা লুগ্রাবীনা কয়াদা রাজরিবা। যুম পানবগী মতম হেনখিগদৌরবী মঙোন্দা নোংমা মমানা হংখি, "ইবেম্মা, নঙবু খঙন-চান্নবকা অমতা লৈতব্র ? লৈরবদি ঐখোয়গীদমক করিস্থু খল্লুগনু। চাউনা হোঙবা ঙমদ্রবস্থু পাঙন-শ্যানবা পাঙথোকথ্রগা লোইরে। ঐখোয়না লৈরিবা কীভম অসিদা হায়ন-শীংনবদি কনানবু লাকপিগনি?"

মেমথোইবীনা খুমখি, "ইমা ঐ যুম পাল্লরোই, ইপ্বা অহুমসি মী ওইনবা শেম্মিংঙি। হয়েং ইমা লৈত্রগা মখোয়বু কনানা য়েংবিগনি।"

ইমাগী কনেক মচেৎ/৭১

"অহুম হায়নু, নুপা ঙাক্তনি, মখোয়না থোকপা তৌজখিগনি। মতম হেন্দোকখিগদবা হায়হুমা ইমা য়াম্না রায়।"

লৌনম চাওবা মহাক্না থাজবা পুম্বা মাঙহল্লমহুনা পুক্সিগী কাউঙম্লরোইদবা চৈনাখোল অমা পীরম্লগা চৎখিবা তহুমদি মেম-থোইবী মমাদা তহুম্মক হায়দোকখিদ্রে।

নোংমা সবিতানা মঙোন্দা হায়খি, "হিংবগী দাবী, ইজ্জৎকী দাবী। ইজ্জৎকী দাবীদগী হিংনবগী দাবীনা হেন্না লুই। নঙস্ম খল্লু, হিংনবগী লানকমদা মাথ পাক্তবা মীওই অমনা করম্না মশাগী ইজ্জৎ ঙাকপা ঙমগনি? মতমসিদবু তোল্ল-তারবা উপাই লৈজদ্র-বশিংবু থৌজালহৈনা হোকখৎপিবা মীশক কনা লৈরিবগে? ঐহাক নাক-য়েৎ কোয়না য়েংলগা লাখল কযা খল্লবা তুংদ রাবেপ তসি লৌখিবমি। ঐ ইপুরোইববু নুংশি। মহাক্না রাবসি উবদা ঐ য়াম্না রায়।"

সবিতানা হায়রিবহু মেমথোইবী মতমহুদা য়ানিংখিদে। লুনা তিম্নহুনা হৌমিন-কাম্নিম্নরকপী সবিতাবু মপুরোইবা লৈন-লৈনা অহুগুম্বা পাপকী লম্বী অহুদা থোঙ থাংজিলহন্নিংখিদে। তহুবু সবিতাগী রাহৈশিংহুনা তম্নলাই শাহুনা ঙসিদি মঙোন্দা তম্নরে।

মেমথোইবীগা থংনবা মৌপ্‌রাহু গ্রেজুয়েৎ পোষ্ট অমগী ইন্তরভিয়ু য়াওখি। ইমুংগী ওইরিবা ফীভম অহুদা মৌপ্‌রা নুপাহু থবক্তু য়াম্না তৌজনিংঙি। মচেনস্নু তৌহন্নিংঙি, মমানস্ন তৌহন্নিংঙি। অহুবু সরকারগী থবক অমা ফংনবগীদমক মখোয়গী করি শক্তিদি লৈরি? লুগ্রাবী মমানা কৈথেলদা ইনশাং-নাপী য়োন্দুনা চারাঙং-হেন্দনবা হোৎনরিবা ইমুঙনি মেমথোইবীনা। খাঙগী ফি-রোল থরা শাহুনা মতেং থরা পাংবহুনা মৌপ্‌রাশিংবু লাইরিক-লাইগু তমহনবা ঙম্বগী রানি। লৈজরিবা সম্পত্তি হায়ববু পীক্লবা ইথোল-হুগা কাক মখোঙ পুথরবা য়ুম অহুগতনি।

মেমথোইবী মশানা মশাবু কাউথোকপ্রবগুম তৌরকই। মশানা মশাবু হেন্না খওজরকপগুম অমুক তৌরকই। তপ্না তপ্না মীৎলু পিরাং ঈহৌরকই। থম্মোয়দু ইনৌ নৌরকই। হায়খিবনি মঙোন্দা, "নহাক্তি ইনাক-খুনবীনি।" কয়াদা হুরাউখিবা মতমহুদা মেমথোইবী। পংথখি লৌনম চাউবহুগী জাহু পুরবা রাইহুদা।

অস্নুম খঞ্জিনবহুনা মকোঙ্ চিক চিক লাউবকই। হেন্না খঞ্জিল্লকই, মীমান্নবা ঙমদ্রবা মনীং থুংজদ্রবা মৌপ্ৰাশিং, মখোয়গী কঙাউনবিবা পুন্সি। নৌথোক্রুবা থম্মোয়দু অমুক তপ্না তপ্না কনশিল্লকই।

তপ্না চঙশিন্দুনা মশা চনবা মিশেল মমাঙদুনা লেপ্লুই। অদুগা মশাগী মীভম মুত্তিবু কোক্তুগী তোন কাওবা য়েংথকই। মিংশেলদা ঙাংবা মমিদুনা মঙোন্দা হায়রকপগুম তৌরকই,

"মেমথোইবী হৌজিকপু করি অমুক খল্লিবগে? নখোয় ইমুঙগী উপাই ঙমখক্তংনি হৌজিক লৈবিবসি। নহাক্না ঙমনা সমাজবু করিগী অমুক কিক্‌রিবা? সমাজসিনা নখোয়গীদমক কবম্বা লাইবক অমা অমুক লেপ্পিরক্কদৌরিবা? নশাগী লাইবক নশানা শেমজবা তাই। নহাক্না শক্তমসি উরেদনা? নঙবু কনানা নরল লৈতে হায়গদৌরিবনো?"

মেমথোইবী মমীৎ উইশিল্লি। অমুক উরকই লৌনম চাউবহু। মশাগী মরলহুদা নুংশিবা শাহুনা লাকখিবনি। অদুবু য়েক্লবনি। য়েক্লবা ওইনা অদুম্মক হনখি। মদুদা কৈদৌবা ঙমখি? কপচবা নত্তনা করিম্নু তৌবা ঙমখিদে। অদুবু হৌজিক্তি কপ্পগী মতম নত্তে। রারৌবগী নিংঙমদকী মতমহুম্নু হৌখ্রে।

নুংশিদনা নুংশি শাশিন্নবগী, ওইহুবা থিবগী পাবা অমদি য়েক্লবহুনা তম্বিরম্লে। মেমথোইবী মমীৎ পাঙথোকই। মশাগী মমিবু মীৎ কুপ্তনা অমুক য়েংই। মাঙলুরে রাজকুবা মরল মশাদা অদুম্মক লৈজরম্মি। অমুক করিগী রারুগনি। মোমোন নোকই, অদুঙৈ মশাগী মমি য়েংজরগ নোকচবগুম মশাগী মরলদা মশাগী ফজবদা নোকচবগুম।

হেন্না কবা কোক্কী লৈতেং অমা ফংগদবা লৈরবদি শম্ম কক্লুনা য়োনবদা করিবু কায়বগে ? শম্ম কক্লুনা য়োন্নবগীদমক্তদি সবিতা লৈরি। মাগা তান্নবা তাই।

মথংগী অয়ুক্তা সবিতাগা উন্নরুই। মৌপ্বা নুপানা ইস্তরভিয়ু য়াওরুরিবা ডিপার্টমেন্টতুগী কমিশনারদু সবিতাগস্মু খঙনৈ হায়। তাঙ্গা য়াম্না চারে, কমিশনার সাহেবতু ওইগী লমদাং ওইবীদা পঙথগল্লি তাকপিরকই। সবিতানা কননবা লোয়না শীনবিরক্কনি হায়নস্মু হায়রকই।

সবিতানা শীন্দুনা কমিশনার সাহেবকা মেমথোইবীগা উন্নখি। অমুকখক্তা নত্তে। চীং-লেম্নবা কমিশনার সাহেবনা মেমথোইবীদা তাকপি, "নহাক্কী মৌপ্বাগী থবক শোয়বরোই। মতুতা নত্তে, ঐনা হেক ঙম্লিবমখৈ নহাক্কী অপাম্বা থৃদিংমক পীগনি। ঐগী অপাম্বস্মু নহাক্না পীয়ু।"

কমিশনার সাহেবতু মচীন থীদে। ইস্তবভিয়ু হায়দোক্লদুনা মৌপ্বাদু থবক কাবা হৌরে।

মেমথোইবী মঙাল নাইরকই। সঙ্গ চাউরকই।

চঙশিন্দ্রিঙৈনা চঙশিন্দ্রিঙৈনি। চঙশিল্লুববদুদগীদি হন্দোকনীংদ্রে। নুংঙাইরবা য়ুম, মরাং কায়ববা সম্পত্তি, অনৌবা মঙ কয়া মঙবা হৌরকই। কমিশনারগা তান্ন-তান্নদুনা মীওই কয়া থবক হাপ্পা হৌরকই, মাস্তর রোলদা, কেজুয়েলদা, রিগুলরদা। ত্রান্সফরগী হাবী জাবীদস্মু খূৎ থাদ। পাউ-চেশিংদা কমিশনার সাহেবপু নৈনবা হৌরক্লবস্মু মেমথোইবীগী খোইরুম মোমোন অমদা ইপঙ পঙথৈ কমিশনার সাহেব। রানোম্বা মী লাকপা লেপ্তে মেমথোইবীগীদা। ওইস্মু ওইররোইদবা থবক্কীদমকস্মু পৈশাতবু মিকাবদগী লুপা মপুন মপুন লোৌশিনবস্মু হৈনরকই।

অকা-অকূম নাইবা মীওইবনি। কাবা হৈরবদি কূম্বস্ন হৈবা তাই। অদুবু কূম্বগী রাকমসিমদি মেমথোইবী খলহৌদে। হেন্না রাংনা কারগা কূম্বদা হেন্না লুই হায়রবসিস্নু হৌজিক্তদা খঙলকই।

কূম্বগী মতাং লাক্লে মেমথোইবী। তক্তনা চাহুনা লাকপা ইনশাংগী মহাউ ওক্লদুনা অনৌবা মহাউ অমা তংনি-লকপা মতাংদুদা মঙোন্দগী হেন্না শকহেন্নবী অমগা থেংনখ্রে কমিশনার সাহেব। মেমথোইবীগা উন্নবগী খুদোংচাবা পীখিদ্রে।

হৌজিক মেমথোইবীদা তারিবা দশা অসি থবক হাপ্লিয়ু হায়দুনা শেল পীবা লাকপগী মহুৎতা ওমদ্রবনিনা হন্দোক্লো হায়বা ঙাক্তনি। মমাঙদা কংখিবা পৈশাশিংদুস্নু য়ুম শেম্বদা অরূ-অহৈনগী পোৎ লৈবদা অতৈ-অতৈ শীজিন্নবদা লোয়নঃ চঙখি। খরা অমনা কমিশ-নারগী খুৎতা লৈখি। মীদা য়েংল-য়েংলগা এক্তিং তৌবা হৌরকই মেমথোইবী। খরা শোনবদনা শাউজিল্লি। শাউনা লাকপদনা শিথশিন্নে। মীঙোন্দগী চাম্বদা তরা কারগা পূদুনা মেমথোইবীদা পীখিবা নহাদুনা মেমথোইবীগী য়ুমদা কূপ্লিবা জিংঘশিংদু কক্লগনি হায়রকপা মতাংদুদা মেমথোইবীনা খুম্মি,

"শীংজমৈদগী কেরানি অমা কেন্সরনা নাদুনা লৈবা কুইরে। মহাক হেক শিবগা ওফিসিয়েন্তিংদা হাপ্পবা শোয়দনা তৌরগে।' ❋

## ভাবোক

খোয়দো শাউগৎলি। ওকিসকী থবক চেস্থাক-চেনশিলসি ঐহাক নত্তনা অতৈ লৈতবগুম তৌই। অতৈ অতৈস্থু খরা চৎহনবা ময়াবনি। থাগৎপিরিবদি মহানি, নঙনা খরা খঙই, নঙোন্দা শিন্নরগা থাজৈ, থাগৎলগা তিকি পীজৈ হায়বত্থু হেক থোকই। চৈরকপকান্দস্থু আ হেক য়োঁই। খজিক্কুং থেঙখিবদা মীওইবগী রাহৈ হায়বিদে। হোংবা ঙমজদ্রবা মোৎলবা ফীজোল অসি শেৎলগা অতৈ ওক্ষিসত্তা কোয়চৎ চৎপদা ঐবু ইকাই-হঙ্গোইবা করিমত্তা পোক্ত্রবোই খল্লব-জাৎলা। অহুবু ইথক-থোংবশিংগী য়াথং হিক্তোকপদি ঐগুম্বনা করম ঙমজরুনি।

নুমিৎতুদা চৎলিবা ওফিসতুস্থ ঐনা খায়দগী হৈনদবা ওফিসনি। কেরানি নুপীশিংদু য়াম্না নুংশিদে। শক ওম্থোক্না কাকই। মখোয়না শূরিবা থবক খূৎশূদু ভাইওম শিংডমদে। থবক তপ তানা পায়শিন্নগা মক্কম থাদোকল্লিবস্থ মহানি। শেল চাবনা মরোল অমা হৈরিবা। নোংমস্থ শাউনীংদুনা খৎনবা য়াওগ্রবনি। ইশাগী ওইজবা করিস্থ লৈতনা লাক্লিবা ঐভোন্দগী শেল চানবা হাৎনরকপদগী ওফিসার য়ৌনবা য়াওগ্রবনি।

ভসিস্থ কম্নমদে কেরানি নুপীদু। চলান মরোল মরোল লোন-খৎলিবশিংদুগী মখাদা ঐহাকী চলানদুস্থ থম্নদুনা মহাক হল্লকপা ভাইদুনা লৈ। ওন্থোক্না তনগদৌবি। নুপীদু লাক্লবস্থ ঐগী মতাং লাকপা কন কুইনা চঙখিগদৌবি। বাবখৈ ভাইরগা হনখিবদা মীনাস্থ তাবা খাই, কদায়দা অমুক চৎলুই, য়ুম চৎলগা নচা লৌরুববা, চান্স লৌব কজনা হৈবেনে চান্সেলর।

মতম লেনবা ওইনা ভাহৌ ভাহৌ অমুক চৎলি। অস্থম চৎলম্বদগী তল্লকুনা ভেরেন্দাগী কাচিন অমদা কক্লাংদা ভাথরপ তৌরগা ফুরিৎ-খাউদা খূৎ হুমজিন্দুনা খোঙ কারল চল্লগা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্মি। অদুম লৈরিঙৈদুদা কা অমদগী নুপী অমা থোরকই। নুপীদুনা তৌজ-শারিবদু নোক্লম নোকচনীংই। কুচু খৎমুদুগা, ময়া খূৎচৌদুগা, মশা খূৎপাদুগা সনাগী নেকলেস অচৌবা অমা ফুরিৎ মথক্তুদা থাদদুনা শিরি। মনাদুদস্থ সনাগী অচৌবা লৈ অমা য়াল্লি। নোক্লিংলিবদি মহাক্না শিরিবা সনাদুদা অমুক অমুক তুমিন্না য়েংজ-বদুদনি। তাপ্পাদুদা চুং কিরাল চানা মশক-মতৌ কজরবী নুপী অমা মথূৎতা কলম অমা পায়দুনা কা অমদগী থোরকই। থোরক্লিবী নুপীদুনা সনা শিবী নুপীদুদা লক্লৈ, "শেল য়াম্না পায়রমানে, সনাগা য়াম্না শিরেকো।" সনা শিবী নুপীদুনা ইঙক-ঙকশিন্নরদুনা, "হায়মা, ঐদি খঙবু খঙদেনে, করম্বা কান্দবু মপাল থোক্লম্লিবা।" অসি

হায়রহুনা য়াম্না থুনা সনাগী নেকলেসতু ফুম্বিং মনুঙতহূদা শৎ লাউনা নমশিনখরে। অদুগা মশক-মতৌ ফজবী নুপীহুস্থ কা অমদা অমুক চঙখরে।

নুপীহুনা ঐবু উরমদবস্থ য়াই। নত্রগা অমোৎপা ফীজোল শেৎপা পিওন ঐবু উশিংলমদবস্থ য়াই। অদুবু মশক ফজবী নুপীহুনা কা মনুঙতহুদা হেক চঙখিবগা নমশিনখিবা সনাহু শৎ-লাউনা শৎকৎলগা ফুম্বিং মথক্তুদা অমুক থাদহুনা হান্নগুম্না সনাহুদা অমুক অমুক য়েংহুনা চৎখিবহু ঐ তশেংনা উহৌই। ✱

# ঐখোয় রত্নাগী নিঙাই

ঐনা খ্বায়দগী তল্লিবসি মেত্রিক চি লাউনা পাস তৌবী ঐখোয় নুপীনা সরকারগী থবক অমতদি তৌগে হায়রহুনা গিরি গিরি তক-খৎলকপা অসিদনি। তৌবদি অহিঙ-নুংথিল খায়দনা কাঞ্চল তূবহুদা তল্লক্লবজাৎনি।

কমপ্লেন্ট তৌই ঐঙোন্দা, "মসিগী থবকসিনদি ওইবা স্নুকয়া য়ারোই। অশীংবা কাঞ্চল তূবদি নোংকাদোক্লি। তূগদবা কাঞ্চল ঐখোয়দা থিনবিরক্কদবস্নু নত্তে। ইন্দোমচা থোকচরবস্নু মীগী য়ূমহুদা কৈথেল কূম্নকপা ঙাইরুগদৌরিবনি। অহুই মথক্তা নোংথি-নোংমংবদা খুকউ কাংসি চীকপনা থাঙবা ঙমদে।"

মহাক্না কা হেন্না তকশিল্লকখিবসি মখোয়গী লৈকাইগী অমুজাউনা ভোৎ অমুকহন্না কাহ্নুনা এড়ুকেসন পায়বা কান্দুদনি। খঙই ঐ, ঐখোয় ইবাইস্নু মন্ত্রী অমুজাউগী তুংইনবশিংগী মনুঙদা অমনি। তকশিল্লবদি ওইবস্নু য়াই। অদুবু লুরিবদি ঐখোয় নুপীদু পীক্লিবা ইচাশিং ফাওবা লাইরিক নীংথিজনা তাকপিবা ঙমদে। অঙাংশিংনা হুংবদা খুম্বা ঙমদবনা অয়াম্বনি। ইচাতোম্বীদা অ আ ঙাইহাক্তং তাকহনববু, কুইদে, ইচা তোম্বীগী নঙ্গল মচাদুদা মখূৎ খূৎচাউদুনা বোপ বোপ, মচীং লৈবী ইচাতোম্বীস্নু রা লাউনা কপ্লগা মপা লাইরিক্তু অমুক্তং লাক্তুন লংখিববু শুমাং মতোন য়োই। কনাগী অ আ পূম্নচাই।

ঐনা হায়, "ওজা নত্তবা অমা খল্লসি, নঙোন্দা ওজা ওইবগী গুণ য়াওদে।"

মন্ত্রী অমুজাউ অমা বেক্কিং লৈরে খঞ্জবনা ফুত্তানি লোয়নববা ঐখোয়' নুপীনা খুল্লকই, "ওজানা কত্রো? পাম্বস্নু এল পিগী পাম্মি। ছাত্র নীংথি নুংঙাইনা লৈতবা ঐখোয়' লৈকাইগী স্কুলসিদা অয়ুক ঙাইহাক চৎলুরগা মোয়' বাবাগী অঙাংশিংগী সেবা নীংথিজনা তৌগনি। ওজা ওইবগী গুণ হায়ববু কৈনো, তলব চারগা লোইরে।"

"মহাক্না খল্লিবসি মখন্তগী অমদি ইমুঙসিদগী রানিনে। লৈবাক-সিগী রাখলদি করিমত্তা য়াওদ্রি হায়বা। কন্ট্রোল লায়না তৌবা ঙম্লগদবা মশীং য়ামদ্রবা ছাত্রশীংদু নীংথিজনা তাকপীগে হায়বগী রাখলদি মচেৎ অমকাওবা য়াওদ্রিনে।"

"হৌজিকপু কনানা লৈবাকী রাখল খল্লরিবগে? মীনা অঙাওবনি হায়নবা, মীনা পাবিদবা লাইরিক ইবা মোয় বাবাগুম্বা খরনা লৈবাকসি হেক্তমক শেমদোকপা ঙমগদোরিব্রা?"

হাইস রাতাসিদি, ময়াঙদা তাপ লাউনা পায়রক্লি। অরায়-অখুম তৌনহুনা চগৎ চগৎ ঙাঙনবদু তন্দুনা পারিবা খবরদুদা পুক্লিং

চঙশিন্নবা হোৎনৈ। থথা য়াবী ঐখোয়' নুপী নত্তে। মখা অধ্যায় লৌথরকই,

“নত্তে ঐনা হায়জরিবসিদা করি অরানবা য়াওরবগে? য়ুমগী নুপী অমা ওইবগী চপ চাবা ইথৌ পাঙথোকচগে হায়রিবগী রানি। নহাক্কী ৬ রাবহু য়েংবা ঙমদহুনা ঐস্নু কাঙ্খল তুহুনা মতেং পাংলিদনা। কাঙ্খল তুহুনা অনা শিকি তানবগী মহূৎতা তাপ্পা চারিঙৈসিদ' ওজা ওইহৌগে হায়বগী রানি, সিদা করি কায়?”

খবরহুদা অহুম্মক য়েংলহুনা লীলাদা তৌবগুম তপ্পা হায়, “শকথিবী সুপর্নখান' মতীক মপা চাদনা সীতাগী মবুংঙে প্রভু শ্রীরামচন্দ্রবু ফংনবা হোৎনরুবদা মনাতোন কেনখিবগী রারীসু লৈবনিকো, অ..হ..হ ম”

কদায়দগীনে মাগী মতীং শোকপী পায়হুনা ঙাঙলুবমানে, ভৈরবীগুম মখোঙগা থীল্লহুনা কপশাউ শাউনা ওস্নোরা ঈশৌ লাংনা হায়রকই, ‘‘মহুগী প্রমানহু মসিদা সুকচা হেক চানদে। মহুদি নখোয়গী মীন' পাবিদবা লাইরিকশিংহু ইবদা ওইনা হাপচিনবীয়ু। য়ুমগী নুপীবু ইমুঙদা ওজা কাহল্লগা নমশিন্দুনা থম্বা নখোয় অইবশিংগী মরমচৎলা? নমামবনা স্কুতর কার তোংনগ্রে, ময়ুম চেক্কা শানগ্রে। ফজরবা য়ুমগী মনুঙদা মকম চানা চানা তেলিভিজন, তেপ রেকোর্দ, রেফ্রিজ-রেতর, রাশিং মেচিন। নহাকীদি করি লৈরি? সাইকল চীদেকপী অসি তোংলগা ওফিস কাবা নমামবশিংগী মমাঙদা ইকাইবা করিমতা পোক্কে। নচাশিংসি অস্নুম্মাইনা অসুম পীক্কুনা লৈরগদরা? নচাশিংগী করি প্লান তৌরি? নহাক্কদি হায়রি, লৈবাকী সেবা। অহুগা নহাক্তি লৈবাকী রাদি লায়রদনা ঐগীসু য়াওদে, ইচাশিংগীসু য়াওদে, নহাক্কা খল্লিবসি নথন্দগীনি। সুপ্নগী নহাকী পামজবহুদা নথন্দা ঙাওজবা।”

হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ। রা অসি অরাংলোমদা কৈনা চৎত্রে। হনবা লৈতে, মখা তারকই নীংবদা থোবী, "নঙনা ঙাওবদা ঐ যাওবা ঙম্লোই, হয়েংমক চৎতুনা ঐখোয় তাদা উন্নরুগনি।"

উপাই লৈতে। তুমিন্না লৈবনা লেম্লগনি খন্দুনা তুমিন্না লৈরে।

ঙসিদি পেন্দিং লৈবা খুদিংমক শৃদাক্লবা হোৎনবদা ওফিস কুন্নকপা খরা থেঙলে। ঐখোয় নুপীহু অযুক তৌহৌব মতৌহুগা নুমিদাং-রাইরম লৈরম্লিবা কীভমসিগা ওন্থোক্লা খেন্নখরে। তোংলকপা সাইকলহু লৌবগা ইমুঙ তম্না ইনশিনবিবহুদা ওফিসতা রারুবা পৃম্বা কাউখি।

নুমিদাংহু চাক ঙন্তা থোংই। ঙা মচা অমা থোংননবা হোৎনবি। য়োংচাক আলু ইরোম্বা অমসু য়াওরি। ইচাশিংহুসু হৈবোই-হৈতবোই মতেং পাংবা য়াও, য়েৎপা য়াও, ইবাঙ লাঙলি। লক্লে, "ঙসিদি নমাসি লুহোংবৈ কাখল তুরুববরা কৈনো, কুইরবনিদা ঙা কাইহু চাদবা।"

ফজরবা শংত্রিক শাংবা মোবোক চতেকপা অশংবহু তখায় খায়রহুনা ঐখোয়' নুপীনা খুন্নকই, "চাবু চাগে হায়রবদি লুহোংবৈ কাখল তুবা তুদবা চাবা য়ায়না। হো ঙসিদি পীজরগে হায়বা অমা য়াওনা নোংমগী মঙা তরা তুংশিনজবহুনা থরায় য়াওনা হোৎনজরিবা। রারেখৈ হোৎনরগা হোবেল হাউতে কায়না হাযরবদি অনীরক হনবগী রা লৈতে।"

পুক থন্না চারগা খুজাইদগী ঈশিংহু পেন্না থকপা লোইরবা তুংদা ইচাশিংগা লোয়ননা চারিবী ঐখোয়' নুপীনা হায়রকই, "হয়েং ঐখোয় তাদা উন্নবা হায়বহু শোয়বা য়াত্রেকো।" খল্লিবনি ঐসু ঙসাইদগী, ঙসিগী চাকসি মবৌ লৈসে। হৌজিক্তদা মখি কোংলকই। ঐনা মোং হাদনা হংই, "নঙবু ঙসাই অযুক্তি নথন্তা চৎকনি হায়বদাইনে।"

"মোয় বাবা লৈনা লৈনা ইথন্তা করিগী চৎচরুনি। অস্তুক লুপ্রবা মতাংসিদা চেন্নদবা সুকয়া য়ারোই। অদুই মথক্তা রারী কৃপথরকপদা ঐখোয়দি চন্নরোই। ঐখোয় তাদহু রাজনীতি য়াওভৈদগী মখোঙ য়াম্না য়াম্নবনি। ঙস্তা হেক্তা চৎলুসি। হয়েংসি নুমিৎসু য়াম্না কৈ। অকবা রারা শাবা হৌবগী চপ চাবা নুমিৎনি হায়দুনা পাঞ্জিনা হায়রকই।"

"পাঞ্জিগসু য়েংলুরজাৎ ওইরে। চৎসি চৎসি। হয়েংসে ঙস্তা হৌগৎলগা মায়-মীৎ তাবা তাদবা ইবাই উন্নবা হান্না হেক্তা চৎলসি। ইচাতোম্বী ইচাতোম্বী নোয় মম্মাসে ওজা ওইদৌরবনি খঙলত্রা।"

ইচাতোম্বীনা ইপঙ পঙনা হায়রকই,

"মম্মা, মম্মা, মম্মানা ওজা ওইবা স্কুলদুদা ঐসু তমগেকে।"

ইচাতোম্বীগী মতৌদুদা মচে অনীসু নোকই। মমানা খুম্মি,

"তমহল্লোই, করিগী ইচাবু ফক্লং শেগায়বা স্কুলদুদা তমহল্লরুনি হায়বগে। তাই পুল্লগা মিসন স্কুলদা ভান তোংদুনা কাহনগদৌবিবনি।"

মথংগী নুমিৎতু ইবাই উন্নবা ঙস্তা চৎলি। ভাবনরা খঙদে, ইবাইদু মহৌশাগী ইবাইগা মান্নদে চীং-লেম্বা হেনগৎপরা নত্রগা খুৎশেম্না হেনগৎনবা হোৎনত্রা করিনোমা তৌই। মশেন অমা ওইবগী তৌকম থোকপা ভক্তি তৌরবগী তুংদা ইবাইনা হংলকই,

"করি লৈবা, চুম্না সুম লাকপ্রা?"

ঐনা খুম্মি,

"ইবাই, চুম্না সুম লাকপা নত্তে, রানোম্বা লাকচরিবনি।"

"হায়য়ুনে, হায়য়ুনে, হায়নীংবদু দোঙ দোঙ হায়য়ুনে। ঐসু মন্ত্রিগী মনাক্তা অরুবা রা অমা তান্নবা চৎকে তৌরম্নিবনি।"

নীংবদা থৌবী মচল নুপীনা তাপ লাউনা ওক্লকই,

"তাদা ঐ ওজা ওইদবা মাদ্রে।"

মবুংদু ঙকপ্রা করিনো, হায়রকই,

"এঃ ওজা!"

ঐনা খুম্মি, "ঐ ইবাই, এল পিগী ওজা ওইবনা করে, কাঙ্খল তুবা রাবে হায়বিয়ে। ঙরাংদি য়ুমদা ওজা ওইববু হৌরেদা। মচানুপী অতোম্বীদুস্তু মমাগী স্কুলদা তম্মি হায়রি।"

মচলনুপীনা অমুক হায়বকই, "ফাগী নত্তে তাদা, তামুজাউনা এডুকেসন পাযবিঙৈসিদা তাদনা য়াননবা হোৎনবিযু।"

ঙাইহাক্তুংদুদা মন্ত্রি অমুজাউগী মচুৎ ইবাইনা শিনখ্রে, হায়রকই, "নঙনদি খঙদবনিনা লাংনা হায়রিবা। লুবিবদি ভেকেন্ট অমতা লৈতবসিনি। ছাত্র মশীংদগী ওজা মশীংনা হেন্না লৈবা ঙাক্তনি সবকারগী এল পি স্কুলশিং অসি।"

ঐখোয' ইবেম্মদু খুদক্তা ফেৎ লাউনা শাউরকই, "খঙদ খঙদ তাদা, তদুকাওবা ঙমদ্রবদি তাদা লৈবৈ কৈকান্দেনো? মথান্না পীজনবা পৈশাদু ঐখোয়স্তু পীনি কৈনো।"

ইবাইদু শাউবকই,

"এঃ শেল য়াম্না পায়রবোইদা। থবক হাযবসিদি হান্না অফ-ফত্তা মুম্ন খন্নদবা য়াদবগী রানিনে। নঙবু থাইনগী স্বভাবতু ইহোং হোংদ্রিনে। অসিনবু ওজা ওইনি কাইনা। যাবু য়াববদি ঐঙোন্দগী শেল লোবা কবম্মাইনা ঙমদোইনো?"

ঐখোয়' ইবেম্মনা মখা অমুক্তা ওল্লক্লবদি ঐ কন্বা ঙম্লক্লোইদবগী কীভম লাকপদুদা ঐস্তু হায়, "ইপাইনা তৌ তৌ হায়বদু ঐখোয় ইনবা তাবনি। সি তৌসি হায়বদু ইবাইনা হেক্তা ংাকপিযু।"

ইবাই ঙাইহাক রাখল তৌই। হাযরকই, "ফবে, হৌজিক পুল্লপ চৎলসি, রা হৌদোক্লুরসি। অদুগা হায়হৌগদবা রা অমদি তামুজাউনা ঐঙোন্দদি ওইদবা ঙাঙলোই। অশেং-অশেংবা রা অদুম্মক হায়রক্নি। মদুদা নঙগী হৌনবী তৌরকপা য়ারোই। হরাউ হরাউ তাগদবনি। থবক হায়বসি হোৎনবা ঙাক্তনস্তু য়াদে, দাউ হায়বা অমস্তু লৈ। নখোয়না তৌগদবা হায়ববু তুমিন্না তাবা, মনুঙগী লো ঐগী দাইনি।"

ঐখোয় পুল্লপ মন্ত্রি উন্নবা চৎমিন্নরে। প্রোব্লেম্না শৌ শানা লৈরবা এডুকেসন পায়রবনিদনা। মী কনা য়াম্না লৈরম্মি। নীংশিংলকই তখেল্লম্বম চাউবগী 'ঈপোম' কাগী মতেক হম্বা "রাকোল্লো রাকোল্লো, চীংদা তাবা কাওবুনা তমদা তাগে মহায়বা, তমদা তাবা কাওবুনা চীংদা তাগে মহায়বা, রাকোল তনোম নোয়।"

থ নবা মীকুপ্পা হাইকেৎ খঞ্জিল্লুই, লমদমসিগী হয়েংগী মরাইবক? খল্লি ঐদি, পিন শৎলবা হেন্দ গ্রেনেদনি সুপ্পতগী ভাইরিবা পোক-খায়গদবা মতমছু।

কুইনা ভাইদে ইবাহ য়াওবনিনা। ভাইহাক ইরাং য়েংলগা ভাইবিবা ময়ামছু কাল্লগা মন্ত্রিগী কাদা গোংবা গোরোং হেক্তমক চঙশিল্লি। শিংখ্রবা ইবাইনি। চঙসমদাইছুদা হান্না খঙনরবা থোঙ-ভাকপছুদা মী অতৈ থাজিল্লকখিনু হায়রম্মি। মন্ত্রিনা হান্না কৌবকই ইবাইবু, "কচ্চাই য়োৗয়ক্লেদনা। করম্মাই তোৗরে?"

ইবাইনা খুম্মি, "তামুনা শেম্বা ননাউ কচ্চাইনা ফনবা লোয়না শীগ্গরে। ক্লব তরাভরেৎকী সেক্রেটরী চেয়ারমেন লোইনা উন্নরে। অকবা বানিনা হবাওহৌই। ক্লব খুদিংমকী কাক কাক লাউবা মীছুৎ অতুম অতুম থাবক্লগনি। ঈরোইশেম্বগী কাঙবুছুদি মুংভাইখ্রবজাৎনি। লম্ফেল পাৎতা অছু তোৗবা অদা তোৗবা, শামুশঙগী উকু ফজনা শেম্মগা নম্বুল তুরেল খোঙনুং ফজনা তেংসবদি লোৗদা ঈশিং থুম্বা কব, ঈরোইশেম্বদা পার্ক অমা ফজনা শেম্বা, দিস এন্দ দেৎ। এম্মু ময়াম্না পাম্বিবা, তোৗহন্নীংবা তোৗহন্নীংদবা, পেন্দবা লৈবা কয়ানচিংবছু মুম্বিৎ-তুদা থম্মোয় শেংনা হায়বিগদবনি হায়না মন্ত্রিনা হায়রকই সিনি।"

মন্ত্রিনা হাইকেৎ নোক্লগা হায়রকই, "অছু কৈদোৗঙৈ তোৗসি হায়বা?"

"লাক্লিবা সেকেন্দ সাত্তরদেগা সন্দোগসিনা ফগত্রা খল্লি।"

"ফরে, মছুনা ফরে। মুম্বিৎ নীনী চঙনা মমুৎ অনা হেক খন্নরগা লোইরে। বার্ত্তনম্মু নমসি, ঐখোয় কৈদোৗয়ি হায়বসি খঙহন্দবা য়াদবনি।"

"অহু তামু ইনশাংদি হাউভবা য়ারোইকো। হন্দকী মতাংসিদা খোঙকম হেন্না চেৎশিলহৌনবা হোৎনবা কৈ খল্লি।"

"য়ারে য়ারে, ঐ লোইনা খঙলে। নখোয়না কনবা শীল্লগদবনি। কমখো ঙাইখো, কিরনখোয়সু লাক্লগনি। হ্না খরগা খম্নখিসি।"

"য়ানি তামু কমজখিগনি। অহু তামু ঐখোয় রত্নানা নিঙাই অমা কন্না তৌখৎলক্লিনে।"

মন্ত্রিনা নোক্লুনা হায়রকই, "ঐ ঙসাইনা ভাব তারে। শক নুংশিদহুনা কৌরোই হায়হুনা কৌথ্রিবনি। কেন্দ্র পুল্লিববু ইলেঙন্দা নোংমতা হেক উদে"

খাম্বা নঙহৌদে ঐখোয় নুপী, ফৎ লাউনা কাপথোরকই,

"এ: কদায়দগী তামুজাউ। ঐনিনে ঐখোয়' লৈকাইগী কেম্পেন্দা মাঙ থাবদো। নুমিদাং অমসু চা লোনবা অহুক কুইনা য়াওরম্মিবহুবু, ইনমবেম্মনা চাক চারগা চৎথ্রো হায়হুনা চাকা চাথ্রিবহুবু। ভোৎ নুমিৎতুসু ঐখোয়' লৈকাইগী কেম্পতা চা লোনখোকা লোনশিনগা তৌহুনা নুমিৎ চুপ্পা অমা লৈরিবা। মমাঙ লৈকাইগী গম্ভীনিহুনা কয়া মীৎ নাখ্রে। রাশি ইকং হেক কংলহুনা মী হোইদোকপদি হৈস্ন হৈতনা খ.-ব্লাং কোয়চেন হেক চেনশিন্নরদনা, মোয় ইমুঙগী মী কাওবা স্নুনা হেক থাদদে। মঙোন্দা শিন্নবা শেলশিংহু ঙম্না হাইহৎলম্নদবনি।"

ঐদি কনবু নুংঙাইরি তাবা, রেদিওগী ড্রামা, গুমাং লীলা নীংশিংলকই। মবুংদি তাবা রারমানে, খান্নকই, "রত্না নঙগী হৌনবী তৌরক্লগনু।"

মন্ত্রিনা হায়রকই, "হায়জসনু কৈদৌগে ইচলনা হায়ববু। ঐসু ইচলগী থম্মোয় থৌরিবনি।"

"ঙকচরেদা তামুজাও, ঐদি শাউনিংহুনা লোয়না হায়দোকথ্রে।"

"থম্মোয় শেংবহুনিনে ঐনা পাম্লিবসি। মথংগী ইলেকসনদি নখোয় লৈকায় নঙগী দাই। ইচলদা ইবুংনা লোইনা শিন্নগনি।"

সাবাশ ! চীন্দোল্লা লৈতোল্লা প্রমোসন অমকাউবদি কংগ্রে। সাবাশ, ঐখোয়' নুপী সাবাশ ! ঐরা, নমস্তে।

হন্দক্তি ঐগী পালি তারমানে, মন্ত্রিনা ঐঙোন্দা হংলকই, "ইবুং-ঙোদি লাইরিক্তা ইরে কায়না তায়, করম করম তৌরিবা ?"

"অং তামু, পামজহুনা খরা খরা তৌজে, য়াম্না কন্না ঙোবদি ঙমদেদ। কোঙবগী মতাংনি য়াম্না রারিবসি। শৎ শৎ কোঙবা ঙমগদবা লৈরবদি কজবা কজদবা খরা হেন্না ইবস্ু য়াবজাৎনি।"

"ইয়ু ইয়ু। কোঙবা হায়বহুদি মতাং মতাংগী রানি। লাইরিক অমদি কোঙলে হায়বদাই, ঐস্ু পাগেদনা।"

"অং তামু, পীজরক্কে।"

"চহী চহীগী এডুকেসন দিপার্টমেণ্টকী হেক হেক লৈবহুদা য়াঙ-নবস্ু ঐনা শীনবিগনি। অহু নোয় হৌজিককানগী অইবশিংসি মন্ত্রিশিংসি য়াম্না শীথহুনা ইনে। হং, ঐনা হায়রিবসি লাম্না খনগনু। ঐস্ু পারিবনি মরক মরক্তা, অহুনা খঙই। ইয়ু কৈস্ু কায়দে। ইনীং-ইনীংবা ইগদবনি, হায়নীং-হায়নীংবা হায়গদবনি। অহুবু সিমদি ভাব তানবা করে, মন্ত্রি ঙাক্তা নাক্তা ফল্লিবসি। লাইবক কবনা মমাঙগী তার্মদস্ু মন্ত্রি ওইরম্বনিনা ঐহাক কজনা খঙই, মরূ ওইনা কল্লিবসি প্রজানি। প্রজাশিংসে ওস্থোক্লা ভাব তাদে।"

তাপ্পাহুদা তেবলদা লৈরিবা তেলিফোন অহুমহুগী ময়ায়থংবহু রিং লাকই।

"হল্লো .... মানে মানে অমুজাউ .... হা হা হা .... সনাখ্যা ... হা হা হা .... অদো মণিপুরসিবু য়োনথোকপ্রসি হায়রিরো সনাখ্যানা ডাকপিরিসিবো .... হা হা হা .... সনাখ্যানা অরাংলোমথংবা লৌগে হায়বা .... হা হা হা .... য়ারোই য়ারোই সনাখ্যা .... হা হা হা .... কনি কনি খঙজরে .... হোয় হোয় .... হা হা হা .... চাকলুক্তা থুজাই থাংজিন্নবা সমদি থাদোক্লরসে.... হা হা হা .... কনি কনি ....কনি কনি।"

তেলিফোন থমখ্রে, হায়রকই, "মন্ত্রিগী কাগীসিস্থ মুংঙাইগ্র-পোৎনি।" অহুদগী ঘড়ী হাইকেৎ য়েংলবগী তুংদা মন্ত্রিনা হংলকই, "ইচল রত্নানা তৌবা নিঙাইনা করি মরমগী?"

ইবাইনা খুম্লকই, "এল পিগী ওভা ওইগে হায়বিযে তামু।"

মন্ত্রিনা হায়রকই, "ওইয়ু ওইয়ু ইচলসিদি, ঐ লৈরিদনা। মতম খরদি ঙাইবা তাবে। হৌজিক্তি ভেকেস্থস্থ অমতা লৈতে। পাক লৈখিরোইদোরি। হৌজিক ওইবিবা কীভমসিদি ওজা হাপকদবা নত্তে, লৌথোক্কদবনি। য়াম্নস্থ তল্লি মসিগী পোটকেলিওসি। অত্তন্ ইচল বত্নাগীদমক্তদি শীনদবা য়াব্রদো। নখোয়স্থ মরক-মরক্তা কোয়-থোবকউ। ঙসিদি ঐ চপ চাবা হায়বা ওমখিবোই।"

ইবাইনা রা শমজিল্লকই, "করে তামু, রত্নাগী রাকমসিমদি ননাওগী মায় ঙাকপিরো। ঐ অমুক হল্লকখিগে, মবানিসি অস্বায়কাওবং থিন্দোক্লুখিগে।"

থোকমিন্নরক্লে। ইবাইনা হায়, "তামুনা তৌনি হায়রবদি শোয়দনা তৌরগদবনি। করিমতা নু শা থীরুরন্।"

ঐখোয় নুপীনা খুম্লকই, "মরৌ লৈদা তাদা। শেল থোমজিন্দ্রবদি নাখৈ শেংদৌ মান্দে।"

ইবাইহু শাউগৎলকই, "নঙগী হৌনবীহু য়াররোই। শেল পীবা তারবস্থ মতাং অমা লাকখিগনি।" ঙাইহাক রাখল তৌরগা ইবাইনা অমুক হায়রকই "করে, নহাক্না য়াম্না তৌনিংলগা তামুহু মৈতৈ শরেং য়াম্না পামজবনি। খরা হেন্না থরায় য়াওশিনবিনবা হয়েংলা, হংচিৎল খুদোংচাবা য়েংলগা মৈতৈ শরেং ফজবা অমা লৈরগা নুংদাংরাইরম্ হেক থিল্লুচো।"

ইবাই লৈহৌরে। ঐখোয় নুপীনা হায়রকই, "হায়ওমহুনা মৈতৈ শরেং অমা লৈরগা থিল্লুরসি।"

ঐস্ম খুম্মি, "নৈসি নৈসি। হয়েং হুংজিং হায়বহৌমা ঐ ভয়োহই। লুপা লীশিং অমগী মরাদা পীগনি অমদ'। পাক পাকস্ম কংলোইতাবগী-বিবনি।"

"মাগী হেৌনবী শীং শীং নাখোকপি ভৌরক্ল। মাগী তৌকরব-নবা ঐ অকপু 'চুমিন্না লৈংথোকপ দাহিবদা শিংই শিংই তক্কাব য়াদবনি।"

"হোয়নে, ঙস্থবু তৌজিক্কি থামৈনি হায়ব'। তলব কংলগা খব তপ তৌবস্ম য়াই হায়বগী রানি।"

"খণ্ডে খণ্ডে ঙসিমক কনাদৈনো তলব কংলগা পীগে হায়দুনা লুপা চামডাখক্ত লাকপিবকউ। অরাংপদুন ঐস্ম কনাদৈনো থিবগে।"

ওকিসকী থবক শুনা শুনা রাখল অস্মম তৌই। মকম খণ্ডে, রাখলসি ইয়ান যাম্নে। অমুক পংশাউদা শাউনীংই অমুকস্ম হবাওশুম তৌই। মরোইবদা ত বক্রিবা রাকমদি শেল পুরকউ হায়বা রকম-সিদনি। থামৈসিদা কনাদা হংগদৌরিবনোনে লুপা চামডা হায়বহু। মমৈথণ্ডদা ঐখোয়' কাগী কেরানি লৈশাবী অমদা রারীহু শারুবদগী তলব কংলগদি পীরকউকো তামো হায়হুনা লুপা চামডাহু উচিন-নাচিম্না কংলে।

ওকিস কুম্নকপদা খাইরম্বন্দ বাজারগী ডায়োনকম থুনা চৎহুনা য়েংই, মৈতৈ শরেং থোকপ্রা? থোক্তে। আসামগী শরেং অমুবহু পুংদোল মনানা তক্লবদি য়াওই। ঐখোয় লৈকাইগী ইনেশিং অমা ডায়োনকম কম্লবা থেংনৈ। মঙোম্দা হংই,

"ইনে, মৈতৈ শরেংসিবু ইকং কংত্রবজাৎলা?"

ইনেহুন্না খুম্নকই, "কম্বিগী কংদগনো ইয়াসিদি। হোয়, নীং-লকপদা কংবা পোৎতি নৎতরে। তাঙবু ডাঙখরেদা।"

"ভাগুজসনু। য়াম্না ফজবা ভগৎ ভগৎ ত্তেকপা অচৌবা অমতং পাশ্মি।"

"কনা পীজগে হায়রিবনোনে?"

"রানোমদৌরিবনি ইনে। মন্ত্রি পীজগে। মন্ত্রি মপূক কংবা অমুক্তা হেনগৎহনগে।"

"হা হা ইয়াগী রাতাসিদি। লৈনৈ লৈনৈ, য়াম্না লৈনৈ। অহাউবা অতাওবা ফংনদবা ঙাগী জাৎ রানোম্বগীদমক য়াম্না লৈনৈ। মমলদি চাউরাক্লা হান্না খঙখো। ঙরাংতু থাগাইমুক শাংবা অমা লুপা চামাপল য়াঙ্খেদা য়োনখি। ফজবা হায়রবদি অতুগুম্বা ভাবে। নঙনা লৌগে হায়রবদি ঐনা হয়েং অয়ুক ঙস্তাদগী ঙা পুরকপা লুমগদৌরিবনি। পাউ চেনফমস্থ লৈ। শোযনদনবা লুপা চনী চহুম ঐঙোন্দা বোইনা পীবম্মু। ঙহুগা হয়েং নোয় ইবেম্চু নুংখিস পুং ঙনী অহুম অহুরাইদা সিদা অমুক্তা লাকহল্লু নত্রগা নঙনা ওকিস কূল্লকপদা চঙলক্লবস্থ য়াইদা। মশা নাদনব ঐনা তৌবিরম্লগা লোইবে।"

ঙাইহাক খল্লি। অহুদগী ইনেনা ফনবা তৌপিরো হায়হুনা লুপা চনী পীরম্লগা থোরক্লে।

রাফমহু যুম ম্নোরগা ঐখোয় নিঙাই চাউবীদা তম্মি। হরাউজৈ। মানা হায়, "ইনেদা পীরম্লবদি শোয়ররোই।" অহুদগী অরেম্বা লুপা চহুমহু পায়শিনখ্রে। কলেজা জাৎ অমনি, পীনিংবা শৈশা পীজসনু মহাক্লা অরাৎপা পূম্নমক হাপকনি হায়রি।

হায়নবা মতুংইম্না ওকিস কূম্নকপদা ইনেগী মনাক্তা চঙই। ঐখোয় নুপীস্থ লৈরম্মি। মন্ত্রিগী মনাক চৎনবা থৌরাং লোইরম্লে। ওথাক কজরে শরেংহুস্থ। থাগায় অমা খরা হেম্না শাংই। মমলদি লীশিং অমা চাম্মনি হায়। চৎলমদাইদা ইনেনা হায়হৌই, "মঙ্গল ওইয়ু, মঙ্গল ওইয়ু। ঙাহুগী মহাউদা নোয়না হায়রিবমখৈ য়ারদবনি।"

রিক্সো অমা কাহনা মন্ত্রিগী কার্টর তম্না চৎলে। মহাক্তি করিবু খল্লমগনি হায়গে, মাগী থবক্তু মঙ্গল ওইনবা মানা থাজবা লাই নীং-শিংলমগনি। ঐদি পূক্লিং মুংশিবা অমহুম পোল্লকই। কজরবা ঙাহু ইচাশিং পীজরবদি কয়াদা হাউনা চাজগদবা। রম্মানা শোল্লকই, "তামুজাউহু লৈয়ম্নবদি মুংঙাইনিদা।" ঐনা খুম্মি, "মরাইনা লৈজরমনিদ', লৈরমক্রগা ইতৈবেম্মদা শিন্নরম্নগা লোইরে।"

কার্টর য়োরে। ঐখোয চঙলকপহুদ' মন্ত্রিনা কৌরকই, "লাউ লাউ চঙলকউ, করি করিনো য়াম্না পুরকইদ' ঙসিদি।"

বম্মান' হায়রকই, "মৈতৈ শরেংনি তামুজাউ। লীশিং অমা চাম্মা লোহৌই।"

"খরা হন্থবা অমা লৈরকপা য়াদ্রো অহুবো।"

থবক-ইনখাং নোম্নবা থম্নিবা পাখং মচাহনা শরেংহু চাকথুম্নোমদা পুশিন'থ্র। ঙাইহাক লৈরগা মন্ত্রিগী ইতৈবেম্মসু থোরক্নুনা রারী শাম্নবা য়াওরে। শানরিবা রারী মখল-মখানি। এম এল এ খুদিংমক মন্ত্রি ওইনিংবা, কেন্দ্র খুদিংমকী প্রজা অয়াম্বনসু মাগী মাগী কেন্দ্রগী এম এল এ খুদিংমক মন্ত্রি ওইহন্নিংবা অমদি মাগী মাগী কেন্দ্রগী থবক্তমক তৌহন্নিংবা, মন্ত্রিকম মিকানবদা চোংথোক-চোংশিন তোয়মনবদগী সরকার মরা চেৎপা ডমদবা, পূম্নমকসিগী মথক্তা চিফ মিনিস্তর ওই-নিংবা মশীং হেনগৎলকপনা মখল-মখা কয়াগী লোঙী তৌনরকপদা লৈপাকী থবক নীংথিনা তৌবা ঙমদবনচিংবা কয়া মন্ত্রিনা লীরি। রারী কয়া শানরবা তুংদা রারোই ওইনা হায়রকই, "নঙগীহু রিগুলরদা হাম্না হেক্তা হাপ্নদি য়ারোইদো'র। থা অহুম-মরি লৈরগা ওফিসি-য়েতিংদা ওজা খরা হাপ্নবা শেম শারি। মহুদা য়াওহৌনবা ঐ শীল্লক্লগে। ভাজা চাবকান্দা রিগুলরদা হেক ওম্মোকপা হায়বহনি। য়ারেদনা।"

রাম্নী লোইরবনিনা ঐখোয় খোরক্লে। ঐখোয়না খোরকপদু নুমিদাংগী পুং তরেৎমুক তারে। রিক্সো ফংদদুনা খোঙনা অদুম লাক্লে। চৎনা চৎনা ঐনা হায়, "নঙবু পৈশাগা লেমজত্রবরা মক্সিগী ইমুঙ মনুঙদা মৈতৈ শরেং অচৌবদু চাজহৌরবসু ঐখোয়সু ঙাজাউ মকক অমতংদি লৈরগা ইচাশিংগা লোয়ননা চারুসিদনা।"

ঐখোয়' নুপীসু য়াওরি হায়দুনা খুম্লকই। উচিন-নাচিন্না হোস-পিতাল গেৎতা রিক্সো চম্না লৈরমদুনা তোংখৎলগা খাইরম্বন্দ তম্না লাক্লে।

খাইরম্বন্দ য়োরে। খেঙলে অঙাংশিং রারম্লগনি থুনা থুনা তৌসি হায়দুনা পরপ পরপ ঙায়োনকমলোমদা চঙই। নাতে চাবা ঙা ইয়াও য়াওদে। মমৈথঙদা কৈথেল মনুঙগী মৈনা য়োদবা মকম অমদা মুশি-মুশিবা পোদোল গমা থাল্লদুনা ঙাজাউ মকক অনীখক্ত থারদুনা য়োল্লম্বা খেংনরে। হংই, "কয়া কয়ানো?"

নুপীদুনা খুম্লকই, "লোরো লোরো ইবুংঙো, রো মকক্সি। ঙসাইরাইদি নিফুমঙা-নিফুমঙাদা য়োল্লম্বনি, নিফুদা লৌথ্রো। অনীমক লোগে হায়রগনা হুমদ্রা হক পীরম্লো। ঐসু হল্লিংবনা লোইখ্বনি।"

ঐখোয়' নুপীনা হায়, "ঐখোয়দি মী য়ামজদেদা, চমখক্তং লোগে কুম্থ্রা পীরম্লগেকো।"

"মঙাদংদি হাপ্লকউদা ইনাও নঙবো, ঐবু য়াম্না মাঙবা তারেম্মি।"

"হাপ্লরোই হাপ্লরোই" হায়দুন' ঐখোয়' নুপীনা লুপা কুম্থ্রা খক পীশিল্লি।

"ফরেহৈ, চারুরো ইনাওসিদি, খেঙগা খেঙবনে, অমসিনা ঐনা কোক চাথোক্লরগা লোইরে, মাঙঙগা মাঙ, তারগা তা।"

ঙাদু হাপচিল্লগা হোবে হোবে য়ুম পাংলক্লে।

ইচাশিংদু তুম্লম্বা য়াও, লৈকাই কোয়রম্বা য়াও, ইমুঙগা পূমচাই চাইদুনা লৈরম্মি। ঙাইহাক্তং মা-ঐ চঙদুনা হাথু হাথু হোৎনরি-ঙৈদুদা মৈসু থোক হেক মূৎখি। খঙহৌদে, ঐগী মচীং অরাংবীদু

কাঙলকই। লাঞ্জদবা অঙাং খরস্থ চৈ চারে। কপ্লি কপ্লি ইচানুপী অহলনা "মোয়না খেঙনা হনখৈ হল্লক্লগা" হায়দুনা মৈ চুখৎলি। ইচানুপীগী মপি উক্রুবদগী ঐগী মচিংদুস্থ হু লাউনা হনখ্রে। তাঞ্জাহুদা মমানা চাকশঙদগী লাউরকই,

"ঙাসিদি মশা ফজনা নারে, উং মনমসিদি।"

"ইবেম্মা, নাত্রা নাদত্রা, থোকঅ-থোকঅবা হায়দুনি, হাথু-হাথু তৌবা থবক্রুবু কয়াম যুগোৎ চাগনো, মরোয়-মপাংগা হীংগদু হৈরা য়াম্লপ থাকচিন্নু।"

চাক লোইরে। পুমকোই কোইনা ফম্মিন্নদুনা চাননবা থৌরাং তৌরে। চাক খোৎথদুনা তেংগোৎতগী মহীদু খরা হৈথরগা তোৎলবা তুংদা চখোম অমা হুকই। ওক: করি মতৌনো সিদি। চখোমদু শায়রক্লে, পুমযোৎ য়োৎশিনগ্রগা ঈশিং য়াউম খরা কুৎ কুৎ থকচিল্লগা চহুম খুৎ হামদোক্লে।

নুমিৎ মঙানিগী তুংদনি। পাউ অহু শরা শন্না শন্দোরকই। পাউচেশিংগী হেদ-লাইন্দা য়াওরকই, মন্ত্রি-মন্দল রিসফল তৌরে। অমুজাউগা লোয়ননা মন্ত্রি অহুম মন্ত্রি ফমদগী লৌথোকখ্রে ....।

নুংঙাইরবা আশা অমগা লোয়ননা মশা খীং খাং লাউনা হরাউ-তন্নামা লৈরম্বী ঐখোয়' নুপী নুমিৎতু শাউদুনা রা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা কাঞ্জল মঙা তুখি। ❋

## খুঙ্গংদা ন্নুমিৎ মঙাল

সহরগী শরুক লোইরদুনা খুঙ্গংগী লমদম য়োরক্লে। লৌবুক্তা চক্লখোকশিংগী মথক্তা লৈচিল্প কূংনা থারি। মথৌ চিনবা কনাগী লৌবুক্তা কৌবৈ ইকু ময়োল ময়োল পৈদুনা লৈবা ম্নাওরি। য়াম্না তাম্বা মকমদি লৈচিলনা খনজিনথিবনা উবা ফংদে। মফি লুম্না শেৎলগা গাড়ী মিংশেল লৈখৎতুনা মপাগী মনাক্তা তুমিম্না কম্লি ইবোথোই।

মেন য়োদত্তা অস্থুম চৎলিঙৈদদি করম্মি। কোইলাস থাদবা লম্বীদুদা হেক হাইজিনবা অদুদগীদি গাড়ীদু থোবদা মঙম শাক্লে। নাকল য়েৎলোম-ওইরোমদা তারিবা য়ুমশিংদু উ-রা মরাং কায়না ছোবনা লম্বীদু লৈখোম থোকই। শন গাড়ীগী লীক্লম অমদি শন খোজুলশিংনা

লম্বীদু অমুক্তা হেন্না কুক্রক কত্রাক লাউহল্লি। যুম খরা তারিবদু
লোইশিনখিদুনা লৌবুক মপান্দা অমুক চৎলক্লে। লম্বীস্থু খরা করক্লে।
লৌবুক অমদা মুপামচা অমগা মুপা অমগা চক্ক পুন্দুনা লৈবদু
ইবোথোই লাপ্তক উই। থবক শূরিবা অনীদুস্থু থবক লেপ্তুনা মখোয়দা
য়েংলক্লিবগুম তৌই। মশক খঙলদুনা ইবোথোইনা লৈচিল পকপা
মিংশেলদু জর জর লৈথরগা মঙক থিন্দোক্লুনা লাউই, "তাঙৌ"।
মপাস্থু গাড়ীদু ডাইহাক থাম্মি।

অঙৌনা মাগী বাজিগা লোয়ননা মখোঙ-মখূৎ ইমোৎ মোৎনা
মখোয়গী মনাক য়ৌশিল্লকপদা ইবোথোইনা শক তাথৎলদুনা হায়রকই,
"ঐ লাকনি হায়রগা ডাইরবগী মহুৎতা থবক শূবা চৎলম্লিবনিনে।"
"নৎতে ইংঙৌ, নোয়দি ইম্ফাল মচানিনা কনানা খঙনি লাকপিদ্রবদি।"
গাড়ীগী থোঙ শৎ হাইদোক্লুনা ইবোথোইনা হায়রকই, "অদে,
নোয়দ চৎলসে তোংলকও তাঙৌ।"

অঙৌথোয়গী যুম য়ৌরে। ওফিস কাবা নংনবা হন্দবা য়াদে
হায়দুনা চা গিলাস অমা থক্লগা মপাস্থু হনখ্রে। মপা হেক চৎখিবগা
বাজিদুস্থু "নখোয় তাঙৌগা লৈমিন্নহৌরোকো ইবোথোই", হায়রম্লগা
লৌবুক্তা চক্ক পুনবা অমুক চৎখ্রে।

অঙৌথোয়গী ইখোলদু য়াম্না চাউই। ইখোলগী মতাইদা চাউরবা
য়োংচাক পাম্বী ভরামুক পরেং শানা হৌরি। পাম্বীশিংদুদা য়োংচাক
চরোং চরোং পাল্লি। পাম্বী মখোঙশিংদু শিৎ নাল্লি। হঙ্গাম, আলু
অমদি অতৈ মনা-মশীং কৈদোম কৈদোম হৌরি। মমাঙ শংঙ্গায়দুস্থু য়াম্না
চাউই। অচোবা লৌয়েকক অনীদা কৌ ময়াম অমা হৈদোক্লুনা লৈরি।
যুমদু ঈনা কূপ্পবস্থু চাউরবা যুমজাউনি। কূপ্লিবা ঈদু য়াম্না থায়।
যুম্বী কৈরেলনচিংবদুস্থু অচোবা উ ঙাক্তনি।

মমাবোক্লা শম্বি শানা শানা হায়রকই, "অঙৌ, ইচা ইবোথোইসি
চাক লাম্নমগনি, লাকথোক্তনা লাকপনি, ইনশাং অহাউবা অমা
পীজসি। ঐ চাকথুম চঙলম্নগে, অচাথাউদু খরা লৈরুচো চৎলু,

সে পৈশা সৈদা লৈরে।" অঙৌনা ইবোখোইদা অচাথাউ লীক্লি লৌরকউ হায়দুনা পাখোন শীরল্লগা সাইকল ইন্দোকপা চঙব্রে।

অঙৌনা সেগা য়েঙ্গীদা সাইকলদু থৌই। ইবোখোইনা কেরি-ম্নরদা অচাথাউ লীক্লিদু পায়রগা ভোংই। অঙৌনা হায়, "সাবল কাববুদি ঙম্মে ঐখোয় বাজিগী সাইকলসিনা রাংমনবসিদা খোঙ লাম্বা কংদে।" নোপ্তি নোপ্তে অঙৌদু, সাইকলদু জিরি জিরি থৌই। ইবোখোইনা তুশিনগদ্রা হায়দুনা মিহুন শুদনা সাইকলদু ভোংই য়াম্না শিংই ইবোখোইস্থু। খরা তপথনবা হাংদুনা য়াবী হোয়রকই, "তাঙৌ, নোয় পরিক্ষাদি তৌগ্রবরা?" সাইকলদু খরা তপথরদুন অঙৌনা খুম্মি, "হৌজিক লৌ খাওবগী ছুটি থাবি, ছুটিসি লোইরগা মতম লেম্লকঅনি।" কনা শাংই দুকান কাওবগী লম্বীদু।

নুংথিলদু অঙৌনা মমান্নবা খরগী য়ুমদা ইবোখোই পুদুনা চৎলি। ইবোখোইবু অঙৌনা মমান্নবা খুদিংমক্তা মশক তাকই, "ইম্ফালদগীনি, ঐখোয় ইমাগী মনাওনুপীগী মচানি। চহী পরিক্ষা লোইদুনা কোয়থা ওইনা লাক্লিবনি। ইংলিস স্কুলদা ক্লাস থ্রি তম্লি। স্কুলদা য়োনাদো কৌই। নখোয়দি কৌনিংবা কৌবা য়াই। নুমিৎ মঙানি লৈরগা মপানা মারুতিদা লোবা অমুক লাকনি।"

অঙৌনা ইবোখোইদগী চহী মঙা তককনুবা হল্লমগনি। য়াম্না লুনা তৌই ইবোখোইবু। মমান্নবদৌনস্থু লোইনৈ। নুমিদাংদু মখোয় অনী তুম্মিম্মে। ইবোখোইনা হায়রকই, "তাঙৌ, ঐদি শনগাড়ী য়াম্না তোংনিংঙিবু।" অঙৌনা হায়রকই, "শনগাড়ীদা নৎতে, জাৎ জাৎ য়েংহনগদৌরিবনি। হয়েং অমুক কাওবদি চক্র পুল্লবা য়াদ্রি, চক্র পুনবদি য়াওনীংদ্রা?" ইবোখোইনা হংলকই, "অমুক ওন্না চৎতৈরো?" "ই: অমুক ওন্না চক্রবদি করম কান্দা চৎতৈবা?"

ইবোখোইনা হৌগৎলকপদা অঙৌদি লৈরমস্রে। মমাবোক্না হায়রকই, "নোয় তাঙৌদি বাজিগা চক্র পুনবা চৎব্রে, নঙবুস্থ

হৌদোকদবগী য়াম্না তৌরম্মি, ঐনা চৈবদগী চৎপ্রবনি। লাকও লাকৎ, নমায়-নমীৎ তাথোরুবা ঈশিং অশাবগা সিদা লোইনা লৈরে।"

থবক শুবী মমাবোক্তু ইবোথোইনা হৌগৎলকপা মতমমতুদা ইমুঙ রাই তৈবা, তুলশিবোং রাই তৈবা, ধুপ কৎপা ওয়্মা লোইরম্মে, ঈরুজবস্মু লোইবম্মে। মায়-মীৎ তাথোকপিবা লোইরগা মমাবোক্না মহাকপু চাকশঙদা পুশিল্লি। রাই, শম্বি অকংবা হমদি অকংবা শীংশিং লোয়নহুনা ভোরোং ভোরোং চাক্লিবা ফুঙ্গা মনাক্কী ফক্তুদা কমহল্লি। শঙ্গোম পীথকই, কবোক হখীংবা পীজে। থকপা চাবা লোইববা মতুংদা ইবোথোইনা হায়কই, "মাবোক ঐস্মু তাভোগী মনাক্তা চৎলুগে, ঐ মকম খঙই।" মমাবোক্না চৈরকই, "হৈ, নঙস্মু ওস্থোক্না থুনা খঙখরেহৈ। য়াদে য়াদে, নানি। চৎপা তারবস্মু হোরেল নুংশা কজনা শারগা চৎলু। হোরেলদি নোয় তাভোগা শনগাড়ী তোংহনগদৌরিবনি। হোরেল শনগাড়ী তোংবদা রাদনবা ওসিদি চাক ওংবা চাগদবনি। নঙগী চরা রান্নবা মাবোক চাউবী থোংবিরগে। ভারেল খরস্মু থাক্লি। অদুগা ইনশাং অহাউবা অমস্মু মাবোক্না পীজনি। আলু অরৌবগা হেন্তাক্না ইরোম্বা কয়াম হাউগে য়েংউ। নোয়গী আদদি গ্যাসতা থোংবদা আলু লোকমগা লৈজরম্লোইনে।"

মমাবোক্কী মকমদা হ তোংবস্মু ওমদে। অভোগী মনাক্তা চৎনীং-বনদি লোইবে। ইবোথোই মাগী তাভোগী মকমদস্মু শাউনীংই। ইম্ফাল মচানি থবক শুবা হৈরোই হায়দুনা হৌবিরমদবনি হায়না লৌই। মানবু চৎমিন্ননীংলবদি চৎমিন্নবা য়াই হায়না খল্লি। মাস্মু অভোনা তৌবা থবকশিংদু মতেং পাংনিংই। মমাবোকতি ফুঙ্গাদুদা চাউবী থোংগৎখরে, আলু লৌশিনখরে। অমুনবা আলু খরস্মু ইবোথোইদা থোকুনা পীজে। য়ুমদা লৈবদা শেৎনবা মপানা তোঙাম্না পুরকপা অরুম্বা ফিরোলশিংদু তনচেন চেন্দুনা মমাবোক্না লৌরুই। ফুরিৎ

অথাবগী মথক্তা তুগী লোয়নবা জিনগী জোকিং শার্ট স্যুইট শেৎচিনবী। অথাবা খোঙ মোজাহু উপ্লিরবগী তুংদা বেলবেদকী ফি খোঙউপতুস্ম তোংশিনবিরে। মমাবোক্না হেন্তাক লৌরগে হায়দুনা হেক তৌরকপা মতাংদুদা কলিগী অভাংহু ভাঙ্গা অমা লৌবকই, "মা:বাক মাবোক, ঐ ইথন্তা চাবা তল্লি, ভাঙৌ কৌরুখিগে" হায়বয়্লগা হৌদুনা চেনখ্রে। মমাবোক্তু ভায়কখ্রে। অতুক লুম্না শেৎ-চারগবু কনাই' অভাংনা নাজকগবনো খন্দুনা লৈহোরে।

ইমুঙদা লৈরিভৈদা চেক-চাকী মখোল ঙসায়না তারবনি। লমজাও হেক য়ৌরকপদদি উরে উচেক মখল-মখলশিংহু। শোরোক মপালগী রাপল মরক্তা হৌরিবা অভাঙবা মপাল শাৎপা কুরাও পাম্বীদুদা খোইনীং শঙ্গু তোংলি। ইবোথোইদি উচেকতা ভাওজবা অভাংনি। মহাকী ড্রোইং বুক অমস্তুং তেল্ল বুকতা যাওবা উচেক মখল খুদিংমক নীংথিজনা য়েকপা হৈ। ভারাকপী, তেনর, নোঙ্গৌবী, রাহো, ভম্না য়েকপা ভম্মি। স্কেটচ পেন্ন মচু চুম্না চুম্না শভবদস্থ মখোয়গী ক্লাসকী নম্বর রাননি। ভসিদি লৈচিলস্থ থাদে। অথাপ্না চীংয়াদগী উরোক পরেং-পরেংনা লেম্না পাইদুনা লাক্লগা মহাকী কোকতোল লায়া অসুম পাইদুনা চৎখিবহু পেন্না উজবা কংলে। মখল-মখাগী উচেক্লি। উতোল অমদগী উতোল অমদা পাইদুনা শান্নবস্থ য়াওরি।

উচেকশিংগী কৃম্মে য়েংদুনা লাকপনা অভৌখোয়না থবক শূরি-বদুগী মপা য়ৌরে। ইবোথোইনা কৌরকই, "তাভৌ"। অভৌনা লাউরকই, "হৈ ইবোথোই, ভাইখো কুম্মকথিনু ঐ কারক্লগে।" ইবোথোই করিস্থ নাচুংদে। লৌরী মথক্তুদা অকংবা খল-খল্লগা ফুরিংখাউ হুমদুনা মাগী তাভৌগী মনাক ভম্না চঙশিল্লি।

নুংথিলদদি ইবোথোইহু শনগাড়ী ভোংজবা কংলে। লৌবুক্তা লৈরিবা বোরাদা হাপ্পিল্লবা ফৌশিং সৌ উরিবা লৌম্মিশিংগী যুমদা থিনগদবা শনগাড়ীদনি ইবোথোইগা অভৌগনা তোংলিবহু। মখোয়না

তোংবা শনগাড়ীদুতা নত্তে চৎলিবদুসু। শনগাড়ী তরানি পরেং শানা চৎমিন্নরিবা। নুংঙাইবগী ওমখৈ লৈরম্মদে ইবোথোই। থল্লকই, মখোয়গী স্কুলগী মমান্নবা কনামতা শনগাড়ী তোংবা কংজরমখিরোই।

শনগাড়ীদুনা লৌরীশিংদু অমুক কাখৎ অমুক কুমথ তৌদুনা চৎপদুদা অঙৌনা হংলকই, "কিজত্রা ?" ইবোথোইনা খুম্মি, "কিবিদে কৈস্সু. য়াম্মা নুংঙাই।" অঙৌনা অমুক হায়রকই, "ঙসিদি শনগাড়ী পেন্না তোংলগদবনি। কৌ হাপ্লগা বোরা মথক্তা অমুক তোংগনি। কৌ থম্লগা অমুক কৌ লৌবা লাকপদা তোংগনি। অদু-দৈদি নঙ শনগাড়ী তোংবা পূমখি হেক খিরদৌনি।" ইবোথোইনা খুম্নকই, "খিবিরোই কৈস্সু " অঙৌনা অমুক হায়রকই, "হয়েংদি পাৎস্রা চৎলুসি, হি তোংলুসি. য়াম নুংঙাইজাৎনি। হংচিৎনা শন শেনবা পুবিনি। হংচিৎতি ঐগী লেং থোকই। ঙস্তা চরা রাল্লগা চৎকদবনি। চীং তান্না চৎকদৌরিবনি খঙব্রা ? তু আদগী চীংসে অসিদা। মদুদদি হৈ ভারিদা চাথক্লরদৌনি। শনশিংনা শজিক চারিঙৈদা খোং শীৎলগা ঙা ফারস্নু ম্নাই।"

ইবোথোই নুংঙাইবনা মথুম-মরাং হৌরম্মি। অমুক্তা উজবা ফংদ্রিবা কয়া মাগী তাঙৌনা উহনগদৌরি, থেংনহনগদৌরি। অস্সুম শনগাড়ী তোংদুনা চৎপদুদা উরকই, পীক্লিবা নুপামচা অমগা নুপীমচা অমগা মমায় ওস্থোক্লগা ঈরোই অমা তোংদুনা লৈবা। ঈরোইদু তুমিন্না লেপ্তুনা ঈংনা শজিক চারি। নুপামচাদুগী মখুৎতা নাউরি অমা, নুপীমচাদুনা শাজৈ অমা পায়দুনা ঈরোইদু তোংলি। ইবোথোই ঈরোইস্নু তোংনিংলকই।

হায়নবগী মতুং ইন্না মথংগী নুমিৎতু পাৎতা লাক্লে। অঙৌনা হায়রকই, "থমচেৎ মতম ওইরবদি ভারিদা নুংঙাইদৌনি। হিদা তোংলগা থমচেৎ চাবা কয়াম হাউই খঙব্রা, হাউত্রজাৎনি। থাংজিং অমুনবা পোকথাইদুনা তাউরম্বগা চাবদি থুমত্রপোৎনি।"

পাৎ ময়াহুদা উচেকসু য়াম্না পাই। অঙোনা ফুজানি তৌরকই, "লমঙানু, উথুম, সুরিৎ, উবে'ক নখোয়হুরাইদা পাইজরো ? ঐখোয়সুরাইদদি তু পাইরিসিনি।" অহুদগী অঙোনা করিগুম্বা অম' খংউ উরক্লুনা হায়রকই, "ঙাইখোহে ইবোথোই, হিদি ঙাই-হাক লৈরগা তোংলসু য়াই, নুংঙাইরবা কৃষ্ম অমহুম য়েংখিসি।" ইবোথোইনা খঙনীংনা হংই, "করি কৃষ্মেনো তাঙো।" "তু, আদগীসি উব্রা ?" "কৈনো সিবো।" "উচেক ফানবা লাংনি। উচেক ফাবা য়েংখিসি।"

উচেকতা ঙাওজবা ইবোথোই, উচেক ফাবা য়েংবা হায়বহুদা অমুক্তা হেন্না খোয়বাংখ্রে। চঙশিন্দুনা য়েংই। অপোবা লংনা ভোল্লি-বোলগী নেতকুম খৃদোল অহুম-অহুম্মুক লন্না লম্না লোনবা লাংহু ফনা শাংই। লাং অহুগী অশাংবগী মতুং ইন্না নাকল অনীদা ফুট তরা তরামুক শাংবা উথোং অমমম য়ুংই। লাংহু তিংথোক তিংশিন য়ানবগীদমক থোরী মতৎ অমগা উচুক শাংতক তৌবা অমগা শীজিন্নে। নাকল অমদি উচুক্কু লেঙদনা লৈবাক্তা য়েশিন্দুনা থম্মি। নাকল অমহুগী মচীন্দি নুপা অমনা মখুৎনা থওইনা কোম্না পায়হুন লা হু লৈবাক্তা তাহন্দুনা থম্মি।

অঙোনা ওজা শাহুনা তাকই, "লাং অসিগী মমিং নাকপক কৌই। নুপা অসিনা পায়রিবা থোরী মতৎ অমা য়াওবা উচুক অসিনা করি কৌই খঙব্রা, নাউরি কৌই। নুংদাংদা ফাবদি নাউবি অনীমক চপ তিংহল্লগা নাকল অনীমক যৈশিন্দুনা থম্লবসু য়াই।"

ঙাইহাক লৈরগা পাৎলোমদগী উচেক শঙ্গু অমা পাইরক্লে। লাং লৈ খঙজদবা উচেকশিংহু লাংগী মায়কৈ তম্না পাংশিল্লকই। খুদক্তা হুপাহুনা কোম্না পায়রম্বা নাউরি অহু খংচিং চিংথবহুদা লাং অহু ভোল্লিবোলগী নেতকুম খংতিং তিংলকই। পাইরকপা উচেক শঙ্গুহুদগী খরদনি নাম্মোক্লুনা পাইখিবা। অঙোগা ইবোথোইগনা

খুবা খুবাকী মখোলগা উচেকশিংহুনা লাংহুদগী নাম্বোকনীংহুনা খোংবা মখোলগা অমত্তা ওইখি। উচেকশিংহু লাংদা থুগবা অহুদদি নুপাহুনা পায়রম্বা নাউরি নাম্মহু থাদোক্তুনা লাংহু লৈবাক্তা অমুক তাহল্লে।"

অঙৌনা হায়রকই, "য়ামদ্রা! লম ভানু ভাক্তনি।" "য়াম্মি, তাঙৌ অদো ঐম্সু অমত্তা লৌজগে হায়বা য়াগদ্রা?" "ভাইখো, কোপ্না হংসি, য়ার লৌর লোইরে, য়াম্র তোকম লোইরে।"

উচেকশিংহু লাংদগী লৌথোক্লগা মানা পুরকপা য়েন পোলাংহুদা অমমমত্তা ওইনা নুপাহুনা হাপচিনবা হৌরকপহুদা ইবোথোইগী বাখল হোংলকই। অঙৌদা হংই, "তাঙৌ, উচেকশিং অসি মানা লোইনবরা?" "হৈ নত্তে। মমল য়ামপ্রজাংনি খুলগী ইকথেলদা পুরগা য়োল্লুগদৌরিবনি চাবদা হাউই হায়হুনা কোয়তান তান্নরিবনি। ভাইহাক্তংদা লোইনা হেক্তা শিংখিজাংনি। নখোয় ইম্ফালদোমদগীসু জিপ কার তোংহুনা লৈবা য়াম্না লাকই।"

উচেকপু ইচম চম্না পামজরম্বা ইবোথোই উচেকীদমক মীনুংশি পোক্লকই। মথক থোংবশিংনা হায়খিবা কয় নীংশিংলকই, সাইবেরিয়ানচিংবা অথাপ্পদা লৈবা পাং কয়াদগী উচেক কয়া মণিপুর ওম্না পাইরকই। মণিপুরদগীসু পাইরুই। অমসু তাখি, নোংমা লোক্তাক খোঙবান্দা উচেক অমা ফারুবদা উচেক্কুগী মখোঙদা কিশিল্লগা হাপ্পা কার্দ অমদা "সেভ রাইল্ড বার্দ—স্কোতলেন্দ" হায়হুনা থারম্মি। তেলিভিজন্দসু উখি, ওলিম্পিক গেমস লোইশিনবা খোরমদা মনীং লাকওমদবা উচেক কয়া মনীং তমহন্দুনা অহাওবা মালংদা পাইহনখি। লোন-তেম্নিস শান্নরিবৈদা উচেক পাইশিল্লকপদা উচেক্কুনা পাইথোকখিদ্রিবকাওবা শান্নবা লেপখি।

পীক্লিবা ইবোথোই মথন্তা খন্নরকই, মনীংতম্না পাইহুনা লৈজবা উচেকশিং অসিবু কয়িগীদমক মীওইবনা ফাহুনা চাখোকপিরিবা?

সাইবেরিয়া হায়বা পাৎ অহুগী মপাল অমদি স্কোতলন্দদস্থ উচেক লাং থাক্লুনা উচেক কাবিরমগত্রা ? মথরায় নুংঙাইরক্তে, উচেকশিংনা লাংদা থুরগা মানা করিগী থূবাক থূরুরিবা ? অঙৌদা ভপ্পা হায়রকই, "ভাঙৌ হল্লসি, হিগা অমতা ভোংলরোইসি ।" *

## লাইবক

ইনকারি লাকই ইনকম তেক্স ওফিসার, ঐগী লাইরিকশিংনা বেস্ত সেলয় তোয়না তাবহুদা।

মিকপ খোরকপদা ঐখোয় নুপীনা হায়রকই, "ওসিগী চেং লৈত্রি।" ❋

## দশা

করি। ঐন তোবা থবক্তবু এক্সপ্লেনেসন কোল, পাউখুমগী মহুত্তা শেগায়গদবনি। শেগায় চেহু মচেৎ মচেং। মী মশক খঙদবা, তামৈ তায়া লোই থাগে খঙনি। খুদক্তা তাচৌগী কার্টর তয়া চংলি।

নোংঙাল্লগা প্রেসিদেন্ট রুল লাউথোরকই। ❋

## খৃষ্টমাস লোইরগা

ইংথমথাগী অঙনবা অযুক্তি। চৌংমাইগী উমংশিংহু লৈচিল কুংনা থারি। থরম্রিলা শম অমদা পাম য়াম্নবা খূৎস্থু খূৎলাই হাপ্তুনা খোঙ লম্বীদা লাক্লি। লম্বী তেম্লনবা ঈশৈ মতেক মতেক ঙংহুনা চৎলি।

মকম অহুদা শীৎলিবা নুংশিৎ অশেংবনি। য়েংখি-য়েংখিবদা উরিবা খূদিংমক মহোশা লাইরেম্বীগী নীংথিজরবা দৃশ্য ঙাক্তনি। পূনবগুম ভৌই, অচুম্বা অকবা নীংথিজরবা অহম্মক। লোথুপ-লোকোই লৈজত্রবী থরম্রিলা মথন্তনি হায়বগী চিংনবা করিস্থু পোক্তনা লৈচিলনা কূপশিল্লবা উপাল পাম্বীশিংহু য়েংহুনা চৎলি।

ইমাগী কনেক মচেৎ/১০৪

পাম য়োরে। পান থানবগীদমক কৈদোম খরা শেম্বা লোইবদা ভায়রি। মুমিৎ কজনা লৈখৎলক্লে। রারহুনা রাগী উত্তোংহুদা য়াওরিবা ঈশিংহু পেম্না থকচিল্লি। হল্লগে খল্লহুনা পামদা পাল্লিব মাইরেল অমম্বুং খামেন অখাবী খরা হেক্কুনা শমহুদা হাপচিল্লে। শমহু পুহুনা অমুক ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে।

পামদগী থোরক্লগা চৎপা খবদমক হৌবদা ভায়ুবি। অশূকপা উমংদগী শাউনা চম্বোবকপা লমওক অমনা থরমিলাবু কোয়তান তান্নবা হৌবকই। লমওক্কুগী মতৌহু অউবা ভাইবঙমী খূদিং হেক্কমক হাংলগে হায়রবগী মতানি। উপাই লৈত্রবী থবমিলাম্বু শমহু হন্দোরম্লগা মথায় হিংনবা লৈনা লৈনা চেনবা হৌবকই তৌরিবা মতৌ অহু পাম শূহুনা লৈব পাখং অমনা উৎহুনা মখূৎতা উত্তুপ পায়হুনা নুংশিৎকী মাড থাহুনা চেল্লক্লে। লমওক কাবা অমম্বুং হাৎপগী মহৈ নীংথিজনা হৈববা পাখংহুনা লমওক্কুগীম্বু হেন্না য়াঙনা চেনখৎলক্লুন থবমিলাবু মখূদাং পাযহুনা যেৎলোমদা খংচিং চিংশিন্দুনা তুশিনমিন্নে। লমওক্কুদি চুমদ্রিং অকনবা শাফূগা লোয়ননা চেল্লকপহুনা অচৌবা অরাংবা উ অমা হৌরিবহুদা অথৌবা অতুম্বা ময়াহু জক লাউনা য়েশিন্দুনা লৈখ্রে। খূদক্তা পাখংহুনা ফুক হৌগৎতুনা উতুপ্তুনা লমওক্কী মকোকতুদা থোমহুনা হাংলে। পাখৎলুবদগী মিহুল হম্বদ্রিবী থরমিলাদি মতমহুদা শোব থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা লৈরি। লমওক্কু হাংলবা তুংদা তপ্না চৎখিহুনা হৈদোক্কুনা ভারিবা মাইরেল অমম্বুং খামেন অখাবীশিংহু খুনগৎ-পিহুনা শমহুদা হাপ্তুনা পুরক্লগা থরমিলাদা পী। অহুগা অশিবা লমওক্কু ইরায় লায়না মরেংজুমদা থাংগৎতুনা থরমিলাবু হুম্না কাওবা য়েংলমদনা চৎখ্রে। ওকচানরিঙৈ থরমিলা থাগৎ-রাহৈ অমতম্বু হায়রবা নংহৌদে শকখঙদবা পাখংহুদা। মমীৎ কুপ্তবমখৈ পেম্না য়েংলি মীৎয়েংগী পনখৈ শামদ্রিবকাওবা পাখংহুনা উমংগী লিংথৌ নোংশানা চীং-লেম্না চৎপগুম অম্বুম চৎখিবহু।

ইনৌ নৌই থরমিলাগী পূক্লিং। লমওক থেংনরুবগী অকিবা খূদিংমক মাঙগ্রে। শকখংদবা ঈহুল অমা হুল্লকপগুম ভৌই থম্মোয়দা। য়েংখি-য়েংখিবদা উরিবা খূদিংমক মহৌশা উবদগী হেন্না ফজরকপগুম ভৌরকই। ঙসাই উচাল পাম্বীশিংগী মথক্তা মৌ তনৌবীগী কোকথুম ফিগুম কুপহৌবা লৈচিলশিং অমতা লৈরমদরে। উচাল পাম্বীশিংহু ময়েক শেংনা উবা ফংই। চপ চপ ভিংনা হৌরিবা নীংথিরবা উচাল পাম্বীশিংহু নুংশিৎকী শহুমদা নোম-নোম হাইরি। চরোং চরোং পানবা অশংবা মনাশিংহুস্সু পূক্লিং গুমহৎপা মখোল থোকহন্দুনা ফর ফর হাইরি। উচাস মশা অমদা লমথুন্নু অনী মমীৎ কুপকেৎ কাপকেৎ কদায়দা পাইসিগে হায়হুনা খনবগুম ভোংমিন্নরম্বদগী থরমিলাগী মমাঙহুদা ভৌহুম ভোগে মতাগুম খঙহৌদনা চাল্লোক্লরকই। থরমিলাস্সু ইকাইহুনা পরপ পরপ হেন্দোক্লুনা চৎখিগেদি নীংত্রহুনা লমথুন্নু অনী চাল্লোক্লিংবহু পেন্না য়েংহুনা লৈথোক্লুই।

ময়ূম য়োরে। ময়ূম য়োরবদস্সু অহু মঙায়। শকখংদবা পাখংহুবু নীংশিংহুনভা লৈগ্রে। চায়, চাকম খঙদে। কমুংদা হীম্পি, তুমথো য়াদে। মমীৎতা উমকই, মহাক্কী খূদাংহু পায়হুনা চীংশিল্লগা পাখংহুনা ভমথিরবা লমওক্কী খম্নাৎতগী কনবিখিবা। কম্না চেল্লকপগী শাফূহুন তুশিনমিন্নহুনা নৌজরিবী মহাক্কী থোৎলবী হকচাংদা পাঙ্গল্লবা মহাক্কী হকচাংনা ননশিনবিখিবা হৌজিক্কদা মমীৎতু খুমজিন্দুনা মথস্তা ইকাই-নুংশি য়াম্মনা নেংকচৈ। উরকই, অমুবা কি অমতং খ্বাঙদা শেৎপা পাঙ্গল্লবা পাখংহুগী শমু হকচাং। অমুক্তুং থাবদা লমওক্কুগী থম্নায় মাঙখিবা শক্লোন খূদক্তা হোংলগা তপ্পা চৎখিহুনা শমহুদা মাইয়েল, খামেন অথাবী হাপচিনবিবা। অহুদগী লমওক্কু মরেং-জুমদা থাংগৎলগা হম্না ফাওবা য়েংলমদনা চীং-লেম্না ময়ূম-মায়কৈ ভম্না চৎখিবা। হম্না ফাওবা য়েংলমদনা চৎখিবহুদনি, থরমিলানা হেন্না হেন্না খঞ্জিল্লুরিবা। খল্লকই, থাগৎ-রাহৈ অমফাওবা হায়-

খিদবদুদা রারোখিবরা। অমুকন্সু খল্লকই, নত্তেদা, অদুগুম্বা মতাংদা লৈশা ঐনা পাখং মঙোন্দা অহানবা থেংনবদা করি রাহৈ হায়বা ঙমগনি, মানন্সু হায়বা য়ায়না। অমুক খল্লকই, নত্তে, ঐনা খল্লিবসি লাল্লি, প্রভু যীশুনা ঐবু পাপ অসিদগী সুককন কনবি-রোই। ঐগী থরায় কনবিবা মঙোন্দা সুংঙাইবা কোঙদোকপা রা করিন্সু হায়খিদবা, সিবু হৌনবরা? অদুনা মহাক রারোখিবনি।

নোংঙাম্প্রিঙৈ চাক থোংদোকই চয়োম [illegible]োম্মনবা। ইনশাংসু লৈজবা খরনা হাউনবা লাঙজৈ, উশোয়নে, খামেন অখাবীনে, শা অয়াম্বনে।

ঙসিদি থরমিলা পাম শূবদু খোয়জংদে। মীৎনা উবা ফংবদ' লৈবিবা, মীৎয়েংগী পনখৈদা শান্না উরিবা মক্ষম অদু তান্না য়েংই, ঙবাংগী পাখং অদু কদায়দবু লৈরিবা? মিহুন চেনগা চেনগুম্বা মতাংদা উন্নখিবা পাখংদু কদায়দগী থোরকখিবা তায়বদুসু খঙহৌদে। সুপ্পতগী খংই, থঙনবা খুলদুগী পাখংনি। কাইনথংদা উরকই, পংলাপ লাপ্পনা লৈবা পাম অমদা পাখংদু মথক্তা থবক শূদুনা লৈবা। মমিংসু খঙদে, করি হায়না কৌগনি। শূরম্বা থবক থাদোক্লগা চয়োমদু পায়রদুনা থরমিলা পাখংদুগী মনাক তান্না চেল্লকই।

পাখংদু তূমিন্না পাম শূদুনা লৈরি। থরমিলাসু চেল্লক্লগা পাখংদুগী মনাক হেক নকশিনবদি ঙমদদুনা শোর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা লাপ্তক্লা লেপ্তুনা লৈ। থরমিলানা চেল্লকপগী শউম হাইফেৎ ফংখিবা পাখংদু থরমিলাদা তপ্পা ঙ্গেংলক্লগা নোককেৎ তৌদুনা হংলকই, "করি মরম লৈব্রা?"

থরমিলানা ইকাই ইকাই চঙশিল্লক্লগা হায়রকই, "ইবুংনা ঙরাং ঐগী থরায় কনবিবদা ঐদি করিন্সু হায়বা ঙমহৌদ্রে।" "অদুগীরা অদুদি করিন্সু লৈতবদুবো।"

পাখংহুগী মখা পোল্লবা মীওই অমগুম থরমিলানা অমুক হায়রকই, "ইবুংনা ঐগী থরায় কনবিরমগ্রবদি ওসি ঐহাক অস্নুম্না ছিংলমখিগদ্রা ? নহাকপু থাগৎত্রবদি যীস্নুনা ঐবু শোয়দনা শাউগনি। ওরাংদি ঐ তুম্বস্নু চাবস্নু চঙদবনে, নঙবু অহুম উহুনত্তা লৈবা। চয়োম পুবক্লি, হাউরোইত্রা হায়হুনা থরায় রানা থোংবনে, খবা চাসে।"

চমজববী থবমিলাগী মতৌহুদা পঙথবপা পাখংহু চযোমহু লৌবহুনা হাযবকই, "ইবানী চাসি অহুদি।"

চয়োমহু চামিন্নবা লোইববা মতুংদা পাখংহুনা হংলকই,

"নঙগী মিংদি করি কৌত্রা ?"

"থরমিলা। ইবুংগীদি ?"

"গৌলেন।"

নোংমা লমলক্কী ঙঙাবা লৈ অম থবমিলানা হেক্তুনা গৌলেন্দা পীবা নুমিৎতুদা গৌলেন্না থরমিলাদা হাব,

"থবমিলা, নঙদি করিস্নু তাদত্রা ?"

"করিবুনো ?"

"নঙদি তাখ্খুলনি, ঐনা কুকিনি।"

"অহু করি তৌত্রা ?"

"নাগাগা কুক্কিগা য়াম্না য়েংথিনরে হাযনবিসিদি ?"

"অহুবু নখায়গী খুলগা ঐখোয়গী খুলগদি য়াম্না নুংশিননা লৈমিন্নরিবসিদি ?"

"চুম্মি অহুবুদি। অহুবু মকম কয়াদা থোক্লিবা কুকি নাগা হাৎনবগী ঈরাং মোংমদি শোয়দনা মকম অসি য়ৌরক্লগনি।"

"ঐ মহু থাজদে, থাজবস্নু পামদে। মীহাৎপশিং অহু যীস্নুনা নোংমদি শোয়দনা দণ্ডি পীগনি।"

থরমিলানা থাজদবগী মরম লৈ। খুল অনীহু মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌহুনা নুংশিননা লৈমিন্নরকই। মতম মতমগী খুল্লাকপা

অনীমকস্তু মরূপ শারৈ। অরা-অনা কয়াদা মতোং পাংনহুনত্তা লাকই। হুরাউ-নুংঙাই কয়াদা শরূক য়াম্মিমৈ। পূম্নমক অসিগী মথক্তা খুল অনীসি চারৌ-মৌয়ৌনৈ। লোম্নন্না খুল অনীসি লোন মায়মত্রগস্তু অমনা অমগী লোন খঙনৈ।

অদুবু গৌলেনদি নুংশা থীদবা ঙমদে। নুপা ওইবনা খরা কূপা খঙবস্তু হেল্লি। কোয়না চৎলুবদা তারকপা তাহৈদবা পাউ কয়াহু মশানৌ থরমিলাদা তম্বস্তু নুংশা হেন্না থীখিগনি পাখৎচৈ। গৌলেনস্তু করম পামগনি তমখিরবা মহিক্না শন্দোকপা তমখিরবা লাইনাগুম শন্দোরক্লিবা কাঙলুপ মশেল নুংশিনদবগী ঈরাং তদুনা মখুল অমস্তুং থরমিলাগী খুল য়ৌবকপদি।

ঙাইহাক তূমিন্না উংদুনা লৈনরবা তুংদা থরমিলানা হায়রকই, "তাগৌলেন নাগাস্তু খৃষ্টান নত্তবা, কুকিস্তু খৃষ্টান নত্তরা, পূম্নমক প্রভু যীস্তুবু নীংবা নত্তরা? কাম্নদে, রারৌইসি, খৃষ্টমাসস্তু খজিক্তা ঙায়রে। নখোয়গী খুলদি খৃষ্টমাসকী করি থৌবাং তৌরবা? শা কাবা চৎকত্রা? ঐখোয়গী খুলগীদি মখোয় পাখং ময়াম শা কাবা চৎকনি হায়। খৃষ্টমাসতদি তাগৌলেন ঐখোয়গী খুলদস্তু কোয়রকউকো।"

তরুরবা থরমিলাগী মতৌদুদা পূম্নমক কাউখোক্লদুনা গৌলেন্না হায়, "অঙ থরমিলা, ঐ শোয়দনা লাকনি, নখোয়গী কেরোল শকপদা ঐবুস্তু য়াওহনগদবনি, অদুগা··"

তূমিন লৈবদুদা থরমিলানা হংই, "অদুগা করিরা তাগৌলেন?"

গৌলেন্না নোক্লদুনা হায়রকই, "খৃষ্টমাস লোইরগা নহাকস্তু ঐখোয়দা লৈরগদবনি।"

মতমদুদদি থরমিলাহু হরাউ-মোমোন মিনোক অমা নোক্লমগা গৌলেনগী মনাক্তগী চেনখিরস্মি।

থরমিলাগী খুল্দনি। খুলগী য়ুমশিং অমদি গির্জাহু খৃষ্টমাসকীদমক উমংগী কজরবা উরী অমদি লম্লকী লৈরাংশিংনা খৃষ্টমাস ত্রি অমদি

থরানমিচাকশিংগা লোয়ননা লৈত্তেংলি। পাণ্ডখোকলিবা খোরম মখল-মথেলনি। অয়ুক-নুংথিলদা পাণ্ডখোকপা মখল-মখাগী শাম্নবগী কৃষ্মেশিংহ্না খুলগী নুপা-নুপী, অঙাং কয়া শরুক য়াখি। খুলগী পাখংশিংগা লৈশাশিংগা রা চিংনবগী কৃষ্মেহ্ন ময়াম পুম্নমক হা-রা নোত্তুনা নুংঙাইনা য়েংখি। খাজদনা লৈশাশিংনা ঙমখি।

নুমিদাংরাইরমদদি অচৌবা মৈজাও হৌরে। খুলগী পাখংশিংনা ময়াম পুম্না চামিন্নবা শাদানবদা কারকপা শা খোংলি। খুলগী মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী কাণ্ডবু কাণ্ডবু প্রভু যীশুনা মালেমদা খোঙদারকপগী নুমিৎ অহুবু নীংশিংহ্না তাইবংপানসিদা অরা-অনা মীওৎ-মীনৈ লৈররোই হায়বগী মতাগুম হরাঊ-মথোই কারি। গির্জাদা মাইক পান্দুনা খুলগী পাখং-লৈশা খরনা কেরোল মথং মথং শক্লি। থরমিলা মপাংশিংগা লাংমিন্নহ্না য়েংলি মশাবী গৌলেন লাকপ্রা হায়হ্না।

শকমিন্ননিংই থবমিসা মতারোইশিং অমদি খুলগী পাখংশিংগা লোয়ননা মশাবী গৌলেনবুস্থ য়াওহন্দুনা প্রভু যীশুগী মতীক-মগুন শীংথাহ্না শকপা ঈশৈশিংহ্ন মথং মথং। অহুবু গৌলেন লাক্লগা অমুক শকমিন্নবা য়াই খন্দুনা মহাকস্থ শকপা য়াওরে প্রভু যীশুনা মালেমদা খোঙদারকপগী শৈথাবা কেরোলহ্ন,

★ ঙাচকয়াং তাংমাংতিং কেহোর চি মনিংলা
অঙাংনাউ চিপেত কাহাই আতুংলি কাহের চি মাং
লেশিরি এৗনা অঙাংনাউ পিদা লৈ।
ঙাচকয়াং লৈকাসি তেংখামাং হোর-হাওরে
জিমিকশাশেং কাথেম্বিং ওত খুই খরা চি য়াংলু
হুইখামি যীশু আজা কারা হাইরা।
কাথারা ঙায়াশেং 'ওঃ সিরা কোর্মিলু
য়াওকাহোমরিং চিনা নারুই কাহোলি শুর্দা
অয়াংনাউ চিলি ভারু আখোরুমা ...।

ডিসেম্বরগী তাহন্নীংদবা নুমিৎতু অরাংবা চীংদোন্দুগী মরুমদা তপ্পা তপ্পা লৈথখিহুনা মালেমসু অমম্বগী কুযোম কূপশিনবা হৌরক্লে। গৌলেনস্মু কেরোল শকপা য়াওনবগীদমক লাক্লি থরমিলাগী খুল তম্না। শেৎলিবা ফি-রোলশিংহুগী মথক্তা অচৌবা সাইপিখুপ অমস্মু ইংথম্বদগী ঙাকথোক্লম্বা অমদি মখোয়গী জাতিগী চৎনবী ওইনা ইল্লকই। য়োগদবহু লাপত্রে। থুনা য়োনিংহুনা চেনচৎ চৎলি। থরমিলাখোয়না শক্লিবা কেরোলহু চীংদগী থক্তোরকপা খোম্থাংগা লোয়ননা তাবা ক্ংলি।

. কাথারা ঙায়াশেং ওঃ সিরা থরমিলা

কাজিংরাটলি ঙাসাওদা হল্লেলুয়া লা মারা

অরাঙা খুষ্ট আঙ্গা ক্'রাহাইরা।

মালেমগী অরা-অনা, মীওৎ-মীনৈ কয়াবু কনবিনবগীদমক শেংলবা তহিঙ অহুদা ঈশ্বরনা থারকপা প্রভু যীস্মু লৈশাবী মেরীগী গর্ভদগী পোক্লকপগী লাইশোল ঈশৈ অহু তাবদা খুলগী অহল-লমন খরদি মীৎলু পিরাং হৌ, মমীৎ চেজেৎ উইশিন প্রভু যীস্মুবু নীংজহুনা লৈরি। থরমিলাখোয়স্মু মথং কেরোল অমমুক শক্লনবগীদমক শেম শারি।

নুংঙাইরবা অমদি শেংলবা নুমিৎতুদা অহুম থোক্লরনি হায়বদি কনানবু থাজরগনি? কদোমদগীনো খঙহৌদনা মীয়াম মরক্তুদা নোংমৈ পত্রক পত্রক খপচিল্লকই। কনাস্মু শেম-শাহৌদে অহুগুম্বা খুদোংথীবা অহুদগী মশাবু কঞ্জনবা। নোংমৈ কাপ্পবা তুংদা য়ুম মরিস্মু মৈ ঙোরোং ঙোরোং চাকথৎলকই। চোরকোন মচুগী ফিজোল শেৎপা, মমায় মমীৎ হামুক তৈশিনবা অমদি মমীৎ-শিংহুদা অশাউবগী মৈরী হৌরিবা খুৎলাই পায়বশিংহুগী মমাঙদা খুলহুগী মীওইশিংহু করিমতা তৌবা ঙমখিদে। ঙোরোং ঙোরোং চাক্লিবা মৈনুংহুদা পীক্লিবা অঙাং অমা লংশিন্দুনা হাৎপহু মচা কন্নবগীদমক চঙশিন্নবা হেংৎনরিবা মমা-মপাহু কাজিন্দুনা, থম্বা নত্তনা

খুলচুগী মীওইশিংগী অতৈ উপাই লৈখিদে। খুৎলাই পায়বশিংচুনা চৎলমদাইদা হায়রম্মি, "অসিগুম্বা থৌদোক অসি অমুক হন্না থোকহল্লিংত্রবদি নখোয় মকম অসি থাদোক্কুনা য়াম্না থুনা চৎ-খিগদবনি। মকম অসি ঐখোয়গী লম্নি।" অচুদগী নোংমৈ য়াউন্দ খরা মথক্লোমদা কাপখৎলম্লগা খুৎলাই পায়বশিংচু চৎখ্রে।

গৌলেন্দু খুলগী কোংন্থোং ময়া নকশিল্লম্মবনি। নোংমৈ কাম্না মখোল তাবা অচুদা খরা লাপ্না হুন্দোরক্লগা মোংশোং অমদা পাকথচুনা ঈরাং য়েংচুনা লৈরি। হনখিবনা করবনি। অচুবু হল্লিংই মশানৌগী ভং তাবা পাউ অমা খঙলতুংদা।

খুল মনুংদা কপ্পা লাউনবগী খোপ্পেল মোংশোং মরুমদা পাক-থচুন লৈরিবা গৌলেনগী নাকোংদন্থু মশেন-মরাং য়ৌরকই। অচুবু লাইবক থীবা গৌলেন্দু মশানৌ থরমিল্লাদি মতারোই অমম্নুং মরূপলোই খরগা লোয়নননা খুলগী গির্জা মমাঙদা ঈভাং পাক্কুরন তাচুনা লৌর হায়বসি হৌজিকম্থু খঙবা ঙমদ্রি। ভাইহাক লৈরগা খোইশাউনরবা নুপা ময়াম মখুত্তা খুৎমু খুৎলাই অমদি মৈরা পায়চুনা মরী মরী থোক্করকই। গৌলেন মাসমদি খঙই, ময়ামচু মখোয়গী খুল তম্না চৎলিবনি। ✱

## ★ কেরোলগী অর্থ:

চিক্লবা শেংলবা অহিঙদা ভাল্লনি
মথক্লোমগী মঙালনা মমা মচাগী থক্তা
য়াম্না ইংনা মুংভাইনা অভাং তুমচুনা লৈম্মি।
চিক্লবা শেংলবা অহিংগী মঙাল্দা
চুৎশিংনা ঈশৈ শক্লি হয়েল্লুম্না নিংথৌবা
কনখিবা মপুচু ভসি অগিঙ পোক্লয়ে।
চিক্লবা অহিঙদা ভাল্লবা মঙাল্দা
য়াউশেনবশিং শৈথায়ে প্রভু যীশু খৃষ্টবু
অফবা য়াপাউনি কনখিবচু শাইওন্নয়ে।
চিক্লবা শেংলবা অহিঙদা ভাল্লয়ে
মুংশিংহৈবা ঈশ্বরগী থৌজাল মঙাল ভাল্লয়ে;
মীয়ামনা থোঙদায়রকপা ভসিগী অহিঙসে।



✱ লোইরবা

## প্রেমচান্দগী ফোঙখ্রবা ৱারীমচাগী লাইরিক ঃ

### শাহিং চাবা অমগী ৱারী (১৯৮২)

মতৎ মতং ওইনা মাঙখ্রবা পুন্সিগী লিক্লু কয়াহ্ কনাগুম্বা অইবা অমনা ৱানা খুনগংলক্তুনা পরেং লেংতুন পুথোরকপদা চান্দগী খঙহৌদনা থোকখি, "কয়াদা ফজখ্রবা !" অতুগুম্বা ৱাহৈ খরা ৱারীমচাসি পারুবদা পুক্নিংদগী মপাল থোকলকই।

লোংজম জয়চন্দ্র, ৱাখল, ৯৮-৯৯ শুবা মশীং

### নাতোনচাবীগী বসন্ত (১৯৮৮)

তংশেংনমক ঐখোয় অসিবু নুং পান অনী তুনা আশাগী মঙাল মাঙখ্রবা লম্বী খঙদ্রবা কাঙবুরা হায়না হংবা তারবদি পাউখুম ওইনা প্রেমচান্দগী "পি দব্লিউ দিগী লাইরেম্বী" নৈনবা য়াই। .... অইবনা অসুম্না য়েক্লিবা সিন অসি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা শুকথেং থেংনদ্রিব' য়াম্না ফজবা নৈনবা য়াবা মতাং অমনি।

মেমচৌবী, মচা লৈমা, ৩৫-৩৬ শুবা মশীং

চহী খরসিদা পাবা য়াবা মণিপুরী ৱারীমচাগী লাইরিক তাঙনা থোরকই। মসিদা লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দগী "নাতোনচাবীগী বসন্ত" হায়বা অসিসু মশীং থাবা য়াই।

কোঞ্জেংবম হেমচন্দ্র, ঋতু, ৮২-৮৩ শুবা মশীং

প্রেমচান্দগী ৱারীশিংসি অয়াম্বদা চেকশিন্না ই হায়বা য়াই। ৱাহৈ-ৱাতা ফজে, মতাং চানা উপমাশিং থেক্নুনা ৱাহৈগী লৈরোংশিং শেম্বদা মায় পাকই।

ইবোইবো, সাহিত্য, ৭১-৭২ শুবা মশীং